CHOINOU– a collection of Sixteen Manipuri short stories
by E Sonamani Singh



অহানবা ফোঙবা ২০১৩ ইং

ফোঙজবী সুচেতা এলাংবম
মঞ্জিৎ পব্লিকেসন্সকীদম ফোঙবা।

কপি ১০০০

মমল লুপা ১৫০/-

নম্ফম সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্ক্স পোলোগ্রাউণ্ড বোড, ইম্ফাল

মখুম শ্রী জুনজুন

লাইবিক ফংফম ১ সুচেতা বুক্স ষ্টোব, পোলোগ্রাউণ্ড বোড, ইম্ফাল
২ মণিপুব সাহিত্য পবিষদ, পাউনা বজাব

# ৱাহৈ খরদং

ইং ২০০৭ তা মকুদো কদাযদা ফোঙখ্রবা মতুংদা ম্যুজ লাপ্লা লাপ্লা চৎখ্রে। লাকখিদ্রে। ৱাখল থোক্ত্রে। মচী লেঙদ্রে। ঐগী ৱাশক চহি অমদা অমা ওইথোক্ত্রে। অদুবু চহি মঙা তরুক চঙনা ম্যুজনা হুন্দোক্লম্বা অমা মবক্তগী খনগত্তুনা পুথোকচবে 'চোযনৌ' মিৎযেং তাবিনিবা।

সোনামণি

# য়াওরিবা

# চোয়নৌ

## ১

### "লাইনি হায়রগা .........
### মখোয়সু ঐগী ভক্তনি ?"

"জুনখোযগী দুর্গা পুজা লাই লাৎলি হায যেংলুসিদো।"

"হোয যেংলুসি।"

মখোয নুপা মচাশিং জুনগী মমান্নবা অমসুং মনাওনুপা লুকানগী মমান্নবশিং

নিটেশ্বব, তোমথিন, সুকুমাব, ইবোবী, বুং, দোন, চাউবনচিংবা তবামাথোই-নিথোই যাযা ৱাৱা লাঙদুনা লাকখি।

মখোযনা লাৎলিবা লাই অদু, লৈতেং-খোতেংলিবা দোলনচিংবা মযামদা যান্না উহল্লীংবা উৎনীংবা জুন-লুকান মচীন মনাওনা মখোযবু তবাম তবাম তৌনা কৌশিন্দুনা মখোযনা শেমজবিবা শাজবিবা অদু উৎপগী ৱা ৱা লাঙদুনা ৱাবী ৱাতায শাবন্মী।

"বাহ্ দোলসিদি অনী-নিনে, অমদি কনাগীনো?"

"লুকানগীনি।"

মাগীদি মযাম্বা জুননা হেক তৌবিবা পূন্বা মাগীসু অদুমনা তৌদবা যাদবনি। অদুনা বমেসনা জুনগী দোল লৈতেংবা লাই লাৎফম শেন্বা ইলেক্ট্রিক বলব মচা মচা

পবেং হ'প্তুনা দিকোবেসন তৌবিবা অদুগা চপ মান্ননা মাগীসু শেমলিবনি। অগুম্না দ্বিতলাগী মাঙ্গোলদা শ্রীশ্রী দুর্গা অনী খাব্রাং লাৎলিবনি।

"তামো জুন! কবি লাইনো লাৎলিসিবো? মখুৎস্ যাম্না পাল্লি, তবা গুইনে।"

"নঙ খঙদ্রিবোইবে বুং! লাৎলিবসে দেবীনে-দুর্গা"

"মখুৎ তবা অসিনা পাযবিবসে কবি কবিনো তামো জুন?"

"মানা পাযবিসিদি থাঙ অকোনবী, গদা, লীকং তেন, তা, শীংজং, মোইবুং চক্র, থাঙ চূঙ্গোই অমসুং লিননি"

"অসুক যাম্না পযবিসি কৈদৌনবনো?"

"হিংচাবগা লান তৌবদা শীজিন্ননবা, ইবোই মকোক প'নবা হিংচাবা মহিষাসুব হ'যবদু হাৎননবনি। খুৎল'ইশিং অসি লাইশিংনা মঙোন্দা পীবকপনি।"

"ইবোই হিংচাবা হাযববু কনানো কদাযদা লৈবগে?"

"সিদা লৈবিসিদি, দেবীনা তানা থিল্লিসিনি, লিন্নসু চীকহল্লিসিনি।"

"এ এ নোংশানসু খোৎলিনেসে।"

"তামো জুন! মহিষাসুব কদাযদা লৈবস্বগে?"

"মহিষাসুবসে ঐখোয ধৌধৌনা হাযবদি কুশদ্বিপতা পাল্লম্বা দানব নিংথৌনি, মমিং খোবাসুব কৌই।

মানা শ্রী বিষ্ণু নীংজদুনা শ্রীবিষ্ণুনা মঙোন্দা দেবী শিব নত্তনা অতৈ-মী লাই, হিংচাব পূম্নমকপু ঙমজৌ হাযনা বব পীখি। মবম অদুনা মী লাই হিংচাবা কনা অমত্তনা মপু চৎপ, লান্দা মাযথীবা পীবা ঙম্রমদে। অদুনা দেবীনা মাবু হাৎলিবনি।"

"কবিগীনো মাবু হাৎলিবদি?"

"মানা শ্রী বিষ্ণুগী ববদগী মী লাই হিংচাবা পূম্নমকপু ঙম্নবদা মহাক যাম্না কা হেল্লক্লে ফত্তবা ওক্তবা মী ওইবক্লে। মাগী ওক্ত-লমচৎ অদু থিংবিনবসু কনা অমত্তা লৈবমদে।

অহানবদা মানা লাইগী কোনুং অমবাপুবদা লান্দাদুনা লাই পূম্না তাম্থোকখ্রে অমবাপুব চাইখাযবে-হিংচাবগী ওইবে। মখোযনা ওৎ নৈবদা লাইবৈবাক ছাবখাব শাবে-লাই নুপী কযা ফাখ্রে। মমৈদদি ইমা দুর্গা দেবী শিবাবু মাগী নুপী ওইনি হাযবক্লে।

অদুনা হিংচাবা মহিষাসুর হায়নবা লাই মযাম্মা ৱা তাম্লদুনা দেবীদা থাৱনম্মী অমসুং মী লাই হিংচাবনা ককপা উন্দ্রবা খুৎলাইশিং দেবীনা শিন্নখিবা। অদুনি মরম হুৎলাই অশুক যাম্না পাহবিবসি। অশুম্না ত্রেতা যুগতা ভগবান রামনা রাবন হাৎপগী অথবনা ফংবা মাঙহনবগী নুংঙাইবা ফোংদোক্নুনা মাবু পুজা তৌদুনা ইকায় খুম্নবা উৎপা উৎসব যাওবা মপামনা লাকপদা মহিষাসুরনা মাগী লাম্মী তেঙ্গোলগা লোয়ননা লম্মীদা হপ্তুনা দেবী শিবাবু হানবা হোৎনখি। মদুদা থেংনবা অকনবা লান্দা দেবী শিবানা মহিষাসুরবু মাগী লাম্মী তেঙ্গোলগা লোয়ননা হাৎখি। লাই মযাম্মা হরাওখি। অসুম্না চহি খুদিংগী মেরা থাগী ১০নি পানবা বিজয়া দশমী নুমিৎতা মদু নীংশিংবা ওইনা মঙ্গোলদা অথেমপোৎ কত্নুনা ইকাই খুম্নবা উৎপা উৎসব অসি তৌরিবনী" ঐথোয়না পুজা তৌবিসি অদুগীনি।

"অদুদি দুর্গাসি যাম্না কল্লি পোৎনিনে।'

"কল্লি কল্লি, মাগী মপোৎ মচৈকা শোকচনবু ফুজরকনি।"

"তামো ভূন বালভোগ হৈকক হৈবাশিং অসিদি কমদৌবা?"

"দেবীদা কৎলিবনা।"

অওইবমকসু দেবীগী মমাঙদা হৈনৌ মনা অহুম্মা মঙ্ক্তা কিররা ঘট চফু লৈ। চফু মনুংদা লফোই কা মনা দক্ষিনা হাপ্লগা ঈশিং হৈজিল্লগা ফৌ হাপ্লবা তাঙ্গ অমগী মথক্তা থিল্লি। ঘট চফু অদু সিন্দুর ভাংশং ভাঙনা তৈ। ঘট চফুগী মনাক্তা চেঙ হন্না হাপ্লগা পুন পাত্র কৌদুনা মথক্তা দক্ষিনা লুপা মঙা হাপ্লগা কৎলি। মনাক্তা তেৰ্কোং মপুম অমসু কৎলি মদুগা লোয়ননা অথেমপোৎ শন্দেশ সেম্পাক অমনা লাইনা কৎপা দক্ষিনা, ধুপ থাওমৈ পানা তাঙ্গ লৈরি। মযাম্মা কৎলবা শেনফম লুপা চামদগী হেল্লে। অঙাংশিং অদুনা মিতারিবদি বালভোগ অথুম অহাও অদুতনি।

জুন জুম্না লাই আরতি কৎলগা দেবী খুকম্বা লোইবগা তাঙ্গদা কৎপা হৈকক হৈবা অদু অঙাংশিংদা যেনবীবম্মী, অথুম অহাও চানীংবনা মতিন কুৎ কুৎ যোৎলবা অঙাং অমনা হংলকখি "লদু পেবা অসিদি?"

"অসিদি ঙসি লৌথোকপা যাদে হযেং অয়ুক লৌথোক্কদবনি।" মখোয় পুম্বা "জয় দুর্গা মাতা" হায়না খুকম্লগা চৎখ্রে।

মখোয়না থোরক্নুনা থোঙ্গাল যৌবকপা মতমদা মখাবোমদগী লাকপা পাখঙমচা অহুমদুগী মরক্তগী অমখক্তা অঙাং নুপামচা অমদা হংলকখি

# চেৎথনৌ

"নাউবা নখোয় কদাই চৎলুই?"

"তামো জুন খোইদা দুর্গা পুজা হাওক্কবনি।"

"নাই নাৎলিববা।"

"নাৎলি।"

"কদাইদা"

"মখোযগী মথক্কী ম'ঙ্গোলদা।"

"কবি কবি কৎলি"

"যামম্রে লফোই লফাং মুবী চেং দক্ষিনা যাওবা কম্বী পুর্ন পাত্র, লদু বেবা সেম্পাক অমা, তোর্বোৎ মপূম অমা উহৈ ব্রাহৈ মপূম মব, দক্ষিনা নাইদা কৎপা পৈশা হাল্লা কোবী শেম্পাক অমা।"

"দক্ষিনাদি কযাম যামহৌবে?"

"লুপা চামদি হেল্লনি।"

"নাই মনাক্তা মী লেক্তববা?"

"লেক্কদৌবা মান্দে মথক্তনিনা?"

"হোযনহে মথক্তদি কনাসু চঙবা ঙমলোইদা। চৎলো চৎলো নযুম নযুমদা।"

মখোয অহুমসু ব্রাবী শাব শাবদুনা অব্রাং পাংনা অদুম চৎখ্রে।

মখোয অহুমগী মনুংদা তোম্বী চহি ১৭ মমা লুম্না ইন্দাং নাপী যোনবী মচানি, সঙ্গী দোষনা জাবদা লাইজুবদগী মখুৎ পৎ তৎলে, মমাগী শেঙ্গাওদা পাই নাতৎপী অমা ফাওবা ফংদ্রদুনা ঙসি শিকি অমওংবু ফংনি হাযববদা মানা তৌবোইদবা থবক লৈবমদে।

অশুম্বা চাউবা চহি ১৮ মমা লৈতবা পাখ্রা চাউখোইগী মচানী। চাউখোই অতোম্বীগীদা লৈখিবদগী মযুমদা হল্লকখিদ্রে। সঙ্গী দোষনা চাউবসু মুদা লাইজুবে, বাকি তৌমন্দুনা হাউখুন্দা চঙফম লৈত্রে মাসু লুপা অমা মখায অমা ফংনি হাযববদা চাং যেংলোইদবা লৈবমদে। অহুমশুবা পাখঙমচা কম্থি, চহি ১৬ তি নাযববা মচা নত্তে, মপা মমা লৈবি চাবা থকপা ব্রাৎপা ইমুং নত্তে। পোৎচৈ মচা মশু লোম্না যেম্লা মপু খংহন্দনা লৌবা মাগী হৈনবীনি পামজবনি। মসি মঙোন্দদি অটিনি মশাগী কান্নবা লৌবা নত্তে। অশুম্বা লৌবা পোৎচৈ যেম্লগী থবক অসি মখোয অনীগী

মতুং ইল্লগা খুনোংচাবা ফংই। লোম্না যেপ্পকপা পোৎ অদু মনা হক লৌদে মহেক অনীন' হেক হেক পীথোকখি। হৌজিক মখোয় অহুম কবি তৌসিগে ব্রা তানক্রে।

পুজা খুম্নী চনবা বব নুমিৎনি। মযাম্না অসুম কৎনবকপনা নুংদাংগী পুজা লোইবা মতমদদি দক্ষিনা হাপ্পা কৌবী সেম্পাক অদু থল্লে শেনফম অমা খঙনা যাওবে। লাই চেপহনভ্রবা তুংদা জুন জুন্না "ইমা! লাইগী দক্ষিনা বালভোগ অথুম অহাওসি ইমুংদা পুশিন্দুনা থমসিবা?

"অদুম লৈবসনুদা, নাহানমখৈসু লৈবক্কি পুজাসু হযেং লোইবনি, মমাঙথোক্তসু লোন্নী কনাসু চঙলকপা ঙমলোইদা? মাবু লাই নওববা? মীনা মপোৎ লৌবা হিংবা ঙমব্রদি তোকচবেদনা?"

অহিং নোংযাই মতুং পূং অনী তাবদা মখোয় অহুম যৌবক্লে তোর্চ্চ লাইট কাপ্তুনা যেংবদা কনাসু উদে কন্না তুমথনখিবা মতমনি চেক মোক লাউদে?

"কমহাযনা তৌদৌবিনো নঙগীসিবু থোঙসু হাংদে কাফমসু লৈতে।"

"কবিমত্তা নুংশা হীকনু ঐ তৌগে যেংউ।"

"তোম্নী শঙ্খোই মযাদগী ব্রাশাং অসি পুবকউ। যুংখৎলগা মতোন্দু মথক্কী মাঙ্গোলগী বেলীংদা তাহল্লু। মখোঙ অদু নখোয় অনী চঙদুনা লেঙহন্দনা পায়মু লেঙহনগনুকো।"

কপ্পু ব্রা অদু তাপ তাপ পাযদুনা কাম্রে বেলীং কানশিনম্রে, মথক্কী মাঙ্গোল যৌম্রে। পবপ পবপ চঙশিনখিদুনা দক্ষিনা যাওবিবা সেম্পাক অদু তাপ পাযকদনা মখুত্তা জিং লাউবা অমা তৌখি শৎচিংথোকখি, নীংহনৈ। মবুক্লীংদা খনখি লানগী লাইবেম্নী দুর্গানিকো হাৎকে তূপকে ঙম্বা। মিনিট অনীবোম নুংবংনদা তুমিন্না ফমদুনা লৈ।

ঙাইহাক লৈবগা মবুক্লীংদা ব্রাখল অমা লাকখি-লাইদি খুকমজবগা হাযজবগা অদুম চানবীবনি। দগুবোৎ তৌনা খুকম্লগা হাযজৈ। "দুর্গা ইমা ইবেম্মা! অবাম যৌবাংবনা ব্রাববা নচাশিংনি, প্রসাদি খব খবদং ফংহনবীযু" খুবম্লবা তুংদদি জিং লাউবা তৌখিদ্রে।

শোৎ পেক লাওখিদ্রে অহীংগী অইংবা অচীকপা অদু অকাই অতোই যাওদনা হৌম্রে। মঙ্গলাবতি লোইখিদুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী ধুপ আবতি তৌম্রে জুনজুন খোইগী ইমুং মিকপ থোক্তুনা যাহৌনবক্লে।

অহুক মিকপ থোক্লুনা ফমুংদগী হেক চোংথবগা জুনজুন মমায মমিৎ তাবগা পবপ পবপ মমাঙথোঙ হাংদোক্লুনা লাই লাৎফম তান্না চৎখি। কবি উখি। "যোং চঙলম্মলে।" জুনজুন্না লাউবকখি। পুর্ন পাএদা লফোই যুবী দক্ষিনা যাওবমত্রে, বালভোগ লদু বেবা হাপ্পা সেঙ্গা খালি ওইবমলে, কোবী সেম্পাক্তা ঙবাং পীক থম্না যাহৌব মযাম্না কৎপা পৈশা অমত্তা যাওবমত্রে।

"যোংনা পৈশা লৌবা হৌনদে।"

জুনজুন্না লাউবকখি।

"হুবানবা চঙলমলে, লাইগী মপোৎ মচৈ লোইনা হুত্রে।"

ইমুংগী মী পুম্না থোক্লুনা যেংনৈ। কবম্না কদোমদা কাবক্লুনা মথক যৌবক্লিবা ঙক্লে। নাকল্লেমদসু লাকফম নৈতে, শুমাঙদা কুমদুনা যেংবদসু কৈবাক থাফম মমি তাবসু থেংনদে। ইমুং মনুংগী মীনা তৌবসু নত্তে। স্বাইপুম্না থাঙ্গৈশেংনা ঙক্লে।

মুন্না যেংলগা জুনজুনগী মমানা হায়বকখি, - "লাইনি হায়বগা মশাগী পোৎ ফাওবা কঞ্জবা ঙমদ্রবদি মাঙঙজবেদনা।" মখা অমুক শমথবকখি, "যৌনাফবী খুৎলাই শুনা পাংববী লানগী লাইবেম্বীনি হায়বদাই? যৌব যৌববা অমাঙ অতা লৈএবা খুৎলাই কাসু মম্না পাযবিপোৎনি মাগী মপোৎ লৌখিবা মখুত্তু থাঙনা ওইবসু খিওং হক্লম্মুদনা।"

জুনজুনগী মপানা পাংশিল্লকখি "কলিদদি লাইসি মুর্ত্তিতমা ওইবমল্লেনা" মযাম পুম্নমক মবাং মবাং তৌনৈ মহৈ মহৈ হায়নৈ "লাইনি হায়বগা।"

মযাম ব্রা ব্রা লাঙলি-তাদে ব্রাবোল অমা শেংফাওনা হায়বকপা "নত্তেদা, প্রসাদি খব ফংজগে হায়না খুকমজবকপা অদুনা ঐনা খব পীখিবনি। মখোয়সু ঐগী ওক্তনি।"

৭।৯।২০০৮

# ২

# খোংবাল কাল্লগা

"মদু মখোযনা হাযযু হাযদুনা হাযবনি হাযবা অসি নত্তে হাযবা প্রমাণ লৈববনে?"

টিভিদা উৎখ্রবনি, মণিপুরগী মফম অমদা মখোযগী মমাঙদা নঙনা নশামক্লা হাযখ্রবনি।"

"মফমদুদা ঐনা মদু হাযবমদ্রবদি নঙগা ঐগা ঙসি উনবিবসি উনবমদবা যাই। মখোয খুৎলাই পাযবনি কিদবা যাববা?"

"নঙবু ওইদবা মীনম্বা ঙাঙদে হাযবদায। খ্বাইনদি নঙনা হাযবদু অচুম্বনি হাযনা থাজনখ্রবনি।"

"থাজনীংলগা থাজসনু ঐনা হাযখিবশিং অদু ধর্ম্মনা যাবা ধর্ম্ম মোৎ মতুং ইন্না হাযখিবনি। দোষ লৈতবনি। অদুগা কযা কুইনা মদুবু নীংশিংদুনা লৈগদগে? খোংবাল অমা কাল্লগা অদুম কাউখ্রদৌসিবু।"

নুমিৎ অদু ঙসিদগী থা অমগী মমাঙদনি। ঐহাক কলেজদগী পূং মবি তাববা তুংদা অফিস শো লোনশিল্লম্লগা যুমদা হল্লকপনি। অফিসকী গাডী অদু ঐবু কোম্থোংদা থনম্লগা হনখিবতা ঙাযবী। ঐনা কোম্থোং হাংদোক্লগা হেক চঙশিনবমত্তদা যুমলোমদগী থোবকপা পাখং অহুম অদুনা নোংমৈ অতেনবীদু উৎলগা "পাবুং ব্রা অমত্তং

ত'নকখিসি।" হাযবকখি। ঐহাক কোকচাওবী ফূং কায কপ্লাক নীকই-চীন লৈ ফ'জিনবগুম তৌই ব্লাঙাংবা থোক্তে। ঐবু মখোযনা ইনবোই চিংবোই তৌনা খুৎলৈ থুন' থোঙ্গ'ন্দা থাবম্বা মাকতি ভান অমদা হাপচিল্লগা মিৎ পুনশিল্লম্মী অদুগা গাডী অদু কন্না থৌবম্মী।

পূং অমবোম থৌববা তুংদা ঐখোয কুমথবে। ঐগী মিৎ পুনশিল্লিবদুদি লৌথোক্ত্রি। অদুবু চীং কাবদি হৌবে। মখোযনা চিংদুনা মিনিট তবামঙাবোম অঙম্বা চীং লম্বী অদু কাবকপদা ঐদি ব্লাবনা শদৌ থোংলে, হকচাং পূম্বা হুমাংনা পূংচোৎ চোৎলে খোঙ থাংবা থোক্ত্রে। চহি মবিবোমগী মমাঙদা সবকাবনা গাডী অমা পীবকপদগী খোঙনা শুকচৎ চৎখিদ্রবনি। ঙসি অশুক শাংনা অঙম্বা চীংলম্বীসিদা চৎপদুদদি হিগোক থোক্রে। ঐহাক ব্লামনখিবনা ফমথবম্মী।

"খোঙ থাংবা থোক্ত্রে স্বব চনীং চমাঙ শম্লদ্রে, ঙাইহাক্তং পোথাখিসি ইবুংঙো খোয।"

অশুম্না মিনিট মঙাবোম পোথাবে। নুংশা মপী হোন্দোক্লে।

মতমসিদা মখোযগী মবক্তগী অমনা হাযবকখি।

"চৎলসি থেঙথ্রে" ঐখোযগী অহল যৌবক্লম্লনি। হৌগৎলে, খোঙ সোবো সোবো চিংলদুনা চৎপা হৌবে। মিনিট তবামুক চৎলবা তুংদা লমথুং যৌবে, মিৎখুম হাংদোকপীবে।

ঐহাক অকোকপা চীংদোং অমা যৌবে মফম অদুদা ঐগুম্না ফাদুনা পুবকপা অহুম অমসু লৈবম্মী-নুপী অমা নুপা অনী, নোংমৈ অশাংবা পাযবা ইউনির্ফোম শেৎপা পাখঙ তবেৎনা সন্ত্রি তৌবম্মী।

নীংশিংলি ঙসাই লম্বীদা গাডী মনুংদা মখোযনা হাযখিবা-

"পাবুং ঐখোযনা হাযজবিবা পূম্বসে অচুম্বনি ইশানা যাজবি হাযনা ঐখোযগী অহলগী মমাঙদা খুম্বীগদবনি। ওন্না তৈননা খুম্বীববদি যুমদা হন্দ্রে হাযবা খঙবিযু।"

ঐ খঙই, মখোযনা হাযবিবদু অচুম্বা অমত্তা নত্তে। মখোযনা হাযবিবা অদুম্না খুম্বা তাববদি বদনাম চাগনি ঐসু মিনম্বা ঙাঙবা মী ওইবনি ঐহাক কবি খুম্লি? মওল মওল খল্লি।

মীওইৱা সমাজদা মীনম্বা ঙাঙবা অচুম্বা ঙাক্তবা পাপনি। সাধু ওইবা মীনা অচুম্বা ৱা হায়দুনতা লৈ। অচুম্বদগী হেনবা অথোইবা ধৰ্ম্ম লৈতে। অদু ওইববদি ঐহাক মখোযনা হাযবিবসি যাবা তাববদি ধৰ্ম্ম কাযবা পাপচেনবা ওইবা তাৱবা। যাদ্রগা অচুম্বা ঙাঙবগীদমক ধৰ্ম্ম ঙাকপগীদমক ঐহাক শিবা তাবা।

ধৰ্ম্ম হাযবসিবু কবিনো?

নিঙ্খাম ধৰ্ম্ম শব্দোক্লম্বা ফিদম্লফম ওইববা পুৰুষোত্তোম শ্রী কৃষ্ণনা হাযবিবম্মী -

"ধৰ্ম্মনা অহিংবা জীবশিংবু ফাজিন্দুনা থম্মী হাযদুনা ধৰ্ম্ম হাযবা মিং অসি ওইবিবনি। মবম অদুনা অহিংবা জীববু কল্লিবা ঙাক্লিবা অদু ধৰ্ম্মনি।

কান্নবা ৱা হাযবসি ধম্মগী থাঙ্গৈশেংবা মশক্লি।" মসিমক শ্রী কৃষ্ণনা হাযবা ধম্মগী অশেংবা মশক্লি। মহাক্লা হাযবিবম্মী -

"ধৰ্ম্মনা যাবা অদু অচুম্বনি, ধৰ্ম্মনা যাদবা অদুনা মীনম্বনি। মবম অদুনা মীপুম্বগী কান্নবদু অচুম্বনি সত্যনি, মীপূম্বগী কান্নদবা অদু মীনম্বনি অসত্যনি।

অদু ওইববদি মতাং অসিদা নহাবোলশিং অসিনা ফাদুনা পুবক্লীবশিং অসিগী কান্ননবা তৌবনা ধৰ্ম্মনি-মখোযবু হিংহন্দুনা মযুম-মযুমদা হলহনখিবা তাবনি-মসিনা অচুম্বনি। মসি ওইথোক্লবা মীনম্বা খবদি ঙাঙবা তাবি- মদু ধৰ্ম্মনা যাবা অচুম্বা ওইগদ্রা?

মসিগী মতাংদা অচুম্বা ৱা ঙাংলুবনা পাপ লঙজখিবা কৌশিক্কী ৱাবী শ্রী কৃষ্ণনা অৰ্জুনদা লীদুনা তাহনখিবদু নীংশিংলকখি।

ৱাবীদি- কৌশিক কৌবা অথোইবা, মমিং চৎপা তপস্বি ব্রাহ্মণ অমা খুঙ্গংদগী পঙলাপ লাপ্তুনা তুবেল খবগী তিন্নফম মফম অমদা লৈবম্মী। ব্রাহ্মণ অসি অচুম্বা ৱা ঙাঙবা ব্রত পূম্বা তৌদুনা লৈবা মতম অদুগী সত্যবাদীনি হাযনা মমিং চৎলম্মী। নোংমদি মী খব দুস্য দাকুবু কিবদগী বনগী মযাযদা লাক্লুনা লোন্না লৈবম্মী। দাকুশিং অদুনা অশাওবগা লোযননা বন অদুদা মখোযবু থিবকপদা সত্যবাদী কৌশিক্কী মনাক্তা থুংলদুনা মঙোন্দা হংখি-"হে ভগবন! লম্বী অসোমদা মী কযা মকম চৎখিবনি, মখোয অদু কদাযদা কবম্বা লম্বীদা চৎখিবগে? মদু নহাক্লা খঙবিববদি অচুম্বা অদু তাকপীযু।"

দাকুশিং অদুনা মঙোন্দা অসুম্না হংলবদা কৌশিক্লা সত্য ঙাক্লনবগীদমক মখোযদা হাযখি, - "মী খব উ, উবী অমদি উশিংনা কোযশিনবা উমং অসিগী মনুংদা চঙখি।"

ফত্তবা থবক্তা তৌববা দাকুশিং অদুনা মীশিং অদুবু থিবদা ফংদুনা মখোয়গী এথক্তা লান্দদুনা লোইনা হাৎখি।

ধর্ম্মগী কৃপ্লবা নীতি খঙলবা অচুম্বা ঙাঙবা সত্যবাদী কৌশিক্লা মখোয অদু দাকুনি মখোযনা মীশিং অদুবু হাৎপা পাপ্মী হাযবা খঙখি। মবম অদুনা মানা অসিগুম্বা অচুম্বা ব্রা ঙাঙলুবদগী থোবকপা পাপতা লুপ্লুনা অকিবা ফংলবা নবক্তা তাখি।"

অসিগুম্বা অবস্থাদা শ্রীকৃষ্ণগী মোৎতি করিনো ?

শ্রী কৃষ্ণগী মোত মতুং ইন্নদি কৌশিক্লা অচুম্বা হাযদুনা পাপকী লমচৎ চৎলে। দাকুশিং অদুনা হংলবা মতমদা মহাক তুমিন্না ব্রা ঙাঙদনা লৈফম থোকই খঙনা খঙনা অচুম্বা ঙাঙদুনা মী হাৎপা মতেং পাংফম থোক্তে। মীশিং অদুবু কন্ননবা ব্রশক্লনা মীনম্বা হাযবফাও ধর্ম্মনি?

শ্রী কৃষ্ণনা হাযবীবম্মী -

"জীব হিংসা তৌদবতনা অথোইবা ধর্ম্মনি হাযবসি ঐগী মোতনি, ঙাঙদবা যাদবা কান্দা মীনম্বা ঙাঙবা যাই।

মীনম্বনা অচুম্বগী মশক ওইবা অমদি অচুম্বনা মীনম্বগী মশক ওইবা মফমদা মীনম্ব ব্রা হাযবা শিজিন্নবা দোষ লৈতে।

লুহোংবা, নুপা-নুপী কেনবা, থব্রায মাঙবা যাবা মতম অমদি লৈজবা খিনিক মাঙত্রগদৌবা কালদা অমসুং ব্রহ্মাণ, সাধু মহাত্মা কন্ননবগীদমক্তা ওইদবা মীনম্বা শীজিন্নববসু পাপ তৌবা ওইদে।

মীনম্বা ব্রা হাযদ্রবদি মী অমা হাৎপা তাববা অদুগুম্বা অবস্থাদা মীনম্বা ব্রা হাযগনি।"

অদুনা অবস্থা অসিদা থব্রায হিংনবা মীনম্বা ঙাঙবা তাই।

চীংথক্তা হান্ননা ফাদুনা লৈবন্নবা অহুম অদু ঐগা খঙনবা সবকাবগী অচৌবা অফিসাব ঙাক্তেনি, মখোযগী মবাযবক ঐগী পাওখুমদা লৈবে। মখোয অহুমগী মমায অদু মুশিন মুনা কাহৎলে। ঐবুসু মখোযনা অদুম্না উবিদ্রা? ঐগী মিহুল দ্রং দ্রং চোংলি হকচাং অসি ইপা পাখৎলি। কবি থোক্লগবা হাযনা খল্লুবদা নুংশা শ্বব থবেৎ থবেৎ হোল্লি। অদুবু খুদোং থীবা নংলিবসে দষা তাবিবসে ইথন্তা নত্তে খল্লুবদা অব্রাবগী পোৎলুম খব হন্থবগুম তৌই। ঐখোয মবিমক হৌজিক মনীং ককথৎপিববা থবোইনি। অদুমকপু ঐনা মখোযদা খঙহনখি "-হিংবমুক নুংঙাইবা অতৈ লৈতে।"

নুংইল পুং মঙাদোম ভাবকপা মতমদা নোংঠৈ অমাংবা পায়দুনা সন্ধি তৌবিবা কাঙবু অদু মখিৎ মনা শিংবা হেনগৎলকই। খিনৌ হবগী তুংনা হুৎলাই পাইবা ইউনিফোর্ম শেৎপা সিফাই প্লাটুন অমমা মতুং ইন্দুনা এবে ৫৬ বাইফল পাইবা বোদি গার্ড অনীনা হেৎ ওই চত্তুনা অমদি নোংঠৈ অতেনবা পাযবা সিভিল ড্রেস শেৎপা ওাক শেনবা অহুম্না শেন্নদুনা মখোইগী অহল অদু লাক্লম্মী। অচম্বা ভদ্রলোক অমগুম্মী চীংলেম্বা শক্তমনি উৎ মচুগী খোঙগ্রাও শেৎলি ব্লু মচুগী বুস সার্ট অমা লিৎলি মখিৎ অদুদি থনুং যৌনা হুৎনা যেংবা মিৎযেংনি।

সিফাইশিং অদুনা মাগী মাগী জাগাদা ষ্টেণ্ড টু তৌদুনা লৈত্রবা তুংদা তপ্পা তপ্পা ঐখোয়গী ইনাক্তা চঙশিল্লকখি। মাগা লোয়ননা কেমেবা পাযবা পাওমী মখোয় মঙাসু চঙশিল্লকখি। মহাক্না ঐখোয়গা মাযোক্নবা থাবিবা চৌকি অদুদা হেক ফমহৎখ্রবা কেমেবাগী ফ্লাস লাইট কুফেৎ কাফেৎ তৌখি। মতম অসিদা মাগা হেক মায়োক্নবা থাদুনা পুবকপা অফিসার অমদি হাম্নগী কবি লৈবনো খঙদে মাদু হেক উবনা হাম্বা নংহৈদনা হক্কী ঈশিং জব লাউনা নাম্বক্লুনা শেৎলিবা খোংগ্রাও অদু পুংচৎ চোৎলম্মী।

"তাবিযু খুবাইবুংঙো মামো, তাইবুংঙো" ইচেম্মসু তাবিযু পুম্নমক লৈবাক্কী অচৌবা ফম্লাইবা ঙাক্তনি। লৈবাক অসিগী মবাইবক লেপ্লীবা ঙম্লবা। ঐখোয পুম্নমক্না হোৎনফম থোকপদি ঐখোযগী লৈবাক ইবৈবাক মনীং মখা তম্বা, ব্রাও পাদবা মীপান তাংদবা লৈবাক ওইনা থম্বা অসি নওববা? ইনীং ইখা তম্বা পোলিটিকেল ইন্দিপেন্দেন্স ফংদ্রিমখৈ পুম্নমক কবিমত্তা ওইবোই খঙদুনা থরাযনা পোম্বা ওইদুনা হোৎনবিবনি ঐখোয।

নীং-খা তম্বগী মকওইবা শকক অমা ওইবিবা ব্রাও-পাদবা মীপাল তাংদবা ইকোনোমিক ইন্দিপেন্দেনষ্টি খুবাইবুংঙো মামো তাইবুংঙো খোয অমদি ইচেম্মা খোযনা পুকচেল শেংনা লৈবাক্কীনি তুংগী মীবোলগীনি থন্না তৌবিববদি ইবায লাযনা পাঙথোক্কনি।

দাম শাবা খঙদে, লম্বী শেম্বা খঙদে, ইনফ্রা স্ত্রকচব শাবা খঙদে প্রোজেক্ট পুম্নমক পুকচেল শেংনা ইম্পলিমেন্ট তৌদবনা মতমগী মনুংদা লোইদদুনা কুম পুদুনা লৈহনবা, অচঙবা থবচ্চ শকক তবা তবা হেন্না চঙলফাও লোইদবা, যেংশিনগদবা মীনা পুকচেল শেংনা যেংশিন্দবনা শাবা লোইদ্রিঙৈদা নীংখাযবা শেম্বা লোইবগা

কাযববা লম্বী পুম্নমক অসি কনাগী হুকুম্না তৌহল্লিবনো' প্রোজেক্টতি পাযবৎলু মতম চান লোইশিন্দুনা কাম্নবদি ফংহনগনু হাযবা অবোনবা হুকুম লৈববা'

পুম্নমক অসি হাবী জাবী শেঙ্গা থুমজা তৌবদগী থোক্লিবা ঙাওনি। দাম শাবিবা থোং শাবিবা লম্বী শেমলিবা যুম শাবিবা শিন্নী থিকাদাব সবকাবগী কর্ম্মচাবী লৈবাক অসিগী মী ঙাওনি, নিযম চুমদনা শাম্নবা শঙ অমদি থোং অদু তেকপদা মখোযগী মচা-মশু যাওবোই হাযবা খঙববা? ঐগীনি, ইবৈবাক্কীনি চাবোন শুবোনগীদমক্তনি হাযনা খন্দুনা শাদ্রিবা শেমদ্রিবা কবিগীনো'?

পুম্নমক অসিগী দাযি খুবাইবুংঙো, মামো, ইচেম্মা, তাইবুংঙোখোযগীনি। লৈঙাক শাসন ফজনা মাযোন চুম্বীদ্রিবা হিনাও শাবিদ্রিবা কবিগীনো? প্রজাগী মিহুৎশিংবু চুম্না তাকপী তম্বীদুনা মাযোন চুমহনদ্রিবা কবিগীনো'

ইবৈবাক মনিপুবগী বেষ্ট ইন্টবেষ্টতা চাওখৎলব', ব্রাও পানবা মণিপুব অমা ওইহনবগী মঙ অমা মঙহন্দুনা চাবা থকপা ব্রাওবা ইকোনোমিকেলী মথন্তা লেপচবা ঙম্লক্লিবা নীংতম্বা মনিপুববু ইং ১৯৪৯দা ইন্দিযানা নমদুনা লৌশিনখিবা চহি হুম্ফু হেনখ্রে মঙ অদু মঙফাওনাবাববা' চহি খবসিদা চাথোক মবাং কাংবম্বা মণিপুব তাঙ্গম খৌবাং লৈবাক ওইবে মখোযগী অহেনবা মীশিংগী খুন্দাফম মখোযগী কেপিতি মার্কেট ওখ্লোকখ্রে চাক্লি ফিনি লৈবাক ওইবে খব লৈববদি মণিপুবীশিং মবৈবাকা' বিফ্যুজি ওইবনি, পুম্নমক অসিগী দাযী লৈঙাক সাসন পুবিবিবশিংগীনি"

ঐখোযগী ভোলুন্টিযাব লৈবাক অসিগী মফম পুম্বা শীংখুংনা লৈ ' কনানা কবি তৌবিবা ঐখোয লোইনা খঙঙী। ঙসি মেদিযাগী মমাঙদা নশা নশানা তৌখিবা অবানবা পুম্বা যাজদুনা প্রজাগী মফমদগী ঙাকপীনবা হায়জৌ অমসুং মতুং তৌববোই হাযনা ব্রাশকপীযু।"

ঐগী মাঙদা ফাদুনা লৈবম্লবা অহুম অদু মথং মথং মশাগী মবাল যাজবে ঙাকপীযু 'মতুংদা অমুক হন্না তৌববদি পীবিনীংবা চৈবাক পীবিবা যাগনি" হায়খি।

মখোয অহুম্মক ব্রনীং পীবগা নাখ্লোকখ্রে।

ঐগী মতাং যৌবক্লে কবম তৌবা তাই। ঐ খঙই মখোযনা হায়বিবদু অচুম্বা অমত্তা নত্তে ঐগসু মবী অমত্তা লৈনদে। ঠিকা মখোযনা লৌবনি আকাশ বিল মখোযনা

শাবনি, বিকন্দিসন তৌবা পোৎ মখোযনা সপ্লাই তৌবনি ঐবু ফাদুনা পুবকপা অহুনবুদি' মবক্তা অমদি সপ্লাযবনি। ঐ হাযফম খঙদে। মখোযনা হাযযু হাযবদু হায়দুনা' ঙুম্ন' অদু খুল্লবদি ঐহাক শিবা শোযদে। মীনম্বা ব্রা হাযববদি বদনাম চানি অদুবু ঐহাক হিংগনি মতাং অসিদা অসিগুম্বা অবস্থাদা মীনম্বা ঙাঙবা ধর্মনি ঙাঙগদবনি হাযবা' শ্রী কৃষ্ণগী ব্রা নীংশিংলকখি। অওইবনি হিংবমুক নুংঙাইবা কদাইদা লৈবগে? বদনাচী ব্রাদি খোংবান কাল্লগা কনাই কৈকা শৎ হাযদোকখি- "যাজবে যাজবে, ইবালপুম্বা' যাজবে, তস।"

২৪।৯।২০০৮

# ৩

# "ঐখোযগী শগোলদুদি শজিক চাদবনি?"

মনিপুর ওম্পাক্কী চিদাই অমদা লৈবা শনম মীনম কযা ফংদ্রিবা থুঙ্গং মচা অমনি মঙাখুন, যুম্লাক কুপ্লামুক্তং তাবা লৌবুক লমহাং মোংশোং ফাওদুনা তূখোং লান্দুনা খোঙনা চৎপা নওনা খুন অসি যৌবক্লবা লম্মী লৈতে। খৃষ্টগী ২১শুবা চহি চাদা পৃথিবীগী মনুংদা অসিগুম্বা খুন অমা লৈবমগনি হায়বসে কনা অমওনা থাজনদে। অদুবু ওইথোক্লবোই যনবা যৌদোক কযা তওনা থোক্লিবা মালেমসিদা সিগুম্বা মফম অমা লৈবোই হাযনীংঙাই লৈতো

মপানগী ঈবাং যৌদ্রিবা মফম অসিদা লৈবিবা খুঞ্জাশিং যাম্না চম্না হিংজবা মীচম ঙাক্তনি। লৌউ শীংউবা, ঈংখোল শুবা, শীং চনবা, ঙাথিবনচিংবা তৌদুনা নোংমগী চবা তাল্লগা হিংবা লাযববা খুঙ্গংনি। মহৌশা লাইবেম্বীনা পীবিবা লৌবুক লমহাং চীং পাৎ তুবেনগী মচা ওইনা হিংজবা-অপাম্বা যামদবা, কাবাম চাউদবা, খিওনা পেঞ্জবা মী ঙাক্তনি। হিংবদা চঙবা পূম্বা খুনসিদা লোইনা ফংবনিনা খুনসিদগী হেন্দোক্তনা কনানসু খঙবীদনা চীক্লা লৈবক্লি।

জাপান লান (খৃ ১৯৪২-৪৫) মতমদা খুনসি মুৎলুবে। লান মতুংদা অমুক হিংগৎলকপা খুন অসি চহি অশুক কুইবসি সবকাবনা ফাওবা মশক খঙবিদ্রিবা খুননি। জাপান লান মতুংদা সমাজদগী ইস্থোকপীববা ইমুং মঙা খক্লা খুন অসি অমুক লিংখৎখিবনি। খুন অসিগী মী নত্তনা অতৈগা মবী লৈনদবা হাযবসিনা খুনগী ব্রাখল ওইখিবনা মীনা খঙবিদবা খুল ওইনা শতাব্দি তংথাই অমা হেন্না লৈবক্লিবনি।

মফম অসিদা হৈবোং মনুংগী তীল ওইনা হিংজবিবা খুঙ্গং অসিদা হৌখিবা চহী অনী-অহুম অসিগী মনুংদা মী মখল জাৎ কযামকম মথং-মথং লাক্লুনা ভাব তাবা ঙমদবা খঙদবা ৱাহৈ কযামুক ঙাঙলৈ হাযফম খঙদে।

চহী অহুমগী মমাঙদা ইহান হান্না লাকখিবা নুপা অদুদি আমেরিকান বোটানিস্ট অমনি। খুন অসিদা ফংবা মনা মশীং, উনা ৱানা খবগী সেম্পল খব খোম্লগা পুখি পাউ তাখিদ্রে। চহী যাঙখৈগী মনুংদা মহাক্না ইহান হান্না খুনসিদা লাকখিবা মীনি।

চহী অনিগী মমাঙদা লাক্লম্বা অদুদি ছাত্র কাঙবু অমনি। মখোয সাইকল তোংদুনা বন ভজন লাকপনি। চীংখোঙদা লৈবা পাৎপান্দা লমচাক চাবগা নুংথিল চৎলমদাইদা ক্ষুলদা চঙলক্লম্বনি।

ছাত্রশিং অদুনা সাইকল তোংদুনা লাকপা উবদা খুনগী নুপী-নুপা নহা পাখং-লৈশা অঙাং পুম্বনা ঙক্না যেংনখি মরমদি মখোযনা সাইকল উবসি মদুনা অহানবনি।

ছাত্রশিং অদুদি মণিপুর তমপাক্কী চিঙাই অসিদা মীনা খঙনদ্রিবা চংফম থোকফম লম্বী অমা ফাওবা লৈতবা অসিগুম্বা খুন অমা লৈবম্বা থেংনবদা খঙনীংদুনা যেংনীংদুনা চঙলকপনি।

খুন অসি লিংখৎমিন্নখিবা মখোয মঙাগী মনুংদা মবি শিগ্রে, খুনবু ইবোতোন মথম্বুনি হিংলিবা। খুনবু চহি যাম্লে অদুবু মশাদি খীংলি, বুদ্ধি লৌশিং চঙখোল্লি।

কুনশুবা শতাব্দি লোইখিদুনা কুন্মাথোইশুবা শতাব্দি চঙলক্লবা ফাওবা মপান লমগা শনম-মীনম তানদবা হাযবা অসি ঙাক্লুনা লৈবি। মাগী নুপী তোম্বী নহানি মানা চহি তংখাই অমা হেন্না হল্লি নুংশিনদুনা লৌবনি মচাদি পোক্কে অদুবু যাম্না চান্ন-চিন্না লৈমিন্নৈ।

ছাত্রশিং অদুনা লৈবক অমদগী খুনবুগী শুমাঙ ফাওবা সাইকলশিংদু থৌজিল্লকখি। সাইকলশিংদু উবদা নুপী অঙাংতা নত্তনা খুনগী মী অতৈসু খুনবুগী যুমদা লাক্লুনা যেংনখি। মীযাম্না ঙক্না যেংনবদু উবদা ছাত্র অহুম খক্তি বোবিন, তোমথিন, শ্যাম মমিৎ খৎনবগা খুনবুগী চাউববা পাক্লবা শুমাঙ অদুদা হুক-হুক লৈনা কন্না থৌবম্মী, মন্দিলা খীংদুনা অমনা অমদগী হেনগৎনবম্মী। অদু উবদা খুঞ্জাশিং মযা কানা যেংনখি।

ঙাইহাক অসুম্না থৌবল্লগা শুমাঙ মতোন্দা সাইকল অতৈ থল্লিবা অদুদা সাইকল ষ্টেণ্ড চিংথদুনা মখোযগী সাইকল অদু লেপহন্দুনা থল্লগা খুনবুগী মাঙ্গোন্দা কাখৎখি।

যুমদা মী লাকপগী হৌনবী সেবা মতুং ইন্না মাঙ্গোনগী অৱাং থংবা নাকন্দা কৌনাফক থাবগা ছাত্র পাখঙশিং অদু ফমহন্দুনা তবাম্না ওক্লম্মী। "খুদোং সেবা" হাযদুনা যুম্লুনা হিদাক ঙান্থুক অনীখক হাল্লগা শাবৈ মঙা তকক্কা লোযননা লা মচেৎ অমদা লানশিল্লকখি। "ইচাশা খুদোং ফাল্লু" হাযবকখি। মদু উবদা ছাত্রশিং অদু ঙকখি কবি তৌগদবনো খঙলমদে। মখোয পূন্না চহি কুনগী ওকযা ঙাক্তনি, অদুবু ঙান্থুক্তো তিকি অচাকপা হাপ্তুনা হিদাক হানবা, হিদাক অদু থক্লনবা লানা কোনবা শাবৈ অমা ফাওবা অমুক্তা উথিদ্রি। চিনবান কাঙমৈ খুবা যাম্না পামজবা শঙলাকপম তোমথিন্না চুকপ অমা থক্কে হাযদুনা ৫৫৫ উপু অদু ফুবিৎ খাওদগী লৌথোকপা হোৎনবিঙৈ তাঞ্জাদুদা খুন্দা মী লাকই হাযদুনা কৌকবা খুল্লাকপা চাউবা চহী ৩৮ চঙলক্লুনা যুমগী ফক্লাং মযাদা থাবিবা ফক্তুদা মমায নোংপোক ওন্না ফম্মী। মতমদুদা হিদাক ঙান্থুক অমগা শাবৈ অমগা মমাঙদা থল্লে। হিদাক ঙান্থুক অদু মৈখু কাবা হৌবক্লম্মী। খুল্লাকপা চাউবনা ঙান্থুক অদু শাবৈদা হাপচিন্দুনা মখুৎ যেৎনা পাযদুনা মচীন্দা থাঙ্গৎলকপা মতমদুদা তোমথিন্না ৫৫৫ মচৈ অমা মচিন্দা চুপ্লগা মৈখেৎ খেত্তুনা চুকপ অদু চম্লগা মৈখু অদু মচীন্দগী কামথোবকপা অদু যেংদুনা লৈবম্মী, মচীন্দা লাবৈ মচীন থিংজিনবা কাউবম্মী ? চাউবনা চুকট মৈখেৎ উবা ঙসিনা অহানবনি। মানা শাবৈদা ঙান্থুক হাপ্তুনা হিদাক থকপদু উববদা ছাত্রশিং অদুগী মবক্তা অনী অহুম শাবৈদা ঙান্থুক হাপ্তুনা চীনবান কাঙমৈ খুবা হৌখি।

খুনবু ইবোতোনসু থোবক্লুনা মাঙ্গোলগী খা-থংবা ফক্লাং মযা ৮মেন্দা থাবিবা কৌনা ফক অবোনবদা ফমদুনা মাঙদা খিল্লিবা হিদাকফুদা হিদাক ঙান্থুক মৈখু ফোং ফোং কাবদু পাল্লগা ৱাগী তোংজৈদা হিদাক প্রোক প্রোক চিংদুনা খুল্লাকপা চাউবগা পূন্না ছাত্র পাখঙ মচাশিং অদুগা ৱাবী ৱাতায় শানবম্মী। ছাত্রশিংদুগী মবক্তা অযাম্বনা লাবৈদা ঙান্থুক হাপ্তুনা হিদাক থকপা ঙসিতা উবি।

"ঐখোয ধনমঞ্জুরী কলেজগী ছাত্র ঙাক্তনি বন ভজন লাকপনি। লমহাংসিদা খুল অমা লৈবম্বসিদা য়েংনীংদুনা চঙলকপনি।"

*"খুনসিগী মমিং মঙা খুন, ঐনা খুনবু মানা খুল্লাকপনি। জাপান লান মতুংদা* মী মঙানা খুল অসি লিংখৎ খিবনি। খুনসি লিংখৎপা মতমদা মণিপুবদা শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহাবাজনা পাল্লি। মাগী স্না যাথংনা খুন্দা লৈতাখিবনি। খুল অসি লিংখৎপদা যাওখিবা মঙাগী মনুংদা মবিদি শিখ্রে খুনবু ওইবিবা ইথন্তা ঙাযবে হিংলিবা।"

"খুল্লাকপা চাউবসি হান্নগী খুনসি লিংখৎমিন্নবা খুল্লাকপগী মচানি।" খুনবুনা মখা তাবকখি-

"খুনসিদা লৈবকপা চহি হুম্ফু হেল্লক্লে। মহাবাজ সনা যাথং খুনসিদগী পঙহেন হেন্দোক্তনা লৈবকলি। হৌজিক ফাওবদা, খুলসিদা লাকপা মপান্দগী মীশিংগী লক্তা নখোযনা অনীশুবা কাঙলুপনি। মণিপুব কমদৌবি'? বোধচন্দ্র মহাবাজ শিখ্রববা'?"

"মণিপুবদি হৌজিক যাম্না ওল্লে। বোধচন্দ্র মহাবাজ শিখিবা চহি যাঙ্খে হেনখ্রে। মণিপুবদা নিংথৌ পান্দ্রে। ইণ্ডিযাদা যাওদুনা ইণ্ডিযাগী ষ্টেট অমা ওইবে। চহী মঙা মঙা খুদীংগী ইলেক্সন তৌদুনা প্রজানা ভোট থাদবগা এম এল এ হুম্ফু খল্লি। হুম্ফু অসিনা মণিপুব এসেম্বলী নত্রগা বিধান সভা শেম্মী। এসেম্বলীদা এম এল এ মশীং যাম্বা পার্টিনা মন্ত্রি মণ্ডল শেমদুনা চহী মঙা লৈবাক সাসন তৌই। মণিপুবগী মীহুৎ অহুম এমপি ওইনা ভাবতকী সংসদ হাযবদি পার্লিযামেন্টতা যাওবি।

চহী কুন্থ্রামুক্কী মমাঙদা থোবকখিবা নাহাবোল লালহৌকপ কাঙবু মথং মথং মশীং হেঙ্গৎলক্তুনা মৈতৈ হাও পাঙলগী যাওনা চীং তমগী লুপ কুন্থ্রামুক শুবে। এখোইশিং অসিবু নমথনবা ভাবতকী লান্মীসু মশীং নাইদনা থাজিল্লক্তুনা মণিপুবগী কোচিন কোযা থুংনা কেম্প লিংদুনা লৈবি। নুমিৎ খুদীংগী কাপ্পবা, মী শিবা হাৎনবা, বোম থন্নম্বা লংশিল্লম্বা পোকখাযবা নোংমৈ কাপশিল্লম্বা অমদি অশিগুম্বা অসি মীবক্তা তৌবিনু হাযনা ধাবনা তোযনা থোক্লি। জে. এ সি শেমদুনা বোড ব্লোকেদ মবক মবক্তা থোক্লি। প্রজা মীযামদি থবক হুনগৎনা তংদু লৈতাদনা হোবেন কবি থোক্কদগে খঙদনা লৈনবি। নোং হেক ঙানবগা খববদা কদাযদা কাপ্পবে, মী কয়া শিবে, কনা ফাখ্রে যেংনবি। হন্দক মবক্তি অশেংবা শেংদবা লূপ কযাগী শেনখোমগা মবী লৈননা মী ষন্নীংহনবগী ইন্দষ্ট্রি যাম্না চাওখৎলক্লি। হাযদুনা কান্নদে ইম্ফালদা কাদুনা অমুক্তা যেংবিক।"

ছাত্র নহা অদুনা হাযবিবা ব্রা-ভোট, মীখল, পার্লিযামেন্ট, বিধান সভা, মন্ত্রি মণ্ডল, কেবিনেট, এম.এল এ , ধাবনা, জে এ সি , মী ষন্নীংহনবা হাযবনচিংবদু কবিনো, কবি হাযবিবনো হাযবা অমত্তসু খঙদনা মযা কাবা মখৈ তাবি ইবোতোন চাউবা। মমৈদা হিদাক থুন্নবা তুংদা ছাত্রশিং অদুনা খুন অদু অমুক্তা যেংজগে হাযবদগী যুম্মু খুল্লাকপনা চিংদুনা খুনগী মফম খব চত্তুনা যেংখি।

চাউবা পীকপা খেন্নববসু খুন অদুদা লৈবিবা যুম কুন্থ্রা অদু মৈতৈ যুমজাও ঙাক্তনি ইনা কুপ্পা, লৈবাক্লা লৈবং নাবা ফক্লাং নত্রগা শীংউৎ ব্রাচেৎনা ফক্লাং খাবগা ষন্থি লৈঙোই তৈববা উচা হাইবগা লৈমু হাইবা ফক্লাং ঙাক্তনি। যুম পূন্বা নোংপোক ওল্লি। মাঙ্গোল অমমম লৈ, মমাঙথোঙ মনীংথোঙ থোজাও অনী পাল্লি। মাঙ্গোলদা মমাঙথোঙগী নাক যেৎ ওইদা মিহুৎথোঙ অমমম পানবা নত্তনা অতৈ মিহুৎথোঙ পান্দে অদুনা ইমুং অদু খব মম্মী।

মৈতৈ যুমজাওগী হৌনবী ইমুংগী লমযায অদু চথোক চাশিন তৌফম লম্বীনি ইমুংগী মযায মক্তদা ফুঙ্গা লৈ। ফুঙ্গাদা যোৎশবী খিল্লগা ঈশিং লুম্বা অঙাংগী চাউবী থোং থাকপা, মৈ তীকপনচিংবা তৌনৈ। ফুঙ্গা লাইকদা ইমোইনু লাইবেম্বী লৈ হাযদুনা পুজা তৌনৈ। ফুঙ্গা মথক্তা লপ যান্দুনা মদুদা থুম খবী ঙা অযাইবনচিংবা থম্লে। যুম খুদিংদা নিংঙোল কা লুখুম কা ফমেনকা মাইবা কা লৈমবেন কা লাইনীংথৌ কা অমসুং চাকখুম কা লৈবা, ফমেন্দা খুদা ষমজাও থাবা মদু পূন্নমক উবদা মরু ওইনা ফুঙ্গাদা ব্রাই ওমদুনা মৈ মুত্তনবা যোক্কুনা থম্বদু উবা অমদি খুনগী মী অযাম্বনা মৈখেৎ অমুক্তা উদবা খঙদবা অদুদা ছাত্রশিং অদু যাম্না ঙকখি।

ছাত্রশিং অদুনা উখি খুন অদুগী ইমুং খুদীং ইংখোল চাউনা চাউনা লৈ, উ, ব্রা মবাঙ কাযনা হৌই। ইংখোল খুদীং মতম মতমগী মনা মশীং মব্যাঙ কাযনা ফংই। কবি কবিগুম্বা ঈংখোলদা চু, নবাব, চম্প্রা সোলোম, কমলা, হৈগ্রু হৈনীংনচিংবা হৈ হৌবি লফোই পাল্লি ইমুং পূম্বগী ওক্লবা মনা মশীং ফংই-মীপাল তাংদে। খুলগী মতাইদা চেল্লিবা চীংদগী ঈথৈ মচা অমনা চহী চুপ্পা ঈশিং ব্রাৎহন্দে। খুনগী উযোক ব্রাযোক ইযোক লৈ। থুমগোং মচা অমসু হুক্কুনা থুমগী অব্রাৎপা খঙহন্দে। লৌবুক লৈহাও চেল্লি। লায়ববসু খুল অসি মীপান তাংদনা হিংবা ঙমই।

ছাত্রশিং অদুনা শুমাং খুদীংগী মযাযদা তুলসিবুং লৈবা মদুদা মনা পূংলবা তুলসি হৌবি। তুলসিবুং খবগী মনাক্তা যাতিকুপ্পী পাম্বী হৌবিবা শুমাং মচিদা সনাবৈ থাবল্লে চিগোংলৈ মালিকা কববিব শিংগাবৈ মধুমতী হৌবিবদু উখি।

যুম খুদীংগী মমাঙদা পুম্ব্রী অমমমসু লৈ। মমাঙ সঙ্গোই ফৌশুগোং অমদি ফক্লোংনা কোনবা কৈ লৈ। ছাত্রশিং অদুনা ইম্ফালদা মখোযনা উবা ফংদ্রবা ফৌবাদা ফৌ ফৌবা ফৌশুগোংদা শুম্বন্দা শুক্লা ফৌ শুবদু থৱাই তানা ঙক্লা য়েংখি।

নুমিদাংৱাইবম যৌবক্লে ছাত্রশিং অদু মযুম মযুমদা হন্ননবা খুনবুগী যুমলোমদা লাক্লম্মী। মতমদুদা খুনবু ইবোতোন্না ছাত্রশিং অদুদা হংখি - "ইবুংঙো ইম্ফালদা ঐখোযবু মৈতৈশিংনা মযুমদা চঙহনগদ্রা মাংই হাযবোযদ্রা?" "কৈদৌনা চঙহন্দনি পুপু। হাও মযাং পাঙল ফাওবা হৌজিক্তি মৈতৈগী ইমুংদা চঙদুনা চামিন থকমিন্নববা মতমসিদবু মৈতৈনা মৈতৈগী ইমুংদা চঙবদা কনানা মাংই হাযদৌবিবা কবিগী থিঙ্গদৌবিবা?"

খুল্লাকপা চাউবনা মতাংসিদা তোমথিন্দা ওনশিন্দুনা হাযখি-

"ইবুংঙো, নখোয়গীদি ইম্ফালদা পীকথন্না ফংবনি, যাববদি নঙগী নশাইগী মৈথোক উপু মচাদু ঐনা লৈজহৌবা য়াত্রা?"

"কবিগী লৈকদগে? লৌবিহৌবো খুবা" অসুম্না ৱবী শানা শানা লাক্কুনা খুনবুগী শুমাঙদগী সাইকলশিংদু লৌবা চঙলকপদা লৈশাবী মচা অমদি মৌনহা খবনা মখুত্তা হুপ মতোন অনৌবদু খুদাপ অমমম শায়বদুনা সাইকল মমাঙদা লেপ্লদুনা "জি জি" হায়না হায়বদুনা লৈবম্বা থেংনকই।

ছাত্রশিং অদুনা হংখি-"কবিনো নখোয়না তৌবিদুবো?"

"নখোয়গী শগোলসে শজিক চাও হাযবা যাদেনে।"

"ঐখোয়গী শগোলদুদি শজিক চাদবনি।"

"কবিদি চায়?"

"চুদি চাবনি" হায়না তোমথিন্না নোকমী নোকমী খুমখি।

"অদু ওইবদি ঙাইহাক্তা ঙাইবমখো" হায়বল্লগা মখোয় নুপীমচা খব ঈংখোলদা চংখিদুনা চু যাল্লুবগা পুবকখি।

চুদু লৌশিল্লগা ছাত্রশিং অদুনা অমমম পাযবগা-

"ঐখোয থেঙখ্রে চু অসি ঐখোয অদুম পীজকুবগে" হাযবল্লগা নোক্লা নোক্লা সাইকলদু থৌখ্রে।

২।৩।২০১০

# ৪

# মী-যন্নীংহনবা

"থাজবা ঙমদে-কনাবুনো ঐখোয়না থাজদৌবা"

মুকম মুকম শোন্দুনা চঙলকই ইবোতোন, থোঙ্গান্দা ফমই, কৌবকই-"তোম্বী তোম্বী।"

কনাসু খুম্লক্তে, মখোয়দৌ প্রোক প্রোক চাকই। শোল্লকই- "নুংঙাইখিদ্রেদা, খোয়দৌসে প্রোক প্রোক হেক চাকইকো' ঐনা হল্লকপা খুদীং হেক্তা লৈবমদবা' কদাইদবু চৎলিবা'"

নুংশুক নুংঙানৈ নুংশা মপী হোল্লি। খল্লি-ওস্থোক্লা লাকচনা তৌখ্রেদা' কদি তৌবা তাই খনফম খঙদে চমমনৈ।

মঙা খুলদা কলেজ ছাত্রশিং লাক্লম্বা চহি অহুম হেনখ্রে-চহী অনী অহুমসিগী মনুংদা মঙা খুল মশক পূংওন ওনখ্রে। চহী অনীতগী মমাঙদা ঈংনা চীক্লা মনীং তম্লা লৈজবম্বা খুন অসি চবাংনববা লৈতাদ্রবা খুল ওইবে। খুনবু ইবোতোন মশামকসু ছাত্রশিং অদুনা হাযবা মতমদা খঙবা ঙমখিদবা ব্রাহ্মৈশিং ইলেক্সন, ভোট মন্ত্রি মণ্ডল, বিধান সভা পার্লিযামেন্টনচিংবা পুম্নমক লোইনা খঙলে অপটুদেট ওইবতা নওনা এম এল এ খনবদ: অচৌবা থৌদাং লৌবে। সবকাবগী মীতা নত্তনা কাঙলুপ কয়াগী মী কা ংবু কাণ্ডং খুল অসি যৌবক্লে। মখোযগী মবক্তা লালহৌবনি হায়বা খুৎলাই

পাযবা কাঙবুসু মবক মবক্তা লাকখি। মখোযনা হেক চৎখিবগা মখোযবু থিবা সবকাবগী পুলিস কম্মান্দো খুৎলাই পাযবা ভাবতকী লান্মী কাঙবু হেক্তা থুংলৈ- মতম অসিনি খুনবু খুল্লাকপগী খাইদগী ব্রাই চিনবা মতম।

খুনবু ইবোতোন মওল মওল খল্লি। থব্রাম যাউনা লিংজেন মাম্নগা পুকচেল শেংনা সবকাবনা পীবকপা চাওখৎ থৌবাংগী শেনফম মবম চানা শিজিন্নববদি চাওখৎলবা খুঙ্গং মোদেল ভিলেজ ওইবা যাই হাযবসি মঙা খুলনা শুপ্লতগী চহী অহুমগী মনুংদা উৎপা ঙমলে।

মঙা খুন্দা জিংখনা কুপ্তবা যুম লৈত্রে। খুলগী অঙাংশিংগী মহৈ তম্ফম স্কুল, মী অমসুং শাগী অনা লাইযেংশং লৈবে। যুমথোং খুদীং ফংলে থক্রবা ঈশিং, সোলাব লেম্প থান্দুনা খুন অদু ইঙান ঙাল্লে। ষ্টেট হাযব্রেদগী খুন তাবা লম্বীতা নওনা খুনগী লৈবক পুম্বা লৈখোম থোক্লে ব্লেক তোপ তৌবে। “ওস্বোক্লা যাম্না মশক ওল্লেকো মঙা খুন” মওল মওল খল্লি ইবোতোন। কুম্মাথোই শুবা চহি চা হৌবকপা মতম ফাওবা শনম-মীনম তানদনা লৈবম্বা খুন অসি হৌজিক্তি মালেমগী থৌদোক খুদীং শবক্ক যাবে চিংখদ্রে। মঙা খুন ষ্টেটকী বেভিনিউ ভিলেজ ওইদুনা যুম্মু খুদীংমক মানা মানা দখল তৌবিবা লৌ ঈংখোলগী পাটা পাযখ্রে সবকাবনা মশক খঙলবা মপু ওইবে মদুগীদমক সবকাবদা চহীগী খাজনা থীবে।

খুনগী উয়োক অমদি ষঞ্জাবুং খুনপুম্বগী ওইববসু মপুদি সবকাবনি। অদুনা চহী অহুমতগী মমাঙদা মনীং তম্লম্বা মঙাখুন মনীং তম্বা লম ওইদ্রে সবকাবগী আইন্না পুল্লে। খুনবু খুল্লাকপগী শক্তি যাম্না হম্ববে অদুবু থবক চিনবদি শক্ক অহুম হেক্সৎলে পোত্থাবা ফংদ্রে।

মঙা খুনগী কৈথেন্দা ফংদবা লৈত্রে। অরং অবাক্লা থল্লে তপ্লা তপ্লা মঙা খুনগী ইকোনোমি মপান্দগী লাকপা মীগী খুত্তা লৈখ্রে। মসি খল্লুবদা মবুক্লীং নুংনাংই অদুবু কবি তৌগদগে হায়বদি খনফম খঙদে?

মীকোক থীবদা মীশিং ৩১০ লৈবা মঙা খুন্দা চহী ২১ শুববা ভোটব ২১২ লৈবে গ্রাম সভা লিংখক্লুনা খুনবু ইবোতোন প্রধান ওইবে। খুল্লাকপা চাউবগী মনাউ খুনগী সবপঞ্চ তোম্বনা খুনবু খুল্লাকপগী পাউতাক মতুং ইন্না সবকাবনা থাদবকপা চাওখৎ থৌবাংগী শেনফম পুম্বা পুকচেল শেংনা শীজিন্নদুনা চাওখৎলবা খুঙ্গং ওইহনখি চহী অনিতগী মনুংদা খুনগী মশক পূংওন ওলহনখি।

অসুম্না মণ্ডা খুন অপনবা নৈতনা মোদেল ভিলেজ অমা ওইনবগী খোঙথাঙদা টুটেল সেনিটেশনগী প্রোগ্রামতা মণ্ডাইবে পাঙথোক্কদবা অদুবু প্রোগ্রাম অসি হেক পাযখৎপা হৌবকপদা বিষ্ণী অদু থুংলবে। মণ্ডা খুনগী যুম খুদীংগী সেনিটাবী লেট্রিন শানবা লুপা লীশীং যাঙ্খে অসি শেন্নুং পীবকপা অদু হেক ফংবা নুমিত্তা খুনবু খুল্লাকপা সবপঞ্চ মখোই অহুম্না পূন্না দেমাণ্ড লেটব তবেং ফংখি। লালহৌ লুপ তবেংনা থাবকপনি খুন খুদীংগী দেমাণ্ড চাদা তবা হাযবদি টেন পাসেন্টনি। "মফম মতম খঙহল্লক্কনি, পুলিসতা তাকপা যাবোই তাক্লবদি নশা নশাগী সোবাৎকী পোৎ লাঙজবা যাবে" দেমাণ্ড লেটব খুদীংদা যাউবনি।

নুমিদাং মখোয অহুম কমদৌসিগে খন্নে। প্রজাদগী শেন থাযববোয হাযনা খববদা ফোঙখিবা লুপ অহুমগী দেমাণ্ড লেটব যাওবম্না অদুদা শাশিন্নবা লুপ যাওবমান্নে খন্নে। অদুগা দেমাণ্ড পূম্বা পীবা তাববদি প্রোগ্রাম ফেল ওইবা তাবে। অদুনা লুপশিং অদুগী মচীন চৎপা মীগা উনবা হাযনা লেপ্পবম্মী।

খুনবু ইবোতোন ঙসি মঙ্গলার্তিদা হৌগত্তুনা দেমাণ্ড লেটবদু পুদুনা লুপ অদুগী অহলগা উনকই লুপ অদুগী অহল অদুনা হাযবকখি -

"ইপন, দেমাণ্ড লেটব অসে ঐখোযগী লুপ অসিগী নত্তে। ঐখোযদি পব্লিক্কগী শেন থাযজদ্রে, খববদা ফোঙজখ্রবনি। শেন অসি পীবিকনু। দেমাণ্ড লেটব অদু ঐঙোন্দা থম্বীবম্মু। অসি ইসু তৌবল্লিবা ঐখোযগী লুপতা বদনাম তৌহল্লিবা শাশিন্নবা লুপ অসি মতিক থোকপা ব্রাবকচগে"?

হল্লকপদা খুল্লাকপা চাউবা অমসুং সবপঞ্চ তোম্বগা উনখি। মখোয অনীসু অতোপ্পা লুপ অনীগী অহলগা উনকবনি। লুপ অনীদুনা দেমাণ্ড লেটব অদু মখোযগী নত্তে হাযবকপদগী শ্বব চনীং খব তাবদুনা অতোপ্পা লুপ মবিদুসু মথংগী নুমিত্তা উনকসি হাযনা লেপ্লদুনা মযুম মযুমদা হন্নখি।

মযুমদা হল্লকপদা মাগী মোবাইল ফোন্দা মঙোন্দা দেমাণ্ড লেটব পীবম্না শাশিন্নবা লুপনি হাযবা অদুগী কমাণ্ডবনি হাযবা অমনা হাযবকখি "দেমাণ্ড লেটবদা হাযখিবা শেনফমদু পুদুনা হাযনখিবা মফমদা হযেং নুমিদাংব্রাইবম লাক্তবা যাদে-লাক্তবদি হৌনবী মখা চখবনি।"

"নুমিৎ মবী মঙানিদং ঙাইবীখো খুদোং অমা চাদ্রি।"

"যাবোই যাবোই" হায়বগা ফোন অদু থমখ্রে। ফোনগী ৱাদু হেক তাবদা খুনবু ইবোতোন খোযদৌ শাউগত্তুনা মুকম মুকম শোন্দুনা মযুমদা চঙলকপনি শোনজবকখি- "শিগুন্বা মতমদা মকপ মপাং-নক্লবা মবী-মতাগী ৱা তাবা বুদ্ধি লৌশিং থোক্লীংঙাই ওইবনি।"

"ঐনা দবকাব লৈবা মতমদা মহাক্না শুক্লে লৈবমদ্রিবা, শুকথেং থেংনদ্রিবশিবু কবিগীনো?"

ঙাইহাক লৈবগা ৱা বেং বেং ঙাঙলদুনা তোম্বী কোম্হোং লোমদগী চঙলকই। মাঙ্গোলদা ইবোতোন ফমদুনা লৈবম্বা উবদা হায়বকখি -

"হাইমা! হনবীবক্লুম্মবোইবে। ঐহাক্তি মিটিং অদু হুন্দোক্লমদুনা হেক লাকপা যাদদুনা খব থেঙদোকখবে।"

কবি হায়নবক্লবগে থৱায ইনুং নুংঙাইতনা উবিদুবো?

সে ঐ চা লোল্লুখিগে, ঙাইহাক্তনি।

চা কপ অমা থকলগা ঈংনা খন্নবসি।" হায়বন্নগা ইমুং চঙখবে। ইবোতোন ৱা অমা ফাওবা হায়বা নংহৌদে। মশিংঘা ফুদোক্কে খল্লম্বদো অবেম্বা তাবে।

ঙাইহাক লৈবগা চা কপ অনীখক পুথোবক্লগা মঙোন্দা কপ অমা লাল্লগা অমনা মশানা পাযদুনা লেপ্পা তোম্বীগী মশক উবদা ইবোতোনগী অশাউবা পূম্বা শ্বাই মাঙখ্রে।

তোম্বীনা মাগী মনাক্তা ফিদা অমদা ফমথবগা চা থক্ল-থক্লা-"কবিগীনো ঙসাই অদুক শাউনা লৈবল্লিবা?"

"হেবা শাউদেদা" হায়বগা হাইফেৎ খোযকম তৌখি।

ইবোতোন চন্নীং তাবে।

ৱাবী অশুম শানবদা তোম্বীনা হায়বকই-"মোবাইলগী পাউদু অশেংবা লুপ্তুদা যৌহনবা ফববা তানবীযু"

নুংদাং খুল্লকপা সবপঙ্গগা মখোয অহুম ৱা তান্নবদা তোম্বীনা হায়বম্বগুম্না পাউদু লুপ্তা যৌহনখ্রগা মখোযনা হায়বা মফমদা মতম চানা যৌখি অদুবু কনামত্তা থেংনদদুনা হল্লকখি।

অসুম্না নুমিৎ খব হৌখ্রে চেক মোক লাউখিদ্রে। অশেংবা লুপ্না থবক পাযখৎখ্রমাল্লে খন্নে। অদুনা সবপক্ষ তোম্বনা নিংঙাইবা লৈতনা চাওখৎ থৌবাংগী থবক মঙা খুন টুটেল সেনিতেসন ব্রার্ক পাযখৎপা হৌবন্মী। অসুম্না থা অমা হেন্না থবক শুজিন্দুনা প্রোগ্রেস ফজনা লৈবদুগী বিপোৎ থাগত্তুনা সবকাবনা পীবা শেন্থংগী ফাইনেল ইন্সটোলমেন্টকী সেঙ্কসন ওবদব অদু পাযবদুনা হবাওনা অফিসদগী মযুম মাযকৈ পাংলকখি। নুমিদাংব্রাইবম লম্বীদা খুৎলাই অফবা পাযবা নহাবোল খবনা থৎতুনা তোম্ববু ফাদুনা পুখ্রে-নুমিৎ নিনি শুখ্রে মযুমদা হল্লক্তবা ।

মঙা খুন্দা জে এ সি শেমদুনা। "কবম্বা লুপ্না কবি মবমগী তোম্ববু ফাবিবিবনো" শেংদোকপীবকউ। ইমুং মনুংগী যেংবিদুনা মাবু শোযদ-ঙামদনা থাদোকপীবকউ" হাযনা ধাবনা ফম্লন্মী- তোম্বীনা লুচিংবীনি।

নুমিৎ তাবদুনা ধাবনা ফম্বা লোইশিল্লগা মযুমদা হল্লকপদা ঙাযবি তোম্বী। খুনবু ইবোতোনসু "মনুংগী মী লাকই তোম্বগী পাউ পুবকই অমুক্তা লাকপীযু" হাযবকপদগী খুল্লাকপা চাওবগী যুমদা চৎলুবনি। নোংমৈ অতেনবা পাযবা নহা অহুমখক লৈবন্মী মখোযগী মোবাইল ফোন্দা খুল্লাকপা চাউবনা তোম্বগা ব্রাবী শানখি। তোম্বনা হাযবকখি- "ঐহাক অশোয অঙাম যাওদনা লৈবি। দেমাঙ্ত তৌবিবা শেনফম অদু পীথোক্লবা শীনবীযু।"

অশুক যাম্বা কদাইদগী থিকনি। চাউবগা ইবোতোনগা অনীনা "ইবুংঙো ' চাযোল অমত্তংদি ঙাইবীযু।"

অহল অনীদুনা হাযজবা ব্রা অমত্তা তাদনা নহা অহুমদুগী মবক্তা অমনা মুক্কুনা হাযবকখি- "হেয, অহল ঙসিদগী নীনী শুবা নুমিত্তা ঐখোযনা হাযবা মফমদুদা লুপা লাখ মঙা পুদুনা লাক্তবা যাবোই, নত্রবদি হুমনি শুবা নুমিত্তা সবপক্ষ তোম্বগী অশিবা হকচাং ওইনা ফংগনি।" হাযবন্নগা মুক্কুনা চৎখি। নহা অদুগী ব্রাঙাং শাঙাং ব্যবহাব অদু উবদা ইবোতোন মনা পাযবা যাদে-মুকম মুকম শোল্লকখি-"নোংমৈ মচা অমা পাযবে হাযদুনা তৌবা শাবি খুপাক্লা নাহুমদা অমুক্তং হুম্বদা লম তবা লাপ্না পাইথোকদবা অদুনশু।"

তোম্বী মুন্না যেংই-হংখি "কবি তৌববগে?" "খুন্নক্তে" তুমিন্না ফমখি ইবোতোন।

ঙাইহাক লৈবগা মথন্তা খোইকমা নোকফেৎ শোল্লকখি-"সি ওইবেকো কলেজ ছাত্রনা হাযবম্বা মী ষন্নীংহনবা ইন্দাষ্ট্রি হাযবদো-"

ফুক হৌগৎলকই অদুগা হাযবকখি "তোম্বী ফিবোন খব পুথোবকউ অথুবা থবক অমগী চত্তবা যাদ্রে।" ফি শেৎলিঙৈদা খুনগী পাউ পুবা থোম্বা লাক্কুনা হাযবৈ।" চীংগী মনুংগী মী লাকই মখোয তকক্লি চাক চাখিনি-খুনবু খুলাকপসু উননীংঈ হায?"

হৈবাংলিঙৈ যুবাংলববা? হীযাঙ য়েংলিঙৈ তুম্বাগী শেল থৌববিবা "চাউবগা ঐগা যাম্না লুবা থবক অমগী হৌজিকমক চত্তবা যাদ্রবনি মখোযগা উনবা ঙম্লবোই নঙনা ফনবা শীনখো। ঐখোয অনীগী যুমদগী অবৈ অবৈবা লৌদুনা থোং-থাক্কুনা পীজখো। তোম্বী? ঐ চৎলুখিগে মী ষনীংহন্নবা হোৎনকখিগে।"

২২।৩।২০১০

## ৫

# মীদো ময়াঙ কংলমগনি

লোইজিং লোইযাবমদা লৈবা মঙাখুন চহী যাঙ্খ্রে হেন্না মপান লমগা শম্নদনা শনম মিনম তানদনা ইংনা চীক্লা মনীং তম্না লৈবম্বা অদু হন্দক্তা চহী অহুমলোমগী মমাঙদা দি এম কলেজগী ছাত্রশিং বনভজন লাক্লম্বা চহী অনীগী মনুংদা মখল কযাগী মী মথং মথং খুন অসিদা লাকখি- মদুগা লোযন-লোযননা খুন অসি যাম্না থুনা মশক পুংওন ওনখি।

সবকাবগী বেভিনীযু দিপার্টিমেন্টকী মী লাক্লুনা লম জবিপ তৌদুনা মেপ যেকখ্রে, খুনগী নম্বব পান্দুনা সবকাবনা শক খঙলবা খুন ওইবে। যুম্খুবেন শিং পাটাদাব ওইবে। দখল তৌবিবা লমগী মপু ওইবে। সবকাবগী দিভলপমেন্ট দিপার্টিমেন্টকী মী লাক্লুনা খুনগী চাওখৎ খোঙথাঙগী থবক পাযখৎপা হৌখ্রে। পঞ্চাযতি বাজ লিংদুনা মঙাখুন্দা গ্রাম সভা লৈবে। খুনবু ইবোতোম্না প্রধান, খুল্লাকপা চাউবগী মনাও তোম্বনা সবপঞ্চ ওইবে। সবকাবনা থাদবকপা চাওখৎ খোঙথাংগী থবক পুম্বা গ্রাম সভানা তৌবম্মী। চাওখৎ খোঙথাংগী শেন্থুং পুম্বা পুকচেল শেংনা মীপুম পুম্বনা খঙনা নিযম চুম্না শিজিন্নহন্দুনা মতম খজিক্তগী মনুংদা মঙা খুন মোদেল ভিলেজ অমা ওইবে।

হৌজিক মঙা খুন্দা তোযনা লাকপশিংগী মবক্তা মণিপুবগী মপান্দগী লাকপা পুকচাক থিবা কাঙবু, পোৎ হাদুনা যোনবা পেদলব ওইনা, খবনা পোৎ হোনবা

কুলী ওইনা, খবনা চেক্কী মিস্ত্রি অমদি অতৈ স্কীল সার্বিস লেবব ওইনা চঙশিল্লক্তুনা খুন্দাশল্লবে। মণিপুব হাযবা লমসি লাযনা শেন পেকপা যাবা লম্লি খণ্ডদুনা মখোযগী মশিঙ নোংমা নোংমগী ৩প্পা তপ্পা হেঙ্গৎলক্কী অমসুং মণিপুবগী ইকোনোমীগী খুর্জি পাযশিল্লক্লি। হৌখিবা মীকোক থীবদা মখোযগী মশীং মণিপুব পুম্বগী মীশিংগী অতুম থোকপগী অমা হেনখ্রে।

মণ্ডা খুন্দি সমস্যা অসি থৌওইনা খল্লুদে। খুনসিদা তোযনা লাকপা অতোপ অতোপ্পা কাংলুপকী সমস্যাদা থবক যাম্লা চিল্লি। সবকাবগী অমদি মপান লমগী মীতা নওনা কাঙলুপ কযাগী মী কাঙবু কাঙবু কযাসু খুন অসি তোযনা তোযনা থৌবকখি। মখোযগী মবক্তা লালহৌবনি হাযবা খুৎলায পাযবা কযামকম মবক মবক্তা খুন অসিদা লাকখি। মখোয লাক্লবদি খুন অসি থবক যাম্লা চিল্লি। মখোযনা হেক চৎখিবগা মখোযবু থিবা সবকাবগী পুলিস কম্মাণ্ডো সি আব পি অসাম বাইফল, খুৎলাই পাযবা ভাবতকী লান্মী হেক্তা থুংলৈ। কাঙবু অশিনা থুংলবা মতম অসিনি খুন অসিগী খ্বাইদগী হেন্না ব্রাবা মতম খুনবু খুল্লাকপগী খ্বাইদগী হেন্না ব্রাই চিনবা মতম।

হন্দক মবক মশক খণ্ডবা খুৎলাই পাযবা নহাবোল খবনা খুন অসিগী সবপঙ্ক তোম্বা ফাস্ত্রে। মাবু থাদোবক্লবা বেনসম লুপা লাখ মণ্ডা নুমিৎ নীনিগী মনুংদা পীদবা যাদে হাযনা দেমাণ্ড তৌবকপদগী খুনবু খুল্লাকপা কোযচেন চেন্নবি। খুনবু ইবোতোন মফি মবোন সেত্তুনা হাথু হাথু থোবকপদা থোঙ্গান্দা খোম্বগা থেংনৈ।

খোম্বা খুনগী পাখোন চৎপা খুনবুগী মীনি। কুম লাযনানা নাবব্বদগী খুঞ্জা অতৈগুম্লা অকনবা থবক শুবা ঙমদ্রি। মযাঙ কংই মোবোক কা হেন্না চায, মাগী অব্রাৎ অপা খুনবুনা হেক হেক মেনবী। "খোম্বা কবিনো? কবি পাউনো।"

"চীংগী মনুংগী মী লাকই, মখোয তকক্লি চাক চাখিনি যেন থোংঙু হায। কবম তৌসিগে? ঐগীদদি চেং চাকসু লৈতে যেনসু অমতা লৈতে।"

"এঃ হৌজিকপো? হীযাং যেংলিঙৈ তুম্বাগী শেন থৌববিবা? হৈবাংলিঙৈদা যুবাংলবিবা?"

"মখোযনা খুনবুগা খুল্লাকপগসু উননীংই হায।"

"হৌজিক মখোযগা উনদুনা লৈথোকপা যাদে চাউবগা ঐগা অকবা থবক অমা চওবা যাদে হৌজিকমক। নযাম্বা সবপঙ্ক তোম্বগী ব্রা নঙ খত্তীদনা? যাম্লা লুবা থবক্কী মতম মাঙহনবা যাদ্রবা? অদুনা ঐখোয অনি লৈতে হাযযু। মখোযনা হাযনীংবা ব্রা নঙোন্দা হাযবম্মু হাযযু।"

“চেঙ চাক ঐখোযদগী লৌখ্রো ঐগী যেম্বাবাবা অমসু লৈবনি মদুসু পাযখ্রো মখোয অমুক লাক সিফাই অমুক লাক তোযমল্লবসিদদি খুন অসিগী ওক যেন লোইনা তুমখ্রে। চৎলো চৎলো নঙনা ফনবা অদুম শীল্লুবো।”

ইবোতোন তোম্বীদা খোম্বা শিন্নবম্লগা থুনা যাঙনা চৎখ্রে।

খোম্বা খুনবুগী যুমদগী যেম্বা অদুনে অমদি চেঙ চাক পুবদুনা থোং থাকপা হৌখ্রে। চফু শৌবদুনা চাক যাইশিল্লগা যেনশা থোংবা মুল্লমদাইদা মনুংগী খুৎলায পাযবা তবা অমসু থুংলবে তবাতকক শুবে চাননবা চাক ইম্পাং খব হেঙ্গৎহল্লু হাযবকখি।

খোম্বা খুল্লাকপগীদগী চেঙ লৌকদুনা চাক্তি লোঙলে। যেনদি খুন্দুদা অমত্তা থিবা ফংদ্রে। খোম্বা মুন্না ৱাখল তৌবগা উ মোবোক খুবাম অমা শুগাইবগা যেনবা থোংবা অদুনা থাকচিল্লি ঈশিং খবা হৈজিল্লি।

ঙাইহাক লৈবগা “তবামত্তা অমসু থুংলবে কুম্বামাথোই শুবে মদুগী ওক্রবা শীল্লু হাযবকখি।” খোম্বা পন্দে উ মোবোক খুবাম অমা শুগাইবগা অমুকসু থাকচিল্লি। থোংবা লোইবগা লৈশা ফান্দা শিন্নখ্রে।

চাক্তি লেমদে যেম্বা থোংবদি তংখায অমা হেন্না লেমখি। মী অমনা হুমাং ভি ভি শৌনা মনপ মতিল ওবোবো তানা চাবফাও যেম্বা থোংবদু মতুম মচা অমা ফাও লোইশিনবা ৱানা থোকখি। অসুম্না মী কুম্বুমাথোইনা যেম্বা অমা লোইনা চাবা ঙম্নদনা চৎখি।

মহোৱ'না চৎলমদাইদা মখোযগী লুচিংবা সার্জন অদুনা হাযবম্মী।

“ভুসিগী যেম্বা থোংলিবা মীদো ময়াঙ যাম্না কংলমগনি।”

২২।৩।২০১০

# ৬

# সরপ্রাইজদি য়াইমবীনা পীরমলেদনা

"ঙসিনিদো হায়নখিবা নুমিৎ।" চাউবা সাইকল ইন্দুনা থোবকই মযেক যাওদবা ঈশৈ ঙংলদুনা। "সবপ্রাইজ অমদি ওইনি মখোযদা।" অমুক্তং ফাওবা উনদ্রিবা মশক মতৌ ফজবী লৈশাবী অমগী মখুৎ তংবা অসিবু সবপ্রাইজ নত্তববা?

চহি কযামুক্কী মমাঙগী ৱানি ইংসোক ১৯৪১ মহাবাজ বোধচন্দ্রনা মণিপুবগী নিংথৌ ওইবা কুমদা থোকখিবনি। সাইকল তোংবা মীবু ইনাক খুনবা মীনি হায়না শীংথানবিঙৈ যেংনবিঙৈ মতমগী সাইকল তোংবা কাঙবু অমগী ৱাবীনি। মথোক কাবকপশিংগী যোঙদা কান্না তোংলিঙৈগী থোঙচৎনি।

চাউবা শবত ইবোহল চন্দ্রমনীগা লোযননা সাইকল অমমম তোংলদুনা ওক্তৌববগী অয়ুক অদুদা ঐখোযগী থোঙ্গাল যৌবক্লে। হেক যৌবকপগা মণ্ডিলা খুফাং খীংলক্লে। ঐহাক থুনা যাংনা হম্বব সাইকলদু ইন্দুনা থোঙ্গাল লোমদা থোবক্লুনা মখোযগা উন্নবম্মী। অনকপদা লৈবা মীশিংনা সাইকল ময়াম অদু যেংনবম্মী।

অযুক্কী পুং মাপল তাপ্লে, নুমিৎ ফন-য়াম্মা কাবে লৈচিল তাকপ্লে, ঐখোয় মখা পাংনা থৌথবম্মী।

মোইবাংখোমদগী শীংজমৈ যৌনা ইম্ফাল তুবেলগী যেৎথংবা তোর্বান যাঙবী ছোবোক মতমদুদদি ছোবোক অচৌবনি চেক্কী কংকৃত ঙাংশং ঙাংনা থাই-মনীং লমজাও

ইন্দো বর্ম্মা বোডতি শেম্বা হৌগৎপদা ঙাযবি। লম্বী থন্না ৱাবী শান-শান থৌবকপনা শীংজমৈ কৈথেল যৌবে। অপীকপা কৈথেলনি লাইনীংথৌ খাইদেম তেম্বা মপাদা শাবিবা ইনা মথক কূপ্পা উগী থোং মনাক্কী লম্পাক পোৎফম ফম্মী, থম্বালনা থন্না শাৎলিবা তেখাওপাৎ লৈবি ফুঞ্জিন্দ্রি। থোংগী ফৈবেলদা সাইকল ঙাশিল্লগা কৈথেলদগী লৈবাক হৱাই অঙৌবা পৈশা অমগী লৈরুবগা থোংথক্তা লেপ্পুনা ৱাবী শান-শান থোং মনাক্তা থাংলিবা হিদগী শীংঙুৎ শীংনাং শীংজা মপুল মপুল তোর্ব্বান্দা হোনগৎপদু যেংলি।

লৈবাক হৱাই অঙৌবা তূপ্পা লোইববদা ঐখোয কৈথেল অমদি তেখাও পাৎ তুংওইননা থনম্নগা মখাপাংনা থৌবক্লে, সাইকল খম্বাং লম্বী থন্না বিক্সো, ওটো বিক্সো, কাব, জিব ভান বস অমত্তা লৈত্রিঙৈ মতম ওইবনা লম্বী চিন্দে। কুম্মৈ-ফিযোং মতম নত্তবগা খোঙনা চৎপা মীসু পঙযাম যামদে। থীন্দনা মযেংবম লাইবেম্বীনা কোনবা লম লম্বী মযাই খোনাং হৌবী লাম্লোক্তুনা ককৱা পাৎ যৌবে। মতমদুদা ঐখোযনা থেংনখি লুকমায কোকথোংনদুনা কন্না চেনখৎলক্লীবী মৌনহা পবেং অমা।

মৌনহাশিং অদু চহি ১৯/২০ দগী ৪৪/৪৫গী লোঙ্গানি, মাঙ লূম্লীবী ঙাক্তনি। নুপীশিং অসিনা ফনেক ফিদোন চিংখৎনা শেৎ, খ্বাংজেৎ চেৎনা লাক লুকমায কোকথোংনদুনা ৱাইথৌদগী চেন্না চেন্না লাক্লি। ঙানা তেক্লিঙৈ মোইবাংখোম সনা কৈথেল নংনবা। মখোযনা মকোক্তা পুবিবা লুকমাযদু মখুৎনা পাযদে বেলেন্স কাযদনা থম্নগা মখুৎ অনী অদু মশা খপ্পগুম ফৎ ফৎ হাইদুনা মাঙ লূম্লিবীশিং অদুনা থীক-থা থন্না মায লোংলপ, চাউববী নীংদু অনী হুৎ হুৎ লৈ-অচাকপা মৈতান খোঙনেৎনবগুম চেন্না চোংনা চৎলিবী খ্বাংজেৎ ফীজিন ফিবান হাইবিবীশিং অদুনা পবেং নাইনা ঐখোযগী নাকন্দা শৎ শৎ লীৎখত্তুনা তহা তহা চেনখৎখিবদু মীৎকী কুম্মৈনি। ঐখোয সাইকল থাম্নগা লেপ্পুনা ভাইহাক যেংখি।

ঐখোযনা মখোযবু "ৱাইথৌ শাগোল" হাযনা লঙনৈ-মখোযগী অশাওবীনি তাববদি মচীন থীবক্কনী।

মখোয পূম্নমক নোম্বা কল্লবী মৈতৈ নুপী ঙাক্তনি। অযুক ঙন্না ইমুং মনুং কুপনোম মচা মরা নেনেম মকু সেবা লোইবম্নগা মাইল মাপন লাপ্না মখোঙনা হাইথদুনা ৱাইথৌ শোযবেন্দগী ঙাতোন অতেকপা তীক্লুবগা তেক্লীঙৈ মোইবাংখোম কৈথেল নংনবা চেনা চেনা চৎলবনি। মৈতৈ ইম্নুংগী ইকোনোমি খুর্জ্জি পাযবিবী মৈতৈ নুপী

থাগৎনীংঙাইনি নখোযগী যৌনা, চীংমান উমং ৰামং নাবক মোংসোং লৰাই-থৰাই নখোযনা যৌদবা লম কবি লৈবগে? মচা মৰা মকু মনেম নুঙাইনা থম্নবা হোৎনবদা মালেমগী ইতিহাসতা যুম পুবী মৈতৈ নুপীগুম অখাঙকনবী অতৈ কদাযদা লৈবগে?

ঐখোয অদুম লেপ্তুনা যৌবকপনা কাঞ্চিপুৰ লাংথবাল কোনুং লাম্থোক্তুনা লিলোং যৌবে। ককৰা নাওবেম লৈকায মখাদগী লিলোং যৌবা ফাওসি মী তাদবা লমহাঙনি, নাইতোম চৎপা কিনবা। লম্বীগী ওইদা লৈবা ঈশিং লৈতবা লৈশাং হিদেন থাঙ্গপাৎ অমদি যেত্তা অশংবা লৌবুক লমহাঙনা লোইবোইননা লাংথবাল চীংথক ফাওবা অশংবা ফবাংজি থাবিবা, লাংথবাল চীংথক্তা অড্ডৌবা ফুবা মন্দিৰ চীংখোঙদা কীন্থৰবা চেক্কী সনথোং বাসমণ্ডল পুখ্রি, কাঞ্চিপুবগী পাক্লবা অহাঙবা লমহাংদা ব্রিটিস অফিসাবগী মচা মশুগী মোংফমদা যুংবা ক্রোস অমা অনী উকব্বদা মতম অমগী মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা অমদি গম্ভীব সিংহগী আমোন্দা কোনুং ওইবিঙৈ মতমদা মীনা চীৎন-চাযনা ঙমদনা তিল্লম্বা, শ্রী শ্রী গোবিন্দগী আবতীগী শবিক কাংসি মখোলনা থল্লম্বা অমদি থৌবাল অথোকপমগী সনাখ্বা যাইস্কুল লাকপগী লালগী মমাঙ চযোল অমা ফাওবা লৈবম্বা ব্রিটিস সিফাইশিং লাংথবাল লমহাংদা ক্কাজ তৌবম্বা পুক্নীং মিৎনা শং শং উবি? অনকপদা ছোবোক্কী যেৎথংবা নাকন্দা লৈবা নাবক মোংশোংনা কৃপশিল্লবা কীন্থৰবা মৈদিংঙু গম্ভীব সিংহগী মং ফুবা উকব্বদা কবম্বা কালদা মনীংতন্বা মণিপুবগী নিংথৌবেন অসিগী মং ফুবা অসিবু মতীক চানা ইকাই খুম্নবা উৎলগদগে খনখি। মিকুপমুক্তনি, অদুম যৌথবকখি।

থিন্দনা ইম্ফাল, ইবিল, কোংবা তুবেল অহুমগী সঙ্গম লান্না শাবা লিলোংথোং লান্দুনা বাজাব ফাওদুনা হাইথবক্লি! খৃষ্টগী তবা তককশুবা চহী চাদা মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা খুন্দাখিবা মৈতৈ পাঙল খুল লিলোংগী অহাঙবা লম উসোই পোকপী পাৎলোমদা শন্দোকপা হৌবক্লি।

ঙাইহাক্তং তুমিন তুমিন সাইকল থৌনবি মহৈ মহৈ তোঙান তোঙানবা ৰাখলগী ইপাক্তা লুপ্পগুম তৌনবি। অওইবমক চাউবদি খল্লি-সবপ্রাইজ অমদি শোযদনা ওইগনি যাইমবীগী মখুৎ তঙ্গনি-ৰাবী ৰাতায শাগনি, মানা শকপা ঈশৈ তাগনি-"অশংবা তোমাল পাম্বীদা সনাগী উবীনা যেৎলে-মখোঙদগী মতোল ফাওবা যেৎলে।" ঐখোযনা খল্লি-চাউবগী যাইমবীসিবু কযামুক ফজবা জাৎনো? চাউবগা মাগা অনীসিবু কযা হকচিন্নববা?

উশোইপোকপী যৌবকপদা ঐহাক লৈশা-পাখঙশিংনা মতম কুইনা থাজনবকপা ৱাবম অমা নীংশিংলকখি। " মযাম মপান-ইপান থোকপীনীংলবসু" হায়বন্নগা ঐহাক সাইকলদগী কূমথবে ষ্টেণ্ড হাইথদুনা লেপহল্লগা পাৎপান্দা মায নোংপোক ওন্না ফমথবন্মী। ফুনান মবিং চীং নিংথম লৈচিল তাক্লিবা পাৎযাগী ফজবা দৃশ্য যেংনা যেংনা পাৎপান্দা হৌবা চাবোৎ পাম্বী অনীদগী মনা অমমম লামদুনা-সিনা ঐ অসিনা মা হাযদুনা থৎলগা অনী অদু থূপকি কিদুনা শান্নৈ থূপকি অদু চিংবদা নাম্থোক্লে মদু উবদা নুংঙাইবদুনা ঐহাক নোকফেৎ তৌখি।

মখোয মবিসু সাইকলদগী কূমথবগা মহৈ মহৈ ফমথনখি।

চন্দ্রমনীনা হংলকখি, "কবিনো নথন্তা নোক্লিবদো?"

"ঐখোয অনী যানবে।"

"ঐখোয অনী হাযবদি?"

"গুনীগা ঐগনিদনা, - সে উবববসে- অনিসি চেজেৎ কোনশিন্নবিসে, শেৎতৎ ফোযদৎপা যাদ্রিসে।"

ঐনা চবোৎ মনা অনী অদুগী থূপকি অদু মখোযদা উৎলম্মী।

"ওই! অদু ওইবে।"

"হোযনে, যেংঙু হৌজিক্তি কযাম চান্নবিবা?

"নহান কৃষ্ণ জন্মগী থবো চাবা লাকপা নুমিত্তুদদি মাগীগা ঐগীগা শুকচান চান্নৌ হাযবা যাদবনি, হেক্তা নাম্থোকপনি মাসু ঐসু থৱায কযা ৱাম্রে, হৌজিক্তি কযা নুংঙাইববা! নখোযগীসু যেংউদনা।"

"ঐগীদি যেংদ্রসু যাবে, পাঞ্জিনা পক্লে হাযবক্লে।" চন্দ্রমনীনা খুমলকখি।

চাউবা শবত ইবোহল-পাৎ মপান তান্না চঙশিনখি। চবোৎ পাম্বী অনী অনীদগী "সিনা ঐ সিনা মা" হাযনা মকা অমমম থৎলগা মকা অনী অনীদু থূপকি কিশিন্নৈ। সবত ইবোহল অনিগীদি চেজেৎ কিশিন্নৈ শেত্তোক ফাক্তোক্লবা যাদে।

চাউবগীদি হন্না হন্না অহুল্লক কিববু হেক্তা নাম্থোক্লে। চাউবা মথৱায নুংঙাইতে নুংশুক নুংজানৈ। ঐনা ফাগী ওইনা হাযখি, "ঙসিগীসি ভায চাউবগীদনিদো হোবেল লৈবমদদুনা তোক্লবনি।"

উসোইপোকপী তুংওই নাতৈনবন্নগা ব্রাইথৌ চীংগোন থেক খোই লম্বীদা থৌবক্লে। ইস্তুক শুক্লি মী তাদ্রি কৈবানফমদা কৈ থেংনগদ্রা কিনবি।

অদুম ওইনমক লম্বী যেত্তা লৈবিবা ঈশিংনা নীক-নীক লাউবিবা সুপ্তু কাবোং পূক্লীং হুনা ফজে।

ব্রাইথৌ সোইবেল যৌবকপদা মীনিন তাবে। সোইবেল মীনা থল্লল্লে। পাৎচাবা, ঙা ফাবা, ঙা তীকপা। মিনিট মঙা খুদিংগী সোইদগী লূ কাইবা খুদীং ঙাতোন সংবাই সংবাই যায। ঙাসু লুক্তা যোল্লি। চীক্লবা ব্রাইথৌ চীঙ্গোন সোইবেন অসিদদি পূমনিন নিল্লি।

ঈশিং ঈচেলগা লোযননা চেন্থবকপা ঙাতোন্না সোইবেল লূদা চঙলমদাই সোইপন্দা থেংলুবদা খংদুনা চোংখৎলকপা ঙাযামদা নুমিৎকী মশেক মঙান্না যৈবদা লুপাগী থাকল হেক হেক খনবা পূক্লীং হুব দৃশ্যদু ঙাইহাক শুক্ষৎনা যেংলন্নগা ব্রাইথৌ থোং লান্দুনা চীং লম্বী অদুদা তাংজেং খোংনাংখোঙ তান্না যৌথবকখি।

পাক্লবা ব্রাইথৌপাৎকী ঈশিংসু নীক-নীক লাউনা লম্বী মপান ফাওবা শন্দোক্লিবা অদুদা নুমিৎকী মঙালনা যৈবদা নুমিৎ লিশিং লিশিং থোকপদু যেংন-যেংনা থৌবকপনা তাংজেং যৌবে চীংলম্বী লোইবে তম তাবে। তমগী চুমদ্রিং চুম্বা লম্বীদা থৌবাল কিযাম হাওগা সোবাবেন ফাওদুনা থৌবাল অচৌবা তাদুনা থৌবাল তুবেল থক্তা শাবা উগী থোং লান্দুনা থৌবাল কৈথেল যৌবে। অমুকপন্থবা তৌদনা থৌবাল কৈথেল অমদি থৌবাল তোমজিং তুংওই নাতৈ থনম্নগা থৌবাল অথোকপম পাংলক্লে।

থৌবাল অথোকপম খৃ ১৮৯১ গী মনীংতম্বা মণিপুরগী অবোইবা লানফম অমনি। লানফম অসিদা যাইস্কুল লাকপা অমসুং সেঙ্গোইসনা মপা-মচানা মথব্রাই কথোক্তুনা ব্রিটিস লান্মীবু মাইথীবা পীদুনা তান্থোকখিবনি। অথোকপম যৌবক্লে নকশিল্লক্লে চাউবগী চান্নবীগী লমদম শুপ্নগী থোং অমখত্তং লাল্লগা হেক্তা যৌবে। চাউবা মিহুল তীং তীং চোং মওল-মওলগী ব্রাখলনা থন থৌবি সাইকল মখা পাংনা।

অযুক্কী পূং ১০ ৩০ বোম তাবকপদা অথোকপম যৌদুনা অবোং থোং লাল্লমদাই মক্তদা খাঙবোকলোমদগী লাকপা মকোক খুন্নী লৈশাবী পুবা সাইকল অহুম মবিখক অবোং থোংগী থোংজিন্দা গোং হেক থেংনবে।

সাইকলদা পুবকপী মকোক খুম্বী লৈশাবী অমনা কৌবকখি

"তা চাউবা কদাইদনো?"

ঐখোয সাইকল খামই, কুমথৈ, মখোযসু লোযনা খামই কুমথৈ, মাযগা মাযগা ওনশিন্নদুনা ঙাইহাক লেপমিন্নৈ, পুক্লীংদা খল্লি, "আই, ফজেনেহে" চাউবদা কৌবকপীদুনা খাইদগী হেল্লি।

লৈশাবীদুনা-"তা চাউবা। মযামশু কদাই যৌদৌবিনো?"

"হাইমা। যাইমবী, ঐখোযদি নখোযদা লাকপনি অদুগা কদাযদা?"

"তা চাউবা কাসি হাও।"

যাইমবী ক্বা মতপ অমা লাল্লগা মখা তাবকখি "একাশিনী, তোম্বী। তাইবুংঙো খোযদা ক্বা মতপ অমমমতা লাল্লু।"

যাইমবী ইবাঙ লাঙই, একাশিনি তোম্বীনা ক্বা মতপ অমমম ঐখোয মবিদা লাল্লকই।

মখোযবু পুবকপা সাইকল যৌবকপা নুপাশিং অদুনা ঐখোযদা মমিৎ খাবপ খাবপ যেং তুমিন্না ফুবিৎখাওদগী বেবি অমমম লৌথোক্কুনা চিংদুনা লৈ।

যাইমবীনা নৌথবদুনা হাযবকখি

"তা চাউবা। ব্রাবৌবা যাদে, ঙসি ঐখোয গৌব লীলা অমগী চত্তবা যাদদুনা চৎলিবনি। ঙসি নুংথিল শান্নগদবনি য়াইবিবোক্তা। মতুং নোংমা অমুক লেংবিবক্নো ব্রাবৌবিনুকো।"

বেবি থকপা লোইবদুনা যাইমবী পুবকপা পাখঙ অদুনা চাউবদা খাবপ যেংলগা খোল খব পৌবপনা হাযবকই "চৎসি চৎলসি থেঙত্মনি।"

তাঞ্জা অসিদা লৈশাবীনা ক্বা লাল্লকপদা হবাওমনত্মদুনা যেংদনা কোক হুকচিনখিবা পান-খুতপ অদু হিদাকমনা শুনু খব হেল্লমদুনা অহুম অমদি হুমাং অনশ্বী কাদুনা উঙদুনা অবোং থোং থোংজিন্দা অদুম পাকথখ্রে" ঐগীদুদি শুনু খব কল্লমদুনা লৈ চাফৎলে।

যাইমবীগী ক্বা খুতপ্না য়াই থাববা চাউবা যাইমবীদা তিংঙক তিংঙক যেংলিঙৈ লৈশাবীশিং অদু সাইকলদা হাপকত্তুনা অদুম যৌখ্রে।

চাউবনা শ্বব মপী অমা চনীংতানা হোল্লগা হাযবকখি "ঐদি ঙসাইনা উসোইপোকপী পাৎপান্দা অদুম খঙলবনি।"

চন্দ্রমনী শবত ইবোহলনা নোৎশিল্লকখি, "সবপ্রাইজদি যাইমবীনা পীবল্লেদনা।"

৭।১০।২০০৮

# ৭

## "ঐদি অমুক হন্না পোক্লরোই"

"মীনা অতোপ্পা মী অমবু নুংশিবা হাযবা অসি থম্মোইগী ৱানি। নঙনা মীবু নুংশিববদি নঙ খব ৱাবা তাই! অশুম্না ৱাবা অদুবু নুঙাইবনি হাযনা খনব' ঙম্লবা মতমদা নুংশিবা অদু নুংঙাইবগী তুংনফম ওইবকই। নুংশিবগী সিমা লৈতে, অনৌবা নাইদে। মীওইববু নুংশিবা অদু পাকথোক চাউথোবক্লুনা জীব পুম্নবু নুংশিবা ঙম্লবা মতমদা মী অদু মীওইবা অমা ওইববা হাযবা অদুনি। মীবু মীওইবা অমা ওইহনবা হাযবা অসি ধর্মগী মকওইবা পান্দম্নি। হিবম অশোমদা যেংলুববদি অবোক চোনু মী মবক্তা ১৭ চানা মীওইবা অমা ওইববা মীনি হায়দবা ঙমদে।

"মশানদি চোযনৌ কৌই হাযজৈ ঐখোযনা হাযবা থোক্তদুনা ঐখোয পুম্বনা [illegible]বু চোনু কৌই। অতৈনসু চোনু হাযনা অদুম কৌই। য়াইমবপ ওইনা ৱাং চাউই, মী [illegible]পক্তে, মশা পায অদুবু মকদি খীংই, মশা উই। ইবা পাবা থোক্তে, মযেক চত্তে, [illegible]বক হৈতে অদুবু মশাদি লৈবাক মচা তানা কলচব তৌববী নুপীনি। মহাক্কী পুক্লীং অমসং [illegible] মতীক মযাই মতীং পুম্বা অহল লমন্না তম্বীবা তাকপীবা অমদি [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] লৈ খাযদুনা মপুং ফানা শাংকাযববা মীওইবা অমা [illegible] [illegible] হেন্দোক্লুনা জীবপুম্নবু নুংশিবা ঙমলবী মীশক অমনি নিষ্কাম [illegible]

[illegible]

"সন্ধ্যা মতুং ওইরক্লে অবোক লাক্লনি" ঐখোয মযাম লাওতক্লনা ওাযবি। নুংথিল চুপ্পা শান্নরুবগা যাচওবদা যুমদা হল্লক্লিবনি, চানীং থক্লীংবনা খ্রো খ্রো খোৎলি।

ইচন নুপী অতোনবীনা হাযবকখি- "ঐগীদি অবোক্লা তল শামুগা তঞ্জাগা নৈবিবক্লনি।"

"ঐগীদি কাংশুবী," ইনাউ নুপা অতোম্বনা থেৎচিল্লকখি। মহৈ মহৈ হায়নবকখি

"ঐগীদি কবোক খোইবাক।"

"কবোক খোইদুম হৈঙান নৈবাক হৱাই লদু।"

"চিনি চফু।"

ঐসু আশা তৌবি "ঐগী নৈবাক হৱাই অঙৌবা।" ঐখোয পূম্বনা অমগা অমগা হংনৈ- "তাচৌগীদি কবি?"

খুম্নে "মাগীদি অহাওবা স্পেসিযেল।" তাচৌদি অবোক্লা খ্বাইদগী হেন্না লুনা তৌজবা মশুনি কোযখিবদগী হঞ্জিল্লক্ত্রি মহাক হল্লকপা ঙাইদৌবিবনি অবোক।

অবোক্কী যুম ঐখোযগী যুমগী অৱাংলোমদা যুমলোন অহুম খল্লগা লৈ। ঐখোযগী বাজিবু পোকপসু নত্তে, নত্তে ইমাগী মমা, নত্তে শাগৈগী মনে মন্দোন, ঐখোযগী বাজিনা মামা কৌবা লৈকাইগী ইপুবোক অমনা লৌবনি। যুম্নাক শাগৈ তিন্নদে। ইপুবোক্কী যুম্নাক লৈমপোকপমনী, ঐখোযগীনা এলাংবমনি। বাজিনা অবোক্তা ইনেহন কৌই অহুম লোনবগী অহন্নী, মচা পোক্তে। ঐখোযগীদি থাঙ্গৈশেংবা অবোক্কী। বাজিবু পোকপী অবোক্তি বাজিনা অঙাং ওইরিবঁৈদা শিখ্রে হায, ইমাবু পোকপী অগ্যাবোকসু অমুক্তং উখি ঙন্না লৈখিদে। অবোক্লা ঐখোয পুম্ববু লুনা চান্না নুংশিনা তৌবী। অবোক চোনুনা মশু ঐখোযবু নুংশিবদি ফিদম্লিংঙাইনি।

নুমিৎ তাবগা কৈথেল্দগী কূম্লক্লগা নুংদাংগী চাক ঈশিং চাবা থকপা লোইববা তুংদা মশুশিংগী ঙামোক মযোম মযোম পায়বদুনা সন্ধ্যা মতুংদা নুমিৎ খুদীংগী ঐখোযগী যুমদা লাকপা অসি মাগী কায়ফদ্রবা কতিন্নী।

অবোক চোনু মোইবাংখোম কৈথেলদা পোৎফম ফম্মী পান মনা যোল্লি। ইপুবোকনা তোংজৈ মবীন্দা হাও কাদুনা মনা পুবকই। ইপুবোক কম্বীবোনগী ঈশিংখোংদা যাবেকখিবশিং অদুগা লোযননা পান-মনা পুমিন্নবকপনি। ঈশিং খোংদুদা

পূন্না যাবেকমিন্নগদবনি অদুবু অথুবা থবক অমগীদমক চত্তবা যাদদুনা মহাক্লা অতোপ্পা মমান্নবা অমগদি খৌপুম পাংখিবনি। নুমিৎ অদুগী নুংদাংদনি যাদুনাংনা ঈশিংখোংদা যাবেক্লিবা মনা পুবশিং ফাদুনা হাৎখিবা। মবাইবক ফদুনা ইপুবোক হিংহৌবনি।

"অবোক লাকযে অবোক লাক্লে।" মযাম ব্রা ব্রা নিন্নবকই। ঐখোয় লোইনা ওমশিন্দুনা ঐখোয় খুদীংমক্লা। অবোক্তা হাযখি, "অবোক ঐগী ঙমোক।"

যৌ যৌ নিনখি।

অবোক্লা নোকমি নোকমি ঐখোয় খুদীংমকপু নুংশিনা যেংলগা ঙমোক মযোম অমমম "সিনা নঙগী সিনা মাগী" হায়দুনা পীবকখি। মাগী মাগী মযোম ফাক্তুনা চাবা হৌনৈ। মযোমদা মানা মানা পামজবা অচাপোৎ যাওবশ্বদু উবদা হবাওনা প্রুক প্রুক শাযদুনা চানৈ অবোক্লা নোকমী নোকমী যেংদুনা লৈ। ইশা ইশাগী ফংলবা তুং অসিদা ঐখোয় কাবাম চাউবা হেঙ্গৎলকই, তাচৌগী শকক্তগী খব ফোইদুনা চানীংলকখি।

ঐখোয় খঙত্রী, অবোক্লা শোযদনা তাচৌগী স্পেসিযেল অহাওবা পুবকই-মদু কবিনো যাম্না খঙনীংলম্মী। অদুনা ঐখোয় পূম্না ওমশিন্দুনা অবোক্তা হংই-

"তাচৌগী কবি পুবকই যেঙ্গে।"

"তাচৌগীদু ঐখোযদসু খব পীযু।"

অবোক্লা নোক্লা নোক্লা খুম্মী।

"কৈশু পুবক্তেদা নখোয মযামগী পুবক্লিবা সিদনিদা।"

"পুবকই খঙত্রী, নত্তবদবু তাচৌ হল্লক্লিফাও কবিগী ঙাইদুনা লৈগনি? অদুবু উবদি শুকফং ফংদে।"

তাচৌ হল্লকপা ঙাইগে যেঙ্গে ঐখোযগী ব্রাশক্লি। অদুবু নোংমা ফাওবা তূমদনা ঙাইবা ঙমদে। ঐগী মীগী থিদনা মীগী মতেঙ পাংবদা হালেংবা লৈতবী, অহোযনদুম নুংঙাইবা পোকচবী অবোক্লি। হেক লাকপগা ফমদুনা পোত্থাদুনা লৈথোক্তে।

- শুশিংনা ঙমোক চাবদ ঙাইহাক যেংলম্নগা হৌগক্তুনা ঐখোযগী ফমুং ফানুং কঙ্গ্রেকপা থৈজগা লোনবী, মোন শেমজিনবি, কাঞ্জল থাবী কাঞ্জল মনুংদগী কাঙ চেইদোকপা অদুগা কাঙ্গু চঙদনবা কাঞ্জল যেপশিনবী। ইমুং ব্রাই-বম শিংচিনবী। অমম্না নিজানবী শান-শানা ফুঙ্গাদা ঈশিং থম্না যাওববা খোঙহাম্বুন অদু থাঙ্গত্তুনা

ঈশিং লুম্মী। অদুগা ইমানা চাক ঈশিং থোং-থাকপা লোইবদুনা ঐখোয মযাম্না চাক ঈশিং চান-থক্লবিঙৈদা অবোক্তি ফুঙ্গা মনাক্তা ফক্তা ফমদুনা হিদাক ঙাম্থক অমা হাল্লগা মদু মাগী ব্রাকথঙ হিদাকফুদা পাল্লগা প্রোক প্রোক চিংদুনা থক্কুনা লৈ।

নুংদাংগী চাকচাবা লোইববা মতুং ইমানা কোল্লীক ফেঙদোক-ফেঙজিন লোইথোক লোইশিন তৌবিঙৈদা অবোক্না। ঐখোয পূম্বা মথং মথং খোঙহাম্বুন্দগী ঈশিং অশাবা উগী খুদেংদা হৈদোক্লগা অমমমতা ওইনা খোঙ-খুৎ হামদোকপী। চাউবে পাখঙ ফাবে খঞ্জবিবা ঐগী ফাওবা খোঙ-খুৎ হামদোকপী অদুগা ঐখোযপূম্বা অমমতা ওইনা ফমুংদা পুশিল্লগা হিপহল্লি, চাবা তুম্নবা মন্ত্র শোন্দুনা পুক্তা নাম্থবী। মন্ত্র অদুদি যেৎকী খুবাক্তা অশুম্না শোল্লি-

"হো বো সো তুম্মু হায গুরুগী যাথংনি"

অদুগা তুম্বদা মঙলাক হবাক্লদনবা থবাক খাযদোকউ হাযদুনা থবাক্তগী মাযবোমদা কোক্কী লুখম ফাওবা খুৎ যেৎকী খুবীগা খুদোম্বীগা পূন্না পাযবগা খাযদোকহল্লি। অদুগী তুংদা শিক-নানবীদুনা ফুঙ্গা বাবী মচা মচা লীবিদুনা মশু পূম্বা তুমহল্লী।

অশুম্না মশু ঐখোয পূম্বা তুম্মল্লগা ইমাগী থবক মতেং পাংবীবা লোইবগা ফুঙ্গা মনাক্তা বাজিগা মাযোক্লনা ফমদুনা হিদাক ঙাম্থক অমগা থক্লা থক্লা ব্রাবী ব্রাতাই শানদুনা তাচৌ হল্লকপা ঙাইদুনা লৈ। তাচৌ হল্লক্লবা মতুংদতা মৌবী উতোং মৈনম পাযদুনা মখুমদা হনখি।

অবোক্তা ব্রাবী ব্রাতায শান্নবদা মবক মবক্তা বাজিনা তোযনা হেক হেক হংবা ব্রাদি-

"ইনেহন ! ঙসিদি মোইবাং পর্ব্ব কদাযদনো?"

অবোক চোনুনা শ্বাইদগী হেন্না খোযদাজবা শুমাং লীলাদি বামন নিলকৃষ্ণ শর্ম্মনা খোংলেন শাবা মোইবাং পর্ব্ব অদুনি। লীলা অসিবু তৌনি হাযববদি লৈকায মবি মঙা লাল্লবা থাপ্লবা মফম ফাওবা অমম-অথেং কিদনা মমান্নবী অবিবম ইমা থৌবাণী লুকমনী অমসুং পাঙন্বম ইনে মোইবাং লৈমা মখোয অহুম হৌনদুনা যেংবা হেক্তা চৎলি।

অবোক চোনুনা তাচৌবু থোইনা হেন্না নুংশিনা তৌই। বাজিনা অবোক্তা নুংদাং থেঙমল্লে যুমদা হল্লো হাযনা হন্না হন্না হাযবফাও তাচৌ হল্লক্ত্রি ফাওবা শুকচৎ চত্তে। অবোক্লা তাচৌবু কয়ামুক নুংশিজবগে হাযববু খৃ·১৯৩৪-৩৫ ইংদা ইম্ফালদা লৈকায

লৈকায খুদীংদা ষ্টেজ শেমদুনা ফম্বাক লীলা শান্নবা চৎনবকপা মতমদুদা ঐখোযগী লৈকাযদা শান্নবা ড্রামা "অভিমন্যু বধ" প্লেদা তাচৌনা লীলা অদুগী হেবো অভিমন্যু শাখি। লীলা অদু যাম্না নুংঙাইখি, মণিপুরেশ্বর মহারাজ চুরাচান্দসু মীৎযেং তাবিখি। মহাক্না লীলা অদু যাম্না নুংঙাই, হেবো শাবিবদু ফৈ মাগী এক্টিং অদু যাম্না পাল্লি হাযনা থাগৎপীরম্মী।

লীলা অদুদা অভিমন্যুগা বথী তবেৎকা লান শোক্লবগী মতাংদা অভিমন্যু খুৎলাযনা শাথিনা শোক্লে ঈহীং-নাহীং শাবে উৎননবা মেকঅপ তৌবগা ষ্টেজদা থোবকপা মশু নুপাবু উবদা শোক্লিবা ঈ-নাই তৈবিবা অদু থাঙ্গৈশেংবনি, মশুনুপাবু মখোযনা শাথীনা শোকহল্লে হাযনা ও খোংনা কপখি, ভাবক্না মঙোন্দা যেংনখি, মহারাজনা কপ্লিবদু থেমজিনবীযু হাযরকখি। অবোক লীলা লোইবা ভাইগুমদে গ্রীন রুমদা চেনশিন্দুনা মশু নুপাবু যেংলূই।

অবোক্না যাম্না লুনা তৌজবা মশুনুপা অহন তাচৌ ক্লাস নাইন কাবকপদগী হৌনা শাথীনা নাবে স্কুল কাথোক কাশিন ঙমদ্রে। অদুবু নানা-নানা মথংগী চহিদা মেত্রিক পরিক্ষা থাদুনা ফার্ষ্ট ডিবিজন্দা মণিপুরী লিটরেচরদা লেটর ফংদুনা পাস তৌখি। অদুবু খৃ ১৯৩৭ ইংদগী নাবা হৌগ্রবা তাচৌ মেত্রিক পাস তৌববা মতুং চহী ফাদনা খৃ ১৯৩৯ ইং জানুযারী তাং ৩ দা লৈখিদ্রে। তাচৌ শিরদা মহাক যাম্না কপখি। হৌজিক অবোক্কী তাচৌবু নুংশিবা অদু পাকথোক চাউথোবকখি। তাচৌগা হাইফেৎ মশক মান্নবা পাখঙ উবদা মাবু মহাক্কী নুংশিজববা মশু তাচৌ অদুনি হাযনা লুনা নুংশিনা হেক্তা তৌই। অশুম্না শিলেতটগী লাকপা তাদ কুঞ্জোবু তাচৌগা মশক মান্নে মশু অদুনী হাযদুনা ঐখোযগী যুমদা পুরক্লুনা লৈহনখি লুনা তৌখি অমসুং নুংদাং খুদীং মাগীদমক স্পেসিযেল ঙমোক পুবকখি।

খৃ ১৯৪১ ইংদা তাদ কুঞ্জো মযুম শিলেতটা হনখ্রে। অবোক্না মশু তাচৌবু নুংশিবা অদু অমুক্কা হেন্না পাকথোক চাউথোবক্লুনা মশু পূন্নতা নত্তনা অঙাং পূন্নদা চপ মান্ননা যেনবীখি-স্পেসিযেল হাযবা অমা অমুক লৈখিদবে।

অবোক্না মাবু খ্বাযগা মান্নদনা যৌইনা হেন্না লুনা তৌবা অদুদা ফম শেন্নদুনা লৈববা তাচৌনা অবোক্তা হাযখি-

"অবোক নহাক্লা ঐবু অশুক লুনা তৌবক্লিসিবু নঙনা হযেং ঐগী ইচা ওইনা পোক্লক্তুনা ঐবু পঙনৈ নৈবিবগদবা মানখ্রেদা?"

অবোক্লা তাচৌদা মুন্না যেংই অদুগা ফিভম হঞ্জিল্লগা চীংলেম্মা ঝাতুপ ওইনা হাযবকখি।

"ঐদি অমুক হন্না পোক্লবোইদা।"

তাচৌ লৈখিদ্রে চহী মবিগী তুংদা অবোকসু থূপখ্রে।

তাচৌ লুহোংখিদে।

অবোক! নঙবু লেপ্পমক অমুক হন্না পোকখিদ্রববা?

১৮।৪।২০১০

## ৮

# ‘‘ঈচেলদি হঙ্গৎনা চেন্দে’’*

ঈচেলদি হঙ্গৎনা চেন্দে মহৌশাগী নিযম্নী। মহৌশাগী নিযম নওবনা হঙ্গৎনা চেন্নবা হোৎনকব্বা মায পাক্তে।

খৃ ১৯৪১ ইংদা মণিপুরদা চহি অনীগী মমাঙদা হৌত্রবা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মমি তাদ্রি মযেক শেংদ্রি অদুবু মনিলদি ফংলে। লাঞ্জাও অমগী পৈশাগী ঈচাও অমা লাক্কনী হাযবা কনাসু খঙদ্রি, মতেক পাই চৎলি পৈশাগী মমল যাম্না যাম্লি। মতেক অমা থাদবগা পাই অমসু হঙ্গৎলগা তম্লকপা কবোক চাবা ঙম্নদ্রি। খৃ ১৯৩৯ ইংদা চেঙ তাঙবগী নুপীলান অন্দোলন তৌদুনা যাম্না লাঙলুবদগী হস্থবক্তুনা ঈংথবকপা মতমনি, মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুরাচান্দনা মণিপুরগী সিংহাসন্দা চহী যাঙ্খে শুবকপা গোল্ডন যুবিলী চহীনি। চহী অমগী তুংদা অনীশুবা লাঞ্জাওগী চৈথেং ফংগনি অমদি ইম্ফাল অসি লানফম ওইবগনি হাযবা কনাসু থাজনবমদে। লাইবিক লাইশু হৈবা খবর পাবা মীওই খবতনা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী পাউ খব খঙবা নওনা সাধারন মীচম প্রজানদি নুপীলান লোইখিদুনা ঈংনা তপ্না পাল্লবা মতমনি খল্লি।

খৃ ১৯৩৯ ইং ডিসেম্বর থাদা হৌখিবা নুপীলাল ইংথখ্রে, নুপীলাল হৌহল্লি হাযবগীদমক হিজম ইরাবতপু চহি ৩ মিযাদ পীদুনা শিলট জেলদা থমখ্রে। নুপী লালগী

---

* *পুন্সি রাবীদগী*

লুচিংবী তোনখোম্বী, খোংনাং, মুখী , অমুবী, শবি, সনাতোম্বীনচিংবা ভেলনা থম্মী। নুপীলান লোইখিবগা লোযননা পুলিস লাইন কৈথেলসু মুৎখি। মোইরাংখোমদা কৈথেল অমুক হন্না কাবে, অবোক্কী পোৎফম হান্নগী ফম্ফমদা হান্না ফম্মিন্নবম্বশিংগা অমুক হন্না ফম্মিন্নবে।

নুপীলাল মতুংদা খৃ ১৯৪০ ইংগী যাওশঙ নুমিৎতা শ্রীযুক্ত চুবাচান্দ মহারাজগী মযাম্বা দিগেন্দ্র মযাম্বুং মচাগা গুরু অরিবম লালাবী শর্ম্মগা অনীবু হৈস্নাম গোপালনা থাঙনা যান্দুনা হাৎপদা কৈথেল কাযখিবা রাথোক নত্তনা অতৈ লৈবাক রাথোক থোকখিদে।

সাধারন প্রজাদি লান তৌববসু অথাপ্পা লৈবাক্তা থেংনজবনি মণিপুরদদি যৌবক্লোই খন্দুনা নীংঙাযদনা লৈনবম্মী।

মপানগী খবর কলিকতাদা ফোংবা মণিপুরদা পানবা Statesmen, Amrita Bazar, Hindustan Standard, Anand Bazar, Jugantar নচিংবদা অনীশুবা লাঞ্জাওগী পাউ যাওবদু খবর পাবশিংনা শন্দোবকপদগী লানগী রা লৈপুং ফম্বদা রাবী শানবা হৌবকপা অদু কৈথেল যৌবক্লুনা কৈথেল ফম্বী ইমা ইবেলশিংগী রাবী রাতাই লক্তা যাওবক্লে তোকঙা শন্দোকপসু হৌবক্লে।

অদুম ওইনমক খৃ ১৯৪১ ইং এপ্রিল থাদা কোংবগী শ্রী শ্রী মদনমোহনগী, মন্দিরগী লাইমাঙদা নোংচুপ থংবা উখোংদগী থোবকপা ককচেংগা নোংপোক থংবা উখোংদগী থোবকপা ককচেংগা লান শোক্লদুনা ককচেং যাম্না শি। নোংপোক্লা ঙমই। তোকঙা শন্দোবকখি নোংপোকলোমদগী জাপান্না লান ঙম্লি।

অদুবু চহি অসিগী জুন থাদা মচাইবুংঙো বুধচন্দ্রগা নেপালী নিংথৌ মচানুপী ঈশ্বরীগা লুহোংবা, সেপ্টেম্বর থাদা শ্রীযুৎ চুবাচান্দ মহারাজনা মণিপুরদা নিংথৌ ওইনা পানবা চহি ৫০ শুবগী গোল্ডন যুবিলী তৌদুনা সঙ্কির্ত্তন হবাও কুম্মৈ পীজ পিথক তৌবা অমদি নবেম্বর থাদা শ্রীযুৎ চুবাচান্দ নোংগাখিবা অদুগা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজনা মণিপুরগী সিংহাসন কাবা থৌদোকশিং অসিনা মণিপুরগী প্রজা কনা অমত্তনা চহি ফাদনা মণিপুর অনীশুবা লাঞ্জাওগী লানফম ওইরনি হাযবা খন্নবমদে। এরোপ্লেন তাফম কোইরেঙ্গৈ এরোড্রোম শেম্বা হৌববসু লানগীদমক শেমলিবনি খল্লুদে। বম তাবকপদা থরায কন্ননবা লম্বীগী মতাইদা, ইংখোলগী অহাঙবা মফমদা V নত্রগা I গী

মওংদা কোম তৌবা লানখোং খোংবাল তৌবা এ. আব পি (Air Raid Precaution) গী ভলন্টিযাব হাপ্তুনা ট্রেনীং তৌবা, বম তাবকপদা শিদনবা যেক্লবগী প্লেন লাক্লে খঙহনবা সাইবেন অনেম অৱাং খোংবদা কোমদা চঙবা অমদি যেক্লবগী প্লেন চৎত্রে খঙহনবা অল ক্লিযব সাইবেন অশাংবা খোংবদা কোমদগী কাখৎলকপগী প্রাক্টিস তৌবা অদু থৌশানাবমদে। অহোইনদুম কুম্মৈ ওইনা যেংনবম্মী মসিগী কান্নবা কবিনে' কবিমও৷ খঙলমদে। শম্না হাযববদা শ্রীযুৎ চুবাচান্দ মহাবাজনা পানবগী অবোইব' চহি ফাওবা মণিপুবগী মীচম প্রজা অযাম্বগী পুন্সিদা অনীশুবা লাঞ্জাওগী মমি তাদ্রি।

চহী অসিদা থোকখিবা অনীশুবা লাঞ্জাও মমি তাবা থৌদোক অমওং হাযব' তাববদি হৌজিক্কি নেসনেল হাযৱে ৩৯ ইন্দো বর্ম্মা বোড ঐখোযনা মনীং লমজাও হাযনা খঙনবা লম্বীসী পাকথোক চাওথোকহন্নবা লম্বীগী নোপোক্তা লৈব: মোইবাংখোম লৈপুং থুগাইনবা লৈপুং পুজা তৌবা অসিতনি।

নুমিৎ অদু ঐহাক মোইবাংখোম কৈথেলদা অবোক্কী পোৎফম তম্না চৎলম্মী নুপীলান মতুং পুলিস লাইন কৈথেল মুত্তুনা মোইবাংখোমদা কৈথেল অমুক হন্ন' কম্নবা মতমদা অবোক্কী মনাক্তা অহানবা চৎপনি।

কৈথেল মী তিনখৎলকপা মতমনি। ঙসিদি মী কা হেন্না তিনবা মাল্লি। ঐন' অবোক্কী মনাক্তা অবোক্লা পীজবা ঙমোক চাবা হেক হৌগৎলকপমক্তদা ২২।২ নিম্নবকখি হাযনবকখি "লাক্লে লাক্লে তার্পোন পাণ্ডিত, কোনুংগী অঙম্বশিংগা যৌবক্লে।"

"পণ্ডিত অচৌবা সিদা লাক্লিসিবু কবিগীনো অবোক।"

"মোইবাংখোম লৈপুং থুগাইদৌবি অদুগী পুজা তৌগদৌবিবনি।"

লৈপুংদি কবিগী থুগাইদৌবিবা?

"গাভী অচৌবা যাম্না লাক্কদৌবি মদু চৎপা যাননবা লম্বী পাকথোক্কদৌবি হায।"

"লৈপুং থুগাইবগীনমক কবিগী পুজা তৌবিনো অবোক?"

'মোইবাংখোম লৈপুং অচম্বা লৈপুং নত্তে। পোৎ পুম্বগী মপু অমমম লৈবগুম মোইবাংখোম লৈপুংগীসু মপু লৈ। মপু অদু লাইবেম্ববা লাইবেম্বীবা হাযবদুদি সনা ... পণ্ডিতনা ... উম্ভী। মপু তাক্তনা মীগী মপোৎ লৌবা, থুগাইবা মাঙহনবা

চুমদে অদুনা পুজা তৌদুনা তাক্লিবনি যানবা থেল্লিবনি শাওবিদনবা হায়জবিবনি অথেমপোৎ হৈক্ক-পানা দক্ষিনা পীদুনা লৈপুং অসি থুগাইবদা মসিদা লৈবক্না মী লাই শা উচেক তীল-কাণ্ড জীব পৃথ্বা লৈফম চাফম কাং-খোং চাইদৌবিনি। হৌবক্না উ- ব্রা নাপী শীংবী লোইনা মাণ্ডদৌবিনি। অদুনা খোইক থাউমৈ থান্দুনা, মনম নুংশিববা ঘী তোৎলবা মেক্রক্কী ধুপ মৈখু থা, হৈক্কক তাঙ্গ পান-তাঙ্গ দক্ষিনা কত্তুনা থেল্লিবনি। লৈবাক্কী তৌদবা যাদবা ওইবনা যাল্লিবনি থুগাইবিবনি-মবম লৈতনা পণ্ডযান যানবা নত্তে, পণ্ডথু থুগাইবা নত্তে, হাযনা তাক্লিবনি। মাণ্ডলি তাক্লিবগী মমল দক্ষিনাসু যাওবিবনি।

ঐখোযদি মহৌশাবু লুনা তৌজবা জাতিনি। নণ্ডবু নহান ঐখোযগী লৈপন্দা হৌবা উপালদু য়ানবদা যাল্লমদাইদা উদুদা ধুপ থাউমৈ হৈক্কক তাঙ্গ পান তাঙ্গ দক্ষিনা কৎপদু উদ্রনে।"

অবোক্লা হাযবিবদো তাবদা ঐ লৈপুং পুজা যেংবা অদুম চৎলম্মী।

অবোক্লা হায়বা পোৎলমশিংদো কত্তুনা শ্রী তর্পোনি পণ্ডিতনা লাইশোন তিনশোন শোন্দুনা পুজা তৌবম্মী। মদু লোইবগা যোৎপাক অমা পাযদুনা লৈপুংদগী যোৎলৈ অমা তৌবম্মী। অদুগী তুংদা পণ্ডিতকা লোযননা অণ্ডপ্পা ফম্মাইবা পৃথ্বা সনা কোনুংদা হনখি।

পুজা তৌফমদা ইমান্নবা অমা থেংনদুনা ঐ অদুম কোযবা চৎলে। অবোক্কী মনাক্তা অমুক হল্লুদ্রে। ঐগী বৃত্তি হন্দক থাগী লুপা ২ স্কুলদগী ফংই অদু অবোক্তা পীগে চৎলুবনি পীবমদ্রে। নুপী লান্দা কৈথেল মুৎপা অদুদা পান-মনা অযাম্বা পত্তুনা মাণ্ডবদগী শেল পুখবে হাযবদগী অবোক্তা পীগে লাকখিবনি।

ঐখোযনা মোইবাংখোমদগী অশুম লাক্তুনা থাঙ্গপাৎ মপান হৈখাগোক মখোণ্ড য়ৌবকপদা কোনুংদগী ব্রা লাউনা ণ্ডাণ্ডন-ণ্ডাণ্ডনা লাকপা অজ্ঞা কাশিবাম থেংনৈ। মানা ঐখোযদা ওনশিন্দুনা হায়বকখি।

"ইবুংঙোখোয, মীবেম্মুণ্ডদা হৈবী পাল্লে লৈবাক কায়বগনি, নহান চৈবাওবা মতুংদা কোংবগী শ্রী শ্রী মদন মোহনজি লাইসণ্ডদা নোংচপথংবা উখোণ্ডদগী ককচেংগা নোংপোক থংবা উখোণ্ডদগী ককচেংগা লান শোক্লদুনা ককচেং য়াম্লা শিবা নোংপোলোম্লা ঙম্নদো লানগী খুদমনি। পৃথ্বিগী অনীশুবা লাঞ্জাও মণিপুব শোয়দনা যৌবক্কনি। পুবান্দা য়াওবি-"ণ্ডসি পণ্ডিত লোযশণ্ডদা পুবান পাবদা-সিঙ্গাপল কায়ববদি পোলাংখোক্তগী ফি লোকপা নংহৌবোই হায়।"

অজ্ঞা কাশিবাম চৎখ্রে ঐখোয় মাগী ৱাদুদা থোইনা খোয়জঙলুদে। অদুবু য়াম্না থুনা ইম্ফালগী মফম অযাম্বদা ঙাঙনবকখি - "সিঙ্গাপল কাযববদি পোলাংখোক্তগী ফি লোকপা নংলোই।" "কনা হৌবা মফমদা লৈববদি শিবোই হিংগনি।"

অবোকসু ৱা অসি কৈথেলদা ঙাঙনবা তাবদুনা নুংদাং ঐখোযগী যুমদা পাউ অসি তন্নে। "ক" না হৌবা মফম হাযববদি কোদোমপোকপী কাসিফায কৈবুং কৈবক্লচিংবা ওইগদ্রা হাযনৈ। অদুম ওইনমক মসিগী মবমদা থোইনা জোনে চঙনদি খন্নবমদে। ইকুই কুইদনা লৈবাক কাযনি হাযবা কনাসু থাজনবমদে।

অদুমওইনমক, মহাবাজ বোধচন্দ্রনা পানবা হৌবা চহী সিদা বর্ম্মাদগী বেফ্যুজি মীচেন লাকপা হৌবে। সবকাবগী হুকুম মতুং ইন্না বম তাবকপদা লোৎফম কোম ঈংখোলদা লম্বীগী মতাইদা যাম্না তৌদুনা সাইবেন অনেম-অৱাং খোংবদা কোমদা লোৎ সাইবেন অশাংবা অল ক্লিযাব খোংবদা কোমদগী কাখৎপা প্রাক্টিস তোযনা তৌবে। অদুবু কদাইদগী বম তাবক্দৌবিবা, বমনা শোকপনা কমদৌবা থেংনদ্রিবনা কনাসু কবিসু খঙদে অদুনা কোম চঙথোক চঙশিন প্রাক্টিস অদু কুম্মৈ ওইনা যেংনৈ। অদুম অদুম ওইনমক কোইবেঙ্গে এবোদ্রোম শেম্বদা লম্বী শেম্বদা পৈশা ৱালী থবক শুবা মী থোমজিন্নবি অবোকসু কৈথেল কাবি, বাজি অফিস কাবি ঐসু স্কুল চৎলি।

কলিকটাদা ফোঙবা নুমিৎ হুম্নী মবিনীগী তুংদা ইম্ফাল যৌবকপা যুগান্তব পাবগা বাজিনা হাযবকখি।

"জর্ম্মনীগী মীচঙদা লান যাওবকপা জাপান্না সিঙ্গাপুব জয তৌখ্রে। নীংহন্নখ্রবা এলাইদ লান্মীশিং তায়দুনা বর্ম্মাবোমদা তকশিনখ্রে।"

নুমিৎ অদুদা ইম্ফাল সহব 'মথক্তা এবোপ্লেন অমা যাম্না ৱাংনা পাইবকখি। মী মযাম্না যেংনখি, জাপানগী প্লেননি হাযনখি। মথং নুমিৎ নীনী হুম্নী অদু এবোপ্লেন তবেৎ নিপান তবেৎ নীপান নেম্না নেম্না পাইবা হৌবকখি, ঐখোযনা মশীং হেক হেক থীনম্মী। ব্রিটিসকীদি পোৎ হোন্নবা প্লেন অচৌবা ঐখোযনা "কোইবেঙ্গে হনুবা" কৌবা জাপানগী প্লেন চৎখ্রবা মতুংদা হেক হেক পাইবকপা অদু নত্তনা অতৈ লৈতবা মাল্লি, অতৈ উদ্রি। কনা অমত্তা নুংশা থীনদে মাগী মাগী মথৌ চৎনৈ। প্লেন পাইবক খুদীং যেংনৈ মশীং থীনৈ। অদুবু অবোকখোয বাজিখোয লান চেনবা তাববদি কবি তৌই [illegible] মর্ম্লি।

মণিপুব সবকাবগী হুকুম মতুং ইন্না মণিপুবগী স্কুল পূম্বা খৃ. ১৯৪২ ইং মে তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিত্তা কালেন ছুটি থাবে। ঈংলবা তক তকবা অতিযাদা তক তক নুমিৎ থোবক্লে। উশা ব্রাশাদা তোংলিবা উচেক ব্রাযানা হৃবাওনা খোংলি।

"হাযনখিবা মতুং ইন্না কাংচুপ্তা পিকনিক চৎনবা সাইকল ইন্দুনা থোবকপদা "ঙসিদি কবিনো অমা থোকপা যাই চখোকখ্রনু" ইমানা ঐঙোন্দা হায। মদু থৌওইনা তাকদনা কবিমতা খল্লুদনা লম হেন্দুনা সাইকল থৌবকপনা উবিপোক্তা ঐখোয মযাম পূনফম ব্রজবিধুগী যুম হেক যৌবগা সাইকল বেবা তৌবক্কুনা থৌবা হেক্তা যাদে। সাইকল মনীংদা যানবা 1ools kit লৌথোক্কুনা ব্রজবিধু ইবানি সাইকল শেম্বা হৌবম্মী। ঐখোয খুদীংমক মণিপুবদদি মেকানিক্সি যাদবা পার্ট ফ্রি হুইল অদু শেম্বা লোইবগা পূনশিন্দুনা পানখৎপদা অমা অমুক যাদে অমা অমুক নাম্থোক তৌদুনা অযুক পূং তবেৎ মখাযদগী হোৎনবকপদুনা নুমিৎ যুংলক্লফাও মচী লেঙদে। মতমদুদা জপানগী এবোপ্লেন পাইবক্লে যাম্না নেম্না পাইবকই। ঙসিদি যাম্না যাম্মী। অমা অনী অহুম কুন্ম'থোইনি। মশীং থীবা লোইবকপগা ইকান কান্নদনা ব্রজ তাবকপগুম যাম্না হৌনা "শ্রেৎ শ্রেৎ ফ্রাক ফ্রাক ধম" হাযবা বম থাদবগী মখোল তাখি। খুদক অদুমক্তদা সাইকলগী পার্ট পূনশিনবদু যাদুনা সাইকল অদু থৌবা যাবে।

ইম্ফালদা বম তাবা হাযবা অমুক্তা থোক্লিবা থৌদোক অদু ইহান হান্না থোকপদুদা মী পুম্নমক মীপাইনবে। ঙসি পিকনিক চৎমিন্নগদবা মখোয কর্নজিৎ, ইবোতোন, গোর্বদ্ধন, ব্রজমনি, লাক্লে, পিকনিক তোক্লে যুমদা হনবা তাবে।

উবিপোক যাম্বেম লৈকাই ব্রজবিধু খোইদগী থোবক্লগা উবিপোক লম্বীদা মায নোংপোক ওন্না লাকপদা মী মযাম ইপা পাখৎনা পোৎ মযোম অমমম পুবদুনা নোংচুপলোমদা পঙচেন্দা চেন্নবকপা থেংনখি। মখোযনা হাযবকখি। "বম তাবে মী যাম্না শিবে তেল কম্পানী তূম্না চাকখ্রে কোইবেঈদা থবক শুবা পৈশা ব্রালা কযা বমনা পান্দুনা শিবে খ্বাইবম্বন কৈথেল মূৎলে কৈথেল মনুং চঙবা যাদ্রে অসাম বাইফল সিফাইনা ঙাকখ্রে।"

ঐহাক অচুম্বা লম্বীদা যুম যৌনবা চৎপা যাদ্রে। অদুনা লাইখুবেম্বী লাইবেম্বী লৈবক্লোমদা লাক্কুনা মৈনো থোং অহাইবী লান্দুনা শগোলবন্দ তাবগা কৈশামপাৎ কৈশামথোং লোমদা মোইবাংখোম যৌদুনা যুম যৌবে। যুমদা ইমাগা বাজিগা যাম্না লাঙতক্লনা ঙাইবম্মী।

অবোক চোনু উনহৌদ্রে ইপুবোক্কী মতুং ইন্দুনা হাওবৈবীদা চৎখ্রে লান চেনখ্রে। চৎলমদাইদা ঐবু হৎলম্মী হায। ঐখোযগী ইমুংগী অঙাং পূম্বা, ইচন্নুগী অহুম, ইনাওনুপা অমা তঙাইফদবা পোৎ-চৈ পুম্নমক্কা নামৈবাকপম ইবাই চাওবনা পুবকপা ষন গাডী তোংদুনা খুমম্থেম ওংবী ইন্দোমচা কামিনীগী ইমুংগা লোযননা অবোক চোনুগা লোন্নবী অতোম্বী অবোক তোম্বীগী নীংঙোম্বম লব্রাই পাংখ্রে, গ্রুপ অসিদা সোবোকখাইবম খুবা বীবমনিগী ইমুংসু যাওখিবম্মী। ঐখোয তামো যাইমদি লান চেনবা মফমদা লৈতে। মাদি মতমদুদা সি আব ইদা থবক তৌদুনা ব্রাংজীংদা লৈখি।

নিঙোন্নমদা চযোল অমবোম ফাবকপদা ঐখোইগী ইমুং অহুম অসি লুট তৌনি হাযনবে হাযবা পাউ তাবদা খুবা বিবমনিগী ইমুং অতোপ্পা খুল অমদা হোংখ্রে। ঐখোযগী ইমুংসু ব্রাঙ্গোইদা হোংলম্মী। অদুবু অযুক পুং ৮ তাবদা খুন অদু যৌবা মতমদদি খুন অদুদা পুকচৎপা লাযনানা নানবক্তুনা ঐখোযনা থুঙ্গদৌবিবা ইমুং অদুগী মী অনী মথং মথং শিবম্মী অদুনা মফম অদুদা লৈবা যাদ্রে হাযদুনা ঐখোয নুমিৎ অদুমক্তা যাইবিপোক লাইশ্রম কোঞ্জিন তান্না চৎলি। অহিং অথেঙবদা যৌবে।

লাইশ্রম কোঞ্জিন মাযগৈ অহুমদা থৌবাল তুবেন্না কোযশিনবা লানগী ঈবাং যৌদবা চীক্লবা মফম্নী। ইমা পোকপা ইথৌগী মনাওনুপা অনীগী মযুম্নি। যুমদা লৈবগুম নুংঙাইনা তঙ তানা লৈবে। অবোক চোনু নীংশিংখিদ্রে চহি অমা হেনখবে। নোংমতসু মাবু থিকদে-মানা লান চেনখিবা হাওবৈবী হাযবা খুল অদু কদাইদা কদোমদা লৈবগে হাযবা ফাওবা খঙদে হৎলুদে।

ইম্ফালদা অহানবা বম তাবা মতুং চহী অমা ফাবকপা খৃ ১৯৪৩ ইং চঙলকপদদি লানসু কনশিল্লকখি, মণিপুর তম্পাক ফাওবা লানফম ওইবকখি। লোয়ন-লোযননা ঐখোযসু বম তোপ নোংমৈ মবক্তা সিফাইগা লোযননা লৈবসু হৈনবকখি অদুবু চথোক চৎশিন খুদোং থীবদি হেঙ্গৎলকখি।

অসিগুম্না মতম অসিমক্তা অবোক্তি মথন্তা মশুশিংবু থিবকখি। মশুশিংগী ঙমোকসু মযেম মযোম পুবকখি। ঐগা ইম্ফালদা থেংনদুনা খোঙনা ঙাবিযান চীং লম্বীদা মাইল ১৫ হেন্না লাপ্পা লৈবা যাইবিপোক লাইশ্রম কোঞ্জিন তান্না লাকমিন্নখি। অবোক্তি চীংদা চৎপদা খ্বাং নাদনবনি হায়দুনা নম্বো অমসু পোববই। মানা পুবকপা ঙমোক মশুশিংদা পীজবম্মী ইমাগী মতেং পাংবীবম্মী। নুমিৎ নীনী লৈবন্নগা হাওবৈবীদা হনখি।

যাইবিপোক্তা উখিবদুনা অবোকপু উবা অবোইবনি-মতুংদা অমুক উবা ফংখিদ্রে লান লোইদুনা লাজেন্নব্বা হঞ্জিন্নবকপদা অবোক্তি যাওবক্তে। যাইবিপোক্তা লাল্লম্বা মতুং থা অনী লৈবগা হাউবৈবীদা লৈখিদ্রে হায।

অবোক্তি মশুশিংবু কোযথি থিবকখি ঙমোক পুবক্তুনা পীজবৈ, মশু ওইবা ঐখোযদি অবোকপু নোংমতা ফাওবা কমদৌবিগবা হাযনা খনখিদে নীংশিংখিদে ঈচেলদি হঙ্গৎনা খক চেন্দে।

১৮।৪।২০১০

৯

# অপঙনা য়াপঙনা চীক্লম্নে

ইং ১৯৭২ গী মমাঙগী ৱানী। মণিপুব ষ্টেট ওইদ্রি। নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইবদি তোক্লুনা ভাবত ইউনিযন্দ ফাওদুনা ইযুনিয়ন টেৰিটোবী অমদি ওইবে। অদুবু মণিপুব জিলা অমা ওইবি, দিপুটি কমিসনব অমনা শাসন তৌবি। হৌজিক্কী তমেংলোং জিলা অসি সব-দিবিজন অমা ওইবি এস দি ও অমগী শাসন্নী সব দিবিজন অসিদা সাবকল মবি লৈ। এস দি সি অমমম লৈ। আইমোল সাবকল অমনি।

আই টি বোড হায়না খঙনবা ইম্ফাল তমেংলোং লম্বীগী ৪৪শুবা মাইলদা লৈবা তামৈ আইমোল সার্কলগী হেদ ক্লাটবনি। ঙসি থুংলবে সার্কল অসিগী অনৌবা এস দি সি তোম্বা। মতমসিদা এস দি সিবু লাকপা হায়না খঙনবম্মী।

নৌনা প্রোমোসন ফংলকপনি, মন্ত্রি অঙৌগী কোটানি, লৈকংশঙদা হেড ক্লাক ওইবম্বনি। মতম শাংনা লোইশঙ অসিদা লৈবক্লবনিনা লোইশঙ অসিগী চাল চলন চৎনবী মমুৎ তানা খঙলবনি হৈনববনি।

লৌকংশঙ ইংবেজি ৱাহৈদা বেভিন্যু আফিস লৌবি যুম্ফম লোইশঙনি। অদুনা লৌ-ইঙ্খোলগা মবী লৈনবা সাবির্সতা মচিৎ মচিৎ য়াম্না ফংবা খজিক্তা যাম্না চাবা লোইশঙনি। অদুনা "খজিক্তা য়াম্না চাও" হায়বা পাউবৌ ঙাক্লা চৎলিবা তোম্বা থাজদনা শেল পায়ববনি। হিবম অসোমদা এক্সপার্ট ওইববা মানা তত্তনা হায় "কুনশুবা শতাব্দিদা চুমচৎনি হায়বা অফিসাব অদু অপঙনি।"

অওইবমক্লী "খজিক্তা যাম্লা লৌ" হায়বা নিযম অসি মুন্না খণ্ডলবা নৈনববা নিযম অসি ঙাক্লা চৎলিবা এস দি সি তোঙ্খা ব্লোটিং পেপবনা মুক নপথোকপগুম মঙোন্দা যৌবকপা ফাইল খুদিংমক্তগী খজিক খজিক নপথোকহৌবগা খজিক যাম্লা খোমজিঞ্জদুনা মনা মনিন নাইদনা চীক্লা শেল পাযববা অমনি হাযনা প্রোমোসন ফংদ্রিঙৈদগী হৌনা মমিং লৈববনি। অদুগী মথক্তা মন্ত্রিনা চৈঙাক ওইবি হাযদুনা ফনসু ফঞ্জবিবনি।

মণিপুবদদি চীংগী লমদা বেভিন্যু আইন চৎনদে মবমদি এম এল আব এণ্ড এল আব এক্ট এক্সটেন্দ তৌদে অদুনা লৌবী যুম্ফম লৌ ইস্ত্রোলগী কেশ পঙলৈ লৈতে। অদুনা চীংগী সার্কল অফিসাবগী মথৌ অসি মক ওইনা লো এন্দ ওর্দব অমদি চাওখৎ থৌবাংগী থবক্লা মক ওইবনি। অদুনা পি দি এস কী চেঙ চিনী কেবোশিন প্রজাশিংদা যৌহনবা, সবকাবনা লেপ্পা অহোঙবা মমলদা প্রজাশিংনা লৈনবা শীনবা অমদি বি পি এলগী যাওনা চেঙ চিনিনচিংবা গুদামদা পৈশিনবা দিলব এজেন্টশিংদা যোস্থোকপা অসিনা মক ওইবা থবক ওইবম্মী অদুনা লৌকং শঙগী ব্লোটিং নপ্পী এক্সপার্ট তোম্বদি তামৈ পোষ্টিং অসি মতোন থোকপী ওইবে।

আই টি বোডতা মাইল ৪৪ হাযনা খঙনবা তামৈ অসি তমেংলোং হে কু যৌনা চৎনবা লম্বীদা লৈ অদুনা তমেংলোং অমসুং তামৈগী সপ্লাই পুম্নমক তামৈ ফাওদুনা পুবকপা তাবম্মী। লাকপা তোম্বগী ব্লোটিংগী মুক্ত মশাগী সার্কলদগী হেন্দোবকখি। গাডী খাম্লগা অপাম্বা পোৎ চিংথহৌবা হৈনবী হেনগৎলকখি।

সিভিল সপ্লাইগী পোৎ চেক তৌবগী নামাদা চেঙ বোবা খথহৌবদা এস দি ও গী মযুমদগী পুবকপা চেঙ বোবা খথহৌবা ফৌবেনগী চেঙনা সুপব ওল্লম্বা কযা যাওখি হাযনৈ। লাকপা তোম্বনা মচীন্না হাযবা ব্রা "মচিন্দা লৈবা ঐনা অহাউবা চাদনা মমৈদা লৈবা মখোযনা চাবা যাববা?" হাযবদু এস দি ও গী নাকোং যৌখি।

মন্ত্রিগী মকমদা লৈবা মন্ত্রিনা উকল ওইবা লাকপা তোম্বা মঙক কল্লি, মথক থোংবা অফিসাববু উশিত্তে, মখা থাবা অফিসাববু থীনা থীনা তৌবী। লমচৎ শাজত্তা খবা চম্বা মবুকচেল শেংবা মথক থোংবা সব দিভিসনেল অফিসাব অদুবু মানা অপঙ থোল্লি।

তামৈ লাকপা তোম্বা মন্ত্রিনা কৌই মন্ত্রিগী মনাক্তা চৎখি হাযদুনা এস দি ওগী অযাবা যাওদনা ষ্টেসন থাদোকই অফিস চাং নাইনা কাদে, এস দি ওনা কৌবকপা

চৎতে, ষ্টাফ মিটিং য়াওদে। এস দি ও মশামক মাগী সার্কল অফিস ইন্সপেক্সন লাকপদা উনদে লোক্তুনা লৈ।

তামৈ লাকপা তোপ্পনা তামৈদা লাকপা চহী অদু ঙন্না নোংজু পাম্বা ওই নোংলৈ নুংশিৎ কল্লি। চহি অসিগী জুন থাদা এস দি ও সাহেবকী মকুবোক মেম সাহেবাগী মপাগী ফিবোইনি। অকক্লবা তাবিক অমগী মমাঙদা ইম্ফাল যৌগদবনি। ছুটি লৈদুনা চৎননবা শেম শাবে। অদুবু এস দি ও সাহেবকী ভেহিকল অদুদি অফিসকী অৎপা থবক অমগী ইম্ফাল চৎখিবদগী যাদদুনা কাবখানাদা শেমদুনা লৈবি। তমেংলোং হে কু দা গাড়ী অমত্তা লৈবমদে। তঙাই ফদ্রবদি মেম সাহেব মচানুপী অঙাং অহুমগা খোঙনা ইম্ফাল চৎপা তাবনি। মদুগী প্লান তৌবম্মী।

অদুনা ভেহিকল অদু আই টি বোড মাইল ২৫ হায়না খঙনবা ৱাইচোংদা ঙাইবম্লবা মেসেজ থাম্বে। অদুগা নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা পি দি এসকী চেঙ পুবকপা এক মাযতেনবী অমদা তোংদুনা এস দি ও সাহেব, মেম সাহেবা অঙাং অহুম পুলিস ইন্সপেক্টব লম্বু অহুম অমদি চালৱা খুলগী ওঝা অমা পুন্না মী তবাগী কাঙবু অদু ইম্ফাল তম্না লাকখি।

লম্বীদা নোং কন্না তাখি নুংশিৎ কন্না শিৎখি অদুনা তামৈ যৌবদা নুংথিল পুং মবি তাম্বে। তামৈ হে কু দগী মাইল মখাইমুক চৎলগা আই টি বোড স্লীপ শাংনা তাবে গাড়ী চৎপা যাদ্রে। অদুনা তঙাই ফদনা অহীং অদুমা তামৈদা লেকপা তাবে। অদুবু লাকপা থিকবদা লৈবমদ্রে মাঙম্রে কদাইদা কনাসু খঙদে। হায়না পাও পীব্রবনি টুব প্রোগ্রাম খঙহনখ্রবনি মযেক্কীদি মানা ওক্লমফম থোকপনি।

অফিসগী হেদ ক্লার্ক্লা লম্বু অনী অহুমগা পুলিস ওসিগা লোযননা কাঙবু অদু নুংদাং অদুমা লেকফম চাফম শীনখি। মথংগী নুমিত্তা পি দব্লিউ ডিনা স্লিপ অদু শেংদোকপা লোইবদা নুংথিল পুং অনী তাবে। এস দি ও সাহেবকী পার্টি অদু চৎপা হৌবে। চৎলমদাইদসু লাকপবু থিবম্মী ফংখিদে উনখিদে।

নুংশা ফজনা শাবে, খুদোং থীনিংঙাই লৈববোই খল্লুই অদুবু চীংলৈবাক্কী হৱাপানী তম্বা ঙম্বা নত্তে। মাইল নিফুমবি হাযনা খঙনবা তামৈদগী মাইল অনীবোম যৌবক্লবা তুংদা নোং তাবক্লে। অদুবু নোংলক্তা লেপ্তুনা যৌবকপনা নুংথিল পুং মবিবোম তাবকপদা মাইল খুটি কুম্থানিপান্দা চাওনা স্লিপ তাবম্বা থেংনবে। গাড়ী মাঙলোমদা চৎপা যাদ্রে। তামৈদা হল্লসিবা খন্নবিঙৈ মদোমদসু খবা মুক চৎলগা নৌনা স্লিপ তাবে গাড়ী মফমদুদগী লেঙবা যাদ্রে।

এস দি ও. সাহেবকী পার্টি মাঙলোমদা খোঙনা মাইল ৩২ দা লৈবা চালৱা খুল তান্না চৎলসি লেপ্লবদুনা অঙাং অহুমদো অমমম লম্বু অনীগা চালৱাগী ওঝা মখোয অহুম্মা পোবগা মেমসাহেবানা মাঙ থাবদুনা চৎপা হৌবে। এস দি ও সাহেব অমদি পুলিস ওসিনা তুংদা অমদি লম্বু অমনা সাহেবকী ফিবোন যাওবা পোৎযোম অসি পুদুনা নীং খোমই। ওসিসু মশাগী পোৎযোম অমা পায। স্লিপ তাবিবা মফম অদু লাম্বোকপদা এস দি ও সাহেবকী খোঙ যেৎ লৈথেকখিদুনা চৎপা মঙম শান্দ্রে অদুনা ও সিগা মখোয় অনী খ্বাইদগী তুং থংহৌবে। স্লিপ অদু লাম্বোক্লীঙৈদা নোং কন্না তাবকখি। মাঙ থাখিবা মেম সাহেবাগা অঙাংশিং নোং তামনখিদুনা ঈশিং খুকউ যৌনা চেল্লবা চীংলম্বীদা পূং অহুমলোম চৎলবা তুংদা নুংদাং পূং ৮ লোম তাবদা চালৱা খুন যৌথ্রে। মখোযনা লাম্বোকখ্রবা মতুং খুল যৌগদবা মাইল অনীবোম ৱাৎলিঙৈদা নৌনা চীং নীংখাযবক্তুনা এস দি ও সাহেবকী লম্বী অমুক থৎলম্লে। অদুনা মখোয় অনী অনৌবা স্লিপ লৈখোম লৈনাং উশা ৱাশা মবক্তা তপ্না তপ্না নোংনা পুমচোৎ চোৎনা স্লিপ অদু লাম্বোক্লবা হোৎনবি।

মখোযনা চালৱা খুলদা থুংলবা মতুং পূং অমবোম হেল্লক্লবা ফাওবা এস দি ও সাহেবকা ও সিগা যৌবক্তুবদা নুংশা থীববী মেম সাহেবানা হাযবদগী চালৱা নিংথৌনা খুনগী মী তবামুক্তা লোযননা মৈবা অচৌবা পাযদুনা সাহেবকা ওসিগা থিবা চৎখ্রি। মতমদুদা চালৱা খুনসু ঈশিংনা খ্বাং যৌনা থুমজিল্লক্লি।

মখোঙ লৈথেক্তুনা তপ্না তপ্না শেক্ল-শেক্লা চৎলিবা সাহেবকা ওসিগা অনী অদুনা নৌনা তাবকপা স্লিপ অনীদুগী অকোনবা স্লিপ অদু লাম্বোক্লবা হোৎনবিঙৈদা চালৱা খুনগী বেষ্ক্যু পার্টিগা থেংনদুনা লাকমিন্নবে। নুংদাংগী পূং তবামথোইবোম তাবদা নোংনা পুমচোৎ চোৎনা চালৱা খুন যৌবে। চীংথক্তা লৈবা খুল ঈশিং থূমলম্বা উবদা ঙকখি।

অহীং অদুম্মা চালৱাদা লেক্লগা মথং নুমিৎকি অয়ুক্তা খোঙনা মাইল ২৫ হায়না খঙনবা ৱাইচোং তম্মা খোঙশাল্লে। নোং হাংখ্রে, নুংশা থোক্লে। অঙাং অহুম অদু পোবিগে য়াদ্রে মখোঙনা চৎলে। লম্বীদা সি আব পি এফ কেম্প কমান্দবনা থাবকপা ভেহিকলনা মখোয়বু পিক অপ তৌবম্মী।

ৱাইচোংদা সুবেদাব প্রিতমগী সি আব পি এফ কেম্পতা লঞ্চ তৌবে ভেজিটেবল বিবিয়ানীনি, চেঙদি অবিবা উষ্ণানি মনম নম্লবা। তামৈ অমসুং চালৱাদা চাবম থক্লম খঙলক্তুবা মেম সাহেবা বিবিয়ানী অদু য়াম্না হাউকব্বমাল্লে বিবিয়ানী হৌবিবা চেঙ অদু কে জি অমত্তং লৈদুনা পুখিসি হায়বকখি।

ৱাইচোংদা এস.দি ও মশাগী গাডী ঙাইদুনা লৈবন্নে।

চহী অনীগী তুংদা এস. দি ও সাহেব ট্রান্সফৱ তৌখ্রে। চহী অনী অসিদা লাকপা তোম্বগী শাজৎ লাকচৎ ৱাঙাং শাঙাংদা অহোংবা অমত্তা লৈবমদে। চহী অসিদা লাকপা তোম্বগী প্রোমোসনগী ৱাফম খন্নবক্লে।

মন্ত্রিনা মাগী বেক্কীং তৌবিবনিনা শোইদ্রে হায়না নুংঙাইবা মংলান মঙলি মন্ত্রি যাওনা কোযচেন চেন্দুনা কন্না হোৎনবি।

হন্দক্কীসি শোয়ববদি মাগী চান্স লৈত্রে পেন্সিন ফংবনা হাল্লনি। অদুনা শেল তিংবদা পাম্মুবা খওদনা খজিক্তা যাম্না চাদুনা খোমজিল্লকপা পূন্বা চাদিং তৌদুনা হোৎনখি।

কমিসনগী দি পি সি ফমখ্রে। ফল লাউথোবকপদা লাকপা তোম্বগী মমিং যাওবক্তবে।

মহাক প্রোমোসন অমুক ফংখিদ্রে। থংন-থংননা চহি অহুম মাগী এ সি আব অপঙনা যাপঙনা চীকথৎলন্নে।

১০।১।২০১১

## ১০

# কমদৌসি হায়বা

মমা-মচা ৱা তান্নে-

"কমদৌসি হাযবা"

মখোয অনীতনি, চীকপক্লা, নীংথিনা লৈতেংলবা কা অদুদা।

অনীমক সোফাদা মখোঙ থাঙ্গৎ থাঙ্গত্তুনা ফম্মী, মখুৎ যেৎনা গ্লাস অমমসু পাযবি। মবক্তসু গ্লাসতকী মহী অদু চিংলি। মমা অদুদি ঙবাং নুংদাংগী পার্টিগী নেশা হন্থদ্রি। ইনিল ফজনা লৈবি।

"কবি কমদৌসি হাযবা?"

"ইমা! ঐদি ইথন্তা লৈবা ঙন্লোই হায়বিসিনি।"

"মদু ঐসু খঙই, অদুনবু ঐনা নঙবু লৌবা লাক্লিবদুনি।"

"ঐদি অমুক হল্লবোইদবনি।"

"অনাবগী কবি পাউ?"

"দিল্লীদা পুখ্রে, সবদাবজং হস্পিটালদা এদমিৎ তৌখ্রে।"

"ওস্থোকপা হাযবদুনি! ইচানুপীনা লৈবদা নুঙাইজনবা হায়দুনা ইখুৎমক্লা মেত্তুনা শেমজবকপা ইয়া নুপানিকো।"

"দিল্লীদা চৎলুকা হায়বকনুকো অনাবগী সেবা তৌবা ককা ভুমজবোইকো ঐদি।"

"কৈদৌবগী চত্তৌবিবা কৌবক্লসু চৎহল্লোই। তৌহল্লোই - তৌহল্লোই অনাবগী সেবাকা কবিগী তৌজ কনেগে। ঐগী ইচানবু মীগী সেবা না।"

ঐখোইগী সেবা মীনা তৌগদবনি ঐখোইনা নত্তে খঙলববা।"

***

**কালেন থানি**

স্কুল কলেজ পূম্বা কালেন ছুটি থাবে।

ছাত্র নুপামচা নুপীমচা পাখঙ লৈশা কথা কালেন নুংশা মৈশা খাঙনবা পুখ্রি তুবেন ঈশিংদা কৃমদুনা ঈবোইদুনা শান্নবি।

ইম্ফাল তুবেন মপান্দা লৈবা পাখঙ ইবোহলসু নুংথিল অদু ওমচাক্লবদুনা তুবেন্দা ঈকুজবা থোবকখি। মতমদুদা মমান্নবা অতৈসু তুবেন্দা ঈবোযদুনা শান্নবম্বা থেংনখি।

ইম্ফাল তুবেন মপান্দা তাবা নুপামচা পাখঙ মচাশিংনা ঈশিংদা শান্নবা মওং মখল মখানি। ঈবোইবা যাঙবা শানবা, ঈকুপ্পা কুইবা তান্নবা তোর্ব্বান মথক অৱাংবদগী ঈশিংদা চোংথবা, অমাং কৈবোই শান্নবা অসিনচিংবনি।

ইম্ফাল তুবেলগী মথক্তা শাবা উগী থোং থুম্বুথোংগী মথক্তা টোটি ঈশিং পাইপ যান্দুনা পুনবা যোৎকী থৌবি অমা তুবেল মথক্তা তোর্ব্বান অনী শমজিন্নদুনা তিংলি, ঈশিং পুবম্বা পাইপ অদুদি লৌথোকখ্রে লৈত্রে। ঙসিদি পাখং মচাশিংগী শান্নফম যোৎকী থৌবী অসিদা ওইবে।

ইবোহলনা তোর্ব্বান যৌবকপা মতমদা মমান্নবা পাখঙ মচাশিংনা যোৎকী থৌবী যোৎলী অদুদা যোৎকী খুজি অমা লৌশিল্লগা তোর্ব্বান অমদগী কন্না চেনশিন্দুনা খুজি অদু পাযদুনা যোৎলী অদু জ্ জ্ নাম্বুহল্লগা ঈযাই মপা যৌবকপগা খুজি অদু থাদোক্লল্লগা ঈশিংদা চোংথবী শান্নবম্বদু উবমই।

অসুম্না মমান্নবা মবি মঙা চোংথখ্রে। মখোইনা মাবুসু চোংথবকউ হাযনা হন্না হন্না হাযবম্মী। মাসু যাম্নমক চোংথনীংলম্মী অদুবু মখুৎ যেৎ অদু ঙবাং ক্রীকেট শান্নবদা ক্রীকেট বোলনা থোমখিদুনা খুজিদা যানবা ঙমলোইদবা হাযনা খঞ্জানবী।

মমৈদা মমাংবশিংনা হন্না হন্না হাযবনে অমদি মানসু যাম্না চেংথনীংবনে হোৎচিনখিদুনা খুজি অদু পাযদুনা ঈযাই তম্না যোৎলি অদুদা জ্ জ্ নান্থবম্মী। খঙহৌদনা তুবেল মযায যৌবমদাইদা যোৎলি অদু নোম্নকপগুম তৌখি, খুজি অদু মতাইবোমদা খবা হন্দোবকপবা খুজিদগী মখুৎ নাম্থোক্তুনা ইবোহল মখাদা তাবক্লে মশা তংখাই অমনা ঈশিংদা তংখায অমনা লৈবাইদা লোংনা নঙ্গম্না যৈদুনা তাবনা যাঙলেন শব্দ মনুংগী শিংলি শোকপনা মখোঙ মখুৎ মশা লেঙবা খোৎপা অমত্তা ঙমদ্রে।

থীন্দনা ইবোহল থাঙ্গৎলগা বিমসতা পুখৎখ্রে।

বিমসকী ডক্টবশিংনা যেংবদা শোক্লিবা অদু স্পাইনেল কোর্ডতনি ফিভম অদু খবা শাথিবে মণিপুবদা যেংবদা খবা লুগদৌবে অদুনা মণিপুবগী মপান্দা অফবা হস্পিটালদা যেংনবা মেদিকেল বোর্দনা বিকমেণ্ড তৌবে। ইবোহল নিউ দিল্লিদা পুদুনা সবদাবজং হস্পিটালদা লাইযেংনবা এদমিৎ তৌবে।

***

"কমদৌসি হাযবা ?"

মমানা লৌকদুনা মপামদা লৈবকপা থা অনী শুবে। অযুক অদুদা মমা মচা মখোয অনীতনি কা অদুদা চীকপক্লা ৱাবী শাবী।

"শোযদ্রববা?"

"শোযববোইদৌমাল্লে।"

"মাইবনা কবি হাযবম্মী?"

"যাম্না ফত্তে মহাক শিনী হাযবম্মী।"

"অদুদি কমদৌবা তাই মাইবগা তানখিসি।"

"ষণ চাজেনবী ওইনা হিংবা ঐ ঙমজবোইকো ইমা।"

"আর্য্যা-পুজা তৌবগা কোকপবা যেংখিসি।"

"ঐগীদমক্তা অমা লৈ হাযবা খঙনা খঙনা নঙনা লৈযু লৈযু হাযবদগী লৈকবনি হৌজিক কবি শাবে।

"ঐদি লুখ্রা ওইনা হিংবদি ঙমলোইকো।"

"কবিগী লুখ্রা ওইকদগে, হৌজিকসু ওইদ্রি, অনাবসু ফবক্কনি। ঐনা নঙবু মঙোন্দা লৈযু হাযবদি নশা নুঙাইনা লৈনবা হাযবনি।"

ঐনা মেভুনা শেমখ্রবা ইযা নুপানি, চেক পোকচবা মমা কাওবা মমা নংত্তে হায়হনখ্রবনি।

মথন্তা পোকপনি, নঙনা হাইনা হুম্না পাঃবনি।

অদুবু মবাইবক থীদুনা থৌদোক অসি থোকপনি। লাইযেংলি ফনবা হোৎনবি কবি তৌবগা ফগদগে মাইবদসু তানখিসি কৌখ্রবনি হযেং থুংলগনি। নঙগী অমদুনি হৌজিক ফাওবা লেপ্লিববা?

"মাদি ঐ হল্লকপা ঙাইবি।"

***

সবদাবজং হস্পিটালদা লৈবকপা থা অনী শুবকপদা নোংমা চিঠি অমা ফংখি। অনাবা ফমশেন্নবিবী ইবোহলগী মমাদা মমৌ নুপীনা ইবকপনি মবোলদি

"ঐগীযা নাফমদা ঐহাক্না ব্রাফম অমনি হাযবনি অদুদি ঐহাক্কী লাই খুকুম্ম মতমদা অসুম্না হাযবকই মাইবনা হাযবা ব্রানি ঐঙোন্দা চংলিবা অঙাংসি তামোগী মপোক নুমিত্তা চংবনি হায অদুনা মহাক্কী মপোক নুমিৎতা চংবসে মঙোন্দা অফবা ওইদে হায পুক্নি তেনলি হায অমসুং কুইনা হিংগন্দে।

ঐগীযা ঐহাক্না অসুম খনবদা অঙাং অসে লৌথোকপনা ফগদ্রা হাযনা খল্লি অদুনা ঐগীযানা লৌথোকউ লৌথোক্কনু হাযবদু পাউ খবা থুনা পীবিবকউ মতম লৈবিঙৈদা।

ঐগীযা ঐনা হাযজবিবসে তামোগী ফনবনি। অনাবা যাওবিঙৈদা জীব চংবসে যাম্না ফত্তে হাযনৈ। লোইবগে।

ঐগীযা অপাম্বদু পাউ খবা থাবিবকউ।"

মচানুপা অনাবগী ফমশেন্নবিবী মমা অনাবা ফবকপগী আশা মমী শাম্লবী নুংনাংলবী অদুনা চিঠি অদু উবদা খোয়শাওনৈ। অদুবু কবি তৌগদগে হাযবদি খঙদে।

মচানুপা অনাবা অদুনা চিঠি অদু যেঙ্গে হাযবকপদগী মঙোন্দা পী। ইবোহল চিঠি অদু পাবগা তূমিন্না লৈখি। ব্রা লান অমত্তা ঙাংলক্তে। নোংঙাল্লকপদা যাওনবদা মনঙন্দা খুবিমুক পাক্না Bed sore তৌবম্বা থেংনখি।

মচাগী মতৌ উবদা চিঠিগী পাউখুম পীখিদ্রে।

***

"কমদৌসি হাযবা"

মমা মচা ব্রা তাণ্নে।

"চিঠিগী পাউখুম লাক্লিব্রবা?"

"লাক্লি।"

"কবিগীনো থা অমা হেল্লফাওবা ফংদ্রবাজাৎলা?"

"ফংখ্রে চিঠি থিল্লুবা মী হল্লক্লে পীবশ্মে হায।"

"মখোযগী ব্রা ঙাইবনুসি হেক্তা লৌথোক্লসিবা! মতম লৈবিঙেসিদা!"

"মদু যাদেনে, মখোযগী ব্রা তাদ্রবদি মখোয়গী অযাবা যাওদ্রবদি দোস পুবতা নওনা অব্রাবা নংগনি।"

"পাউখুম ঙাইবিঙেদা মতম হেনখ্রবদি লৌথোকপা যাবোইনে ইমা!"

"হেনখ্রগনা হেক পোকথোক্লগা লোইবেদনা। নঙসু অঙাং উনবগী অব্রা নুংঙাইবা খঙগনি। মমা অমা ওইবগী নুংঙাইবা ফংগনি।"

"ঐদি অঙাং মচা চেনবা ককা ঙমজবোই।"

"ঐনা হোৎনগনি। ঐনা যাম্না নুংশিজবা ইযা নুপানা পোকপা ইশুদো ঐনা যোক্লনি, মপু মবেলগা শক খঙনহল্লোই, মখোযগী শাগৈনসু তিলহল্লোই।

খঙনিদনা ঐগী ইতিক।"

১৮।১০।২০০১

# ১১

# দৈত্যবন্দা যক্ষ অমসুং পাণ্ডব

হস্তীনাপুর কোনুং কুরু নিংথৌ ধৃতরাস্ত্রগী রাজ সভাদা কুরু পাণ্ডব মচীন মনাও চান্মা মঙা চৌবর শান্নখি।

পোস্থানি অপোবা কাঙবুনা চহী তরানিথোই বন্দা চহী অমা শক লে'ঙুনা লৈবা লোৎলিঙৈদা খঙলবদি চহী তরানিথোই অমা অমুক বন্দা চৎপনি।

চৌববদা পাণ্ডবশিংনা পোবদুনা মচীন মনাও মঙামক দ্রৌপদিগা লোইননা বন্দা চৎখি। মখোয়না বন্দা লৈবগী অরোইবা চহী অদু দৈত্যবন্দা লৈবম্মী।

নোংমা ব্রাহ্মণ অমগী যজ্ঞগী মৈ লৌনবা মৈবা চিংনবা অরনীগা মন্থনগা অনী অদু শজি অমনা মচিদা লৌশিল্লগা চেন্দুনা পুস্রে। ব্রাহ্মণ অদুনা পাণ্ডবশিংদা শজি অদুগী খোঙ্গুল লীবীদুনা মাগী অরনীগা মন্থন দণ্ডগা পুবিবকউ অগ্নিহোত্র যজ্ঞ কাযহনবীগনু হায়বম্মী।

যুধিষ্ঠীরনা মনাওশিংগা লোয়ননা লীকং তেন পায়দুনা শজি তান্নবা চেন্নখি। শজি অদু উরদুনা তেন কথা কাপখি অদুবু শজি অদুদা তেন অমা ফাওবা পানবা ঙমখিদে। শজি অদু খঙহৌদনা মশক উখিদ্রে। শজি তান্নবদা ৱাববা চোকথববা পাণ্ডবশিংনা থৱায নুংঙাইতনা পাক চাওনা ঈংলবা মরুম তাবা বট পাম্বী মনাক্তা চঙদুনা পোথাখি।

অবাম যৌবাংবনা চোকথববা যুধিষ্ঠীবনা নকুলদা হায়খি "ইমা মাদ্রীনা পোক্লম্বা' উথক্তা কাখত্তুনা যেংউ অনকপা অসিব্রাইদা ঈশিং নএগা ঈশিংদা লৈবা জীব উববা। নচীন ননাওশিংসে ঈশিং যাম্না যৌবাংলে।" নকুলনা বট পাম্বীদা কাখত্তুনা যেংবদা অনকপা ঈশিং লৈবে হায়বা খঙলবদা যুধিষ্ঠীবনা নকুলবু ঈশিং তেন্দোং অমা শোক্লুনবা থাখি।

নকুলনা ব্রাইনুশিংনা ইকোয কোযনা তাববা লুববা ঈশিংনা থল্লবা পুখ্রি অদু যৌববদা ঈশিং অদু থক্কে হায়না হেক তৌবদা শকউদবা অমনা নোংদোল থঙ্গী লাউবকপা তায। "পুখ্রি অসি হান্নদগী ঐগী ওইদুনা লৈবকখি ঙাইখো থকখিনু যৌনা ফববা মাদ্রীগী মচা' ঐনা হংলিবা ব্রাহং অসিগী পাউখুম পীবগা ঈশিং শোকউ থকউ ?" নকুলনা ঈশিং যাম্না যৌবাংখিবদগী লাউবক্লিবা খোঙ্গেল অদু যৌওইদনা অঈংবা ঈশিং অদু থক্লে। হেক থকপদা লৈমাযথক্তা ব্রাম্থদুনা তুখ্রে।

নকুলনা হল্লক্তবা কুইম্ববদা যুধিষ্ঠীবনা মনাও সহদেববু ঈশিং শোক্লবা অমসুং নকুলবু থিনবা থাবকখি।

সহদেবনা ঈশিং লৈফমদু যৌবকপদা মযাম্বা নকুল অশিবগুম্না লৈমাযথক্তা তাদুনা লৈবা উখি। মযাম্বগীদমক ব্রাববা সহদেবসি যৌবাংবনা খাঙবা ঙমদদুনা ঈশিং তম্ন' চেনসিল্লি, মতমদুদা মাযকৈ কদোমদগীনো অসুম্না লাউবকপা তাখি "পুখ্রি অসি ঐগীনি অদুনা যৌনা হাক্লা ফগনু। ঙাইখো ঈশিং থকখিনু ঐনা হংগদৌবিবা ব্রাহং অসিগী পাউখুম চপ চানা পীবগা ঈশিং থকউ শোকসু শোকউ।" যৌবাংবনা চবম কংলবা সহদেবনা জ্ঞান তাখিদদুনা ঈংলবা ঈশিং অদু হেক থকউবদা লৈমাযথক্তা ব্রাম্থদুনা তুখ্রে।

নকুল সহদেব হল্লক্রবদা মখোযবু থিকনবা অমসুং ঈশিং শোক্লনবা যুধিষ্ঠীবনা অর্জ্জুনবু থাখি।

অর্জ্জুন্না ঈশিং লৈফমদু যৌবক্লবদা নকুল, সহদেবগী অশিবা হকচাং লৈবাক্তা তাদুনা লৈবা অদু উবম্মী। মাযকৈ মবিমক্তা লৈদুনা যেংবদা কনাসু উদ্রদুনা ঈশিং লৈবা মাযকৈদা চেনশিনখি। মতমদুদা "কুন্তিগী মচা নম হাদুনা ঈশিং থকপা শোকপা যাবোই। ঐনা হংগদৌবিবা ব্রাহং অসি খুম্লগা ঈশিং থকপা শোকপা য়াগনি" হায়না লাউবকখিবা তাখি। অর্জ্জুন্না হায়খি- নশক উৎলু ঐবু থিংউ। অমসুং শব্দভেদিনচিংবা তেন মাযকৈ মবিমক্তা কাপখি। অমদি জীব অমা ফাওবা উদ্রবদা যৌবাংবনা ঙাওববা অর্জ্জুন্না শকউদবা যক্ষনা হায়বকপা ব্রা- "ঐনা হংগদৌবিবা ব্রাহংগী পাউখুম পীদনা

ঈশিং থক্লবদি নঙসু ননাওশিং অসিগুম্মা শিগনি হাযনা হাযবকপা ৱা অদু থৌ ওইদনা ঈশিং থকউববদা মহাকসু লৈমাযথক্তা তুখে।"

অর্জ্জুন হল্লক্লবদা যুধিষ্ঠীবনা মখোযবু থিকনবা অমসুং ঈশিং শোক্লক্লবা ভীম থাবকখি। ভীম্মা ঈশিং লৈবা মফমদুদা যৌবকপদা মনাও অহুম ঈশিং মযাদা লৈমাযথক্তা তাদুনা লৈবম্বদু উখি। মসিদি যক্ষ বক্ষগী থবক্কি অদুনা শোযদনা লাল শোক্লবা তাবে খল্লম্মী। থৌবাংবনা চবম কংলবা ভীম্মা ঈশিংদুম হান্না থকখিগে হাযনা ঈশিং তম্মা চঙশিল্লি। মতমদুদা যক্ষনা হাযবকখি-"ইবুংঙো কুন্তিগী মচা পুখ্রি অসি ঐগী ওইদুনা লৈবিবনি নথৌনা ফগনু। ঐনা হংলিবসি খুন্নগা ঈশিং থকউ।" যক্ষনা হাযবকপদু থৌওইদনা ভীম্মা ঈশিং অদু হেক থকপগা মাসু লৈমাযথক্তা তুখে। মমৈদা যুধিষ্ঠীব লাক্লে।

বন অদুদা চঙখিদুনা বিশ্ব কর্ম্মানা শেন্নম্বগুম্মা ফজববা সনাগী থম্বালনা থন্না শাৎলবা পুখ্রি অদু উবে। পুখ্রি মপান্দা লৈমাযথক্তা কল্লবা মনাও মবিনা তাদুনা লৈবদু উবদা খোঞ্জেল থোক্লা কপখি। কল্লবা মীনা মাযথীবা পীবা ঙমদবা মনাউশিংগী মশাদ খুৎলাইনা শোকপগী মফম লৈতবা লীকং তেল ইকাই কাযদনা তাদুনা লৈবা অমদি কনাগুম্বা অমা লাক্লম্বগী খোঙ্গুলসু উদবা অদুদা মনাওশিংনা শিবগী মবম অসি কাল কৌবা যমবাজনা তৌবা নত্তনা অতৈ ওইফম থোক্তে অদুনা ঈকজবগা ধ্যান তৌদুনা যেঙ্গে খন্দুনা ঈশিং মনাক্তা চঙশিল্লকপদা আকাশতগী লাউথবকপা খোঞ্জেল অমা তাখি। যক্ষনা হাযবকখি "ঐদি পুখ্রিদা লৈবা ঙানচিংবা চাদুনা হিংবা উবোক্লি। ঐনা ননাওশিংবু যমালযদা থাখ্রবনি নঙসু ঐনা হংগদৌবিবা ৱাহংশিংগী পাউখুম পীদনা ঈশিং থক্লবদি যমালযদা থাখিবা মঙাশুবা পাণ্ডব ওইগনি। পুখ্রি অসি ঐগী অধিকাবদা লৈবিবনি অদুনা কুন্তিগী মচা। ঐনা হঙ্গদৌবিবা ৱাহংগী পাউখুম ফজনা পীবগা ঈশিং থকউ শোকউ।"

যুধিষ্ঠীবনা হাযখি-"নহাকপু কনানো? রুদ্রবা বসুদেবতাব" লাইযাম্মাক্লা, হিংচাবা, গন্ধর্ব্ব দৈত্য-দানব কযানা লানফমদা মখোযগী মমাঙদা লেপ্পা ঙমদবা অকনবশিং অসিবু অঙকপা মীহাৎনা হাৎলে কবিগীদমক অসুম্মা তৌবিবা মদুসু খঙদে। অসিগুম্বা থবক অসি উচেক অমনা তৌবা ঙম্মোই, ঐগী পুক্লীংসি যাম্মা লাঙলে অকিবসু পোক্লে ওস্থোক্লা খঙনিংলে, ভগবন নহাকপু কনানো?"

যক্ষনা হায "মঙ্গল ওইযু ঐ যক্ষনি উচেক নত্তে। ননাওশিং অসিবু ঐমক্লা হাৎপনি।"

মতমদুদা যুধিষ্ঠীবনা মমীৎ শুক্লবা ৱাং চাউববা কোনা পাম্বীগুম চুম্না ৱাংলবা মৈগুম্না ঙাল্লবা যক্ষ অমা উদা ঙাদুনা লৈবা উবে।

যক্ষনা নোংখাকপগুম হৌনা ঙংদুনা ঙাঙলকখি- "ঐনা মখোযবু ঈশিং থক্কনু হাযদুনা হন্না হন্না থিংবনি অদুবু ননাওশিংনা নমদুনা থকখি অদুনা ঐনা মখোযবু হাৎলিবনি। অদুনা নিংথৌ মথৱায হিংনীংবা জীবনা ঐগী ৱা তাদনা মফম অসিগী ঈশিং থক্লদে। পুখ্রি অসি ঐগী অধিকাবদা ঐনা মপু ওইদুনা শঙলক্লি। অদুনা কুন্তিগী মচা হক্লা থৌনা ফগনু। নহাক্লা ঈশিং থক্কে শোক্কে হাযবগা ঐনা হংলিবা ৱাহংশিং অসিগী মতীক চাবা পাউখুম পীবগা থকউ শোকউ।"

যুধিষ্ঠীবনা হাযখি- "যক্ষ! নহাক্লা হান্না লৌববা পোৎ অসি ঐ নমদুনা লৌনীংদে। অদুগা ৱা অমদি সজ্জন ওইবশিংনা মশানা মশাবু থাগৎচবা অসিবু ফৈ খক হাযনদে। অদুনা যক্ষ ঐগী বুদ্ধিগী মতুং ইন্না খুমগে কবিনো হংবিবো।"

যক্ষ - "নুমিৎপু কনানা মথক্তা থম্বগে? নুমিৎকী অকোযবদা চৎলিবসি কনা কনানো কনানা নুমিৎ তাহল্লি। নুমিৎনা লৈবিবসিনা কদাযদ?"

যুধিষ্ঠীব -- "ব্রাহ্মণশিংনা সূর্যদেববু মথক্তা থম্মী। গ্রহশিংনা নুমিৎকী অকোযবদা কোযনা চৎলি। বাশিতনা কোযবনা নুমিৎপু তাহল্লিবনি নুমিৎনা বাশি চক্রদা তোংদুনা নোংথক্তা লৈ।"

যক্ষ - "মীওইবনা কবম্না ব্রহ্ম ফংবগে। তাইবং মীনা মথন্তা ঙাযববসু কনানা সহায ওইবগে? অপঙবনা কবম্না অশিংবা ওইবগে?"

যুধিষ্ঠীব -"মীওইবনা তপস্যাতনা ব্রহ্ম ফংই। মীনা মথন্তা ঙাযববসু মাগী তপথবা হন্থবা গুণনা মাগী সহায উপায ওই। অহল-লম্মনগী পাউতাক্লা অপঙবসু অশিংবা ওই।"

যক্ষ -"মীওইবা সমাজদা ইকাইখুম্নববা জ্ঞান লৈববা কবম্বা মীনা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা পুম্ব' ফংলফাওবদা শ্বব হোনবা লেপ্পা ফাওবদা অশিবগা পাংথক ওইনা লৈবগে?"

যুধিষ্ঠীব - দেবতা, অতিথি, মনাই মষণ লৈবফাও পিতৃ লোক অমসুং মশামক হাযবিবা মঙা অসিগীদমক মীগী মপাল তাংদনা অঙম্বা শক্তিনা দান্নচিংবা তৌদুনা পেলহন্দ্রিবা মহাক অদু নুংশা শ্বব হোন্না হোন্না অশিবগা মান্ননা লৈ।

যক্ষ.- কনানা কবিনা পৃথিবীদগী হেন্না লূম্বগে কনানা কবিনা নোংমদোন্দগী হেন্না ৱাংবগে? কনানা কবিনা নুংশিত্তগী হেন্না যাঙবগে? কনা কনানা পৃথিবীদা হৌবা নাপীশিংদগী হেন্না মশীং যাম্বগে?

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী·- পৃথ্বি মাতাদগীসু পলেম ইমানা হেন্না লূম্মী। পাম্বৌ ইপানা নোংদোন থক্তগী হেন্না ৱাংই। পৃক্রীং কৌবা ইন্দ্রিনা নুংশিত্তগী হেন্না যাঙই। তাইবঙ মীগী চিন্তানা নাপীদগী হেন্না মশীং যাম্মী।

যক্ষনা হংই.- কবম্বা জীবনা তুম্ন-তুম্না মিৎ পাঙবগে? কবম্বা জীবনা পোক্লগা লেঙদনা তাদুনা লৈবগে? থম্মোয যাওদবা জীব কনানো? কবম্বা পোৎনা ঈচেলনা চাওখৎপা ফংবগে?

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী - ঙানা তুম্ন-তুম্না মমিৎ পাঙই খক উইশিন্দে। যেকম্না পোক্লফাও খক লেঙদে। মুর্ত্তিগী থম্মোই লৈতে। তুবেন্না অদুক্কী মতিক কন্না চেল্লগা চাওখৎপা ফংজৈ।

যক্ষনা হংই - মীবৈবাক মীবমদা চৎপদা কনানা মকপ ওইবগে? যুম্বানবশিংগী অশেংবা মকপ কনানো? মশাদা লাযনা লৈবা মীগী মকপ কনানো? শিবমদাই মতমদা অশেংবা মকপ কনানো?

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী.- মীবৈবাক চৎপা মতমদা খোঙবুনা মকপ ওইবনি। যুম্বানবশিংগী অশেংবা মকপতি লোযনবী মাতনা ওইবনি। মশাদা লাযনা লৈবা মীগী মকপতি মাইবনি। শিবমদাইগী মতমদা দাননা মকপ ওইনৈদো।

যক্ষনা হংই - হাযযু কুন্তিগী মচা লোক পূম্বগী অতিঠি কনানা ওইবগে? খুৎশেমঙৈদগী হোংদনা চৎনবকপা ধর্ম্ম কবিনো? অমৃত হাযবসি কবিনো? জগত অসি কবম্বা কনাগী মশক্লো?

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী.- লোক পূম্বগী অতিঠি মৈতনা ওইবনি। খুৎশেমঙৈদগী হোংদনা চৎলকপা ধর্ম্মদি 'সত্য'নি। সোমবসগা ষঙ্গোমগানা অমৃত ওইবনি। জগত পূম্বা নুংশিৎকী মশক্লি।

যক্ষনা হংই - কনানা মতোমতা চৎপগে? পোক্লগা অমুক পোকপা কনানো? উনগী হিদাক কবিনো? পাক্লবা লৌবুক্রা কবিনো?

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী:- নুমিৎনা মথন্তা চৎলি। থানা পোক্লগা অমুক পোকই। মৈনা উনগী হিদাক্লি। পৃথিবী অসিমক্লা ঙ্খাইদগী হেন্না পাক্লবা লৌবুক্লি।

যক্ষনা হংঙী - ধর্ম্মগী ঙ্খাইদগী অথোইবা মবম কবিনো? মিংচৎ ফংনবা লম্বী কবিনা ওইবগে? স্বর্গ ফংনবা লম্বী কবিনা ওইবগে? নুংঙাইবা ফংনবা অথোইবা মবম কবিনো?

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী - ধর্ম্মগী অথোইবা মচাক্তি যজ্ঞ দাননচিংবদা হৈ-শিংবা। মিংচৎকী অথোইবা মচাক দানতনা ওইবনি। স্বর্গ কানবা অথোইবা লম্বী 'সত্য'নি। নুংঙাইবা ফংনবা মচাক্লা লমচৎ ফজবনি।

যক্ষনা হংঙি - তাইবঙ মীগী মপানগী আত্মা কবিনো? লাইনা তম্নকপা মকুপ কনানো? লাইনা পীবা মাগী হিংনবা পাম্বৈ কবিনা ওইবগে? মাগী অথোইবা চঙনফম কনানো?

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী - মীওইবগী মপানগী আত্মা মচানা ওইবনি। লাইনা তম্নকপা মকুপনা মাগী নুপীনা ওইবনি। মাগী হিংনবা পাম্বৈ নোংনি। মাগী অথোইবা চঙনফমদি দাননা ওইবনি।

ব্রাহং:- মপোক ফবা যাইফবা মীগী গুণ কবিনো? ললগী মনুংদা কবিনা মহেল্লে হাযবীযু? তোংবগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না তোংবা কবিনো? নুংঙাইবগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা কবিনা ওইবগে?

পাউখুম - মপোক ফবা যাইফবা মীগী মগুণদি থবক্তা হৈশিংবা তপথবা অসিনা ওই। ললগী মনুংদা অথোইবা লল শাস্ত্রগী জ্ঞাননা ওই। তোংবগী মনুংদা 'নাদবা' হাযবা অসিনা খ্বাইদগী হেন্না তোংবনি। নুংঙাইবগী মনুংদা 'অপেনবা' হাযবা অসিনা খ্বাইদগী হেনবা নুংঙাইবনি।

ব্রাহং - জগত্তা অথোইবা ধর্ম্ম কবিনো? কবন্না ধর্ম্মনা তত্তনা অফবা মহৈ পীবগে? কবন্না পোৎশক থিংলগা অৱাবা ফংদবগে? কনাগা সন্ধি তৌনবগা মাঙদবগে?

পাউখুম - যৌজান্না অথোইবা ধর্ম্মনি। বেদদা হাযবা ধর্ম্মনা তত্তনা মহৈ পীবনি। পূৱ্রীংবু ফাবগা কনাসু অৱাবা ফংনদে। অফবা সাধুশিং তিন্নবগা অমাঙবা খক ওইদে।

ব্রাহং - মীওইবনা কবি থাদোক্লগা মযামগী নুংশিবা ওইবগে? কবি পোৎশক থাদোক্লগা থম্মোইগী মৈচাক কোকপগে? কবি পোৎপু থাদোক্লগা ঈনাকখুনবা ওইবগে? কবি থাদোক্লগা নুংঙাইবা হাযবদু ওইবগে?

পাউখুম - নাপল থাদোক্লগা খ্বাইগী নুংশিবা ওইবা ওম্মী। অশাওবা থাদোক্লগা থম্মোই মৈশা লাংদে। অচৌবা আশা থাদোক্লগা ঈনাকখুনবা ওইবা ওম্মী। অপাম মিহৌ থাবগা নুংঙাইবা হাযবদু ওইনৈদো।

যক্ষনা হংই:- কবিগীদমক ব্রাহ্মণদা দান তৌবগে? কবিগীদমক জগোই শাবীদা পাম্মুবা লৈতনা পীবগে? কবিগীদমক মনাই মষন্দা লম্ভুম যেম্লোকপীবগে? কবিগীদমক নিংথৌদা অমদি অঙম অথৌদা লম্ভুম পীথোক্লবিবা?

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী - ধর্ম্মগীদমক মীনা ব্রাহ্মণদা দান তৌনৈ। মীনা থাগৎননবা ঙাইহাক্তং মিংচৎ ফংননবা জগোইদা শেল থাবনি। য়োকপী থাকপীগে হাযদুনা মনাই মষন্দা পীথোকই। অকি-অখং কোক্লবা মীনা নিংথৌদা অমদি অঙম অথৌদা পীনৈদো।

যক্ষনা হংঙি - লোক পূম্নবু কনানা কুপ্পুনা লৈবগে? কবিগীদমক লোকশিংদুদি উদবগে? কবি দোষ লৈবদগী মকপ্পু থাদোক্লবগে? কবি দোষ লৈবদগী স্বর্গবু ফংঙমদবগে?

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী - অজ্ঞান্তনা লোক পূম্নবু কুপ্পুনা থম্মী। অমম্বনা কুপ্পনা জীবনা মশাগী মশক ফোঙ্ঙমদে। অপাম্বনা মকপ্পু হালেংদনা থাদোক্লে। ফত্তবা সঙ্গনা মীওইবনা স্বর্গ যৌবা ঙমদেদো।

যক্ষনা হংঙি মীওইবনা হিংদুনা লৈবফাও অশিবগুম কবিগী লৈবিবা? নিংথৌ পানবা লৈবাক্লা অদুম কাযদনা লৈববসু অশিবগুম কবম্না লৈবগে? শ্রাদ্ধ যজ্ঞনচিংবা মবম মচাক শুবফাও কবিগী মপূং ফাদবগে? যজ্ঞ দান মপূং ফাবফাও কবিগী অশিবগুম উবিবা?

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী - লাযববনা মীওইবনা অশিবগুম হিংদুনা লৈনবি। নিংথৌ পাল্লবসু পান্দবগুম লৈবা লৈবাক অদু অশিবগুম লৈবনি খণ্ডবিযু। মচাক মবম শুববসু পাঞ্জি ব্রাহ্মণ যাওদ্রবদি যজ্ঞদু অশিবগুম কান্নদে। দক্ষিনা যাওদ্রবদি যজ্ঞ দান মপূং ফাদে।

যক্ষনা হংঙি - মাযকৈ হাযবনা কবিনো? ঈশিং হায়বনা কবিনো? চিঞ্জাক হাযবনা কবিনো? হূ হাযবনা কবিনো? শ্রাদ্ধগী মতমনা কবিনো?

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী - মাযকৈ মবি হাযবদি সাধু মাহাত্মাশিংবুনি। ঈশিং হায়ববু অতিযানি। ষনতনা চিঞ্জাক পীবীবদা মক্দ ওইবনি। ইকাই খুম্নবা ফংলবা মীনা নিবা হায়সি হূ মক্লি। মতিক চাবা ব্রাহ্মণবু হেক ফংবা মতমদা শ্রাদ্ধগী মতীক চাবা মতমনি।

যক্ষনা হায়·- নুমিৎ খুদিংগী তাবা পাউ কবিনো? অঙকপা হায়বনা কবিনো? লশ্মী হাযবনা কবিনো? নুংঙাইনা পানবনা কনানো? ব্রাহং মবিসি খুম্লগা ঈশিং থকপা য়াগনি।

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী - নুমিৎনা মৈ ওইদুনা অহিং নুংথিলনা শীং ওইদুনা তত্তনা য়াণ্ডলগা থা ঋতু তবক্লা থাবৈ ওইনা ওৎতুনা শুক্কৎপগী মম্লবা চাউববা থাং মনুংদা জীব পূম্নবু লংথদুনা কাল কৌবা মহাক্লা তত্তনা থোংদুনা চাবি। মসিতনি নুমিৎ খুদীংগী তমগদবা পাউ হায়ববু। নুমিৎ খুদীং মিকুপ খুদীং জীব অচৌ অপীক্লা যমালযদা

চৎলি। মসি উনা উনা চৎত্রিবা লৈবিবশিং অসিনা মখোযদি চৎলবোই অসুম্মক লেঙদনা লৈবনি খল্লিবসে অসিদগী হেন্না ঙকপা অতৈ কবি অমা লৈবগে। বেদশিংসু অমগা অমগা মান্নদে স্মৃতিশিংসু তোঙান তোঙাল্লি। মাগী মত খেন্নদে হায়বা মুনি কনামতা লৈতে। মখোয়না থিবিবা ধর্ম্মগী থাক্সেশেংবা মওংদুসু মমখুবা মফমদা লৈখ্রে। অদুনা কবম্বা লম্বীদা চৎপা তাবে হাযবদা অশিংবা অহৈবশিংদুনা চৎনখিবা লম্বী অদুতনা অশেংবা লম্বী ওইগনি। মীগী মবল তোম্দনা মীবৈবাক্তা লেম্দনা মহাক্কী লৈজবা খবনা মখুৎমক্লা থোংদুনা চবা নামতা চাদুনা পেঞ্জনা লৈবিবা মহাক্তো নুংঙাইনা পাঞ্জবা হাযবা অদুনি।

যক্ষনা হায - ঐনা হংখিবা ৱাহং খুদীংমক নঙনা মতিক চানা খুম্লে। হৌজিক অমুক হাযযু যুধিষ্ঠীব- নিপা হাযবদি কনানো? লল পূম্বগী মপু হাযবদু কনানো?

যুধিষ্ঠীবনা খুম্মী·-ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌবদগী মী মহাক অদুগী মিংচৎনা আকাশ পাতাল ফাওখ্রবা অদুগুম্বা মিংচৎ লৈবিবা অদুক্কী মখৈ মহাক অদু নিপা হাযবদি পুৰুষ হাযবদু ওইদুনা লৈ। মী মহাক অদুগী মফমদা নুংশিবা-নুংশিদবা, অৱা-নুংঙাই, হৌখ্রবা ওইবক্কদবা, অনী-অনী অসিনা অমত্তা ওইনা চপ মান্নবা লৈবিবা মহাক অদু লল পূম্বগী মবুংঙোনি।

যক্ষনা হায - নিংথৌ! নহাক্লা পুৰুষ অমদি ধনেশ্বরগী মবমদা ফজনা হাযবে। শিবিবা মবিসিগী মবক্তা হিংগৎহন্নীংবা অমা হাযযু হিংগৎহনগে?

যুধিষ্ঠীবনা হায মশক মতৌ ফজববা মপাম্বোম চাউববা ইনাও নোকুলবু হিংগৎহনবীয়ু।

যক্ষনা হায - নখোই পাণ্ডবকী ঙাক্লৌ পাম্বোম ওইবিবা ভীম, অর্জ্জুনবু হিংহন্নীংদনা লোন্নবীনা পোকপা ননাওবু কবিগী হিংগৎহনীংলিবনো?

যুধিষ্ঠীবনা হায.-ধর্ম্ম থাদোকপা মহাকপু ধর্ম্মদুনা হন্না হাৎলম্মী। ধর্ম্মবু কিনা ঙাক্লিবা মহাকপু ধর্ম্মদুনা কল্লিদো। ঐ ধর্ম্ম থাদোক্লোই কুন্তিগা মাদ্রীগা ঐগী ইপাগী লোযনবী ঙাক্লি। অনীমক ইমানি। অনীমক মচা লৈবী হাযবদু ওইসনু।

যক্ষনা হায - ভবত শাগৈগী অথোইবা ধর্ম্ম কাম অনীদগীসু নহাক্লা অমগা অমগা খেন্নদনা উবা অসিতনা অথোইবা ধর্ম্মনি হায়না খল্লবনিনা ননাওশিং পুম্নমক চপ মান্নবা হিংগৎলসনু।

কল্লবা মনাও মবিনা তুম্লম্বদগী হৌগৎলকপগুম হিংদুনা হৌগৎলক্লবা মতুংদা যুধিষ্ঠীবনা যক্ষ অদুদা হায়খি-

"নহাক্তি নখোঙ নামনা পৃথিবীগী মপান্দা লেপ্তুনা লৈবিবি অদুগা কল্লবা ইনাও মবিবু খুৎলাইনা শোকপগী মফম লৈহন্দনা হাৎপীবি। মখোযগী খুৎলাইসু মচি লেঙদনা লৈবি। ঐগী ইনাওশিং অসিদি যক্ষ বক্ষ লাখ লাখকা লান শোক্রবা ঙম্বনি। মখোয অসিবু অমত্তনা ঙম্বদি ঐ খক উখিদ্রি। অদুনা যক্ষ নত্তমাল্লে খঞ্জে অদুনা হংজবি নহাকপু কবম্বা দেবতানো?

যক্ষ হায় - চুম্মী ঐ যক্ষ নত্তে ইবুংঙো ঐ নঙগী নপানি সনাতন ধর্ম্মনি। ঐ নঙবু উনবা লাকপনি। নঙবু উবদা ইপা পেল্লে বব নিযু বব পীগে।

যুধিষ্ঠীবনা হায - দেবা শক্তি অদুনা পুদুনা চৎখিবা যজ্ঞগী শুক্কা শুম্বনগা পীবিদুনা ব্রাহ্মণ অদুগী অগ্নি হোত্র যজ্ঞ কায়হনবীনু মসিনা অহানবা বব ওইনা নিঙ্গবি।

ধর্ম্মনা হায - কুন্তীগী মচা ! নহাকপু পবিক্ষা তৌগে হাযদুনা ঐনা শক্তিগী মশক লৌদুনা ব্রাহ্মণ অদুগী যজ্ঞগী পোৎচৈদু লৌদুনা চেনবনি। বব অদু পীববনি। অতোপ্পা বব অমগা নিযু।

যুধিষ্ঠীবনা হায - ভগবনঃ ঐখোযনা বন্দা চৎপা চহি তবানিথোই শুম্লে। শক লোত্তুনা লৈগদবা তবাহুমদোই শুবা চহি যৌবক্লে। ঐখোযনা দেশ অমদা শক লোত্তুনা লৈজবদা ঐখোযবু কনা অমত্তনা শক খঙবা ঙমদবা বব অসিমা পীবীযু।

ধর্ম্মনা হায - বব অদুমসু পীববনি। নখোযনা নশক নওং অসি ইকায কাযদনা চৎলবসু কনা অমত্তনা নখোযবু পাণ্ডবনি হাযবা খঙদবা ওইবসনু।

সে অবনিগা শুক অসিগা ব্রাহ্মণ অদুদা পীথোকখ্রো। অদুগা নখোয় মস্য দেশ বিবাট লৈবাক্তা চত্তুনা শক লোত্তুনা লৈবা চহি অমা লেল্লুবো। মঙ্গল ওইযু।

অসি হায়বল্লগা ধর্ম্ম অন্তর্ধান ওইখি। পাণ্ডবশিংনা ধর্ম্মগী পাউতাক মতুং ইন্না আশ্রমদা চৎখিদুনা তপস্বী ব্রাহ্মণ অদুদা মহাক্কী যজ্ঞগী শুক্কা শুম্বলগা পীকুবে। মতুংদা বন্দা লৈমিন্নবম্বশিংবু বিদাই তৌবল্লগা পাণ্ডবশিং বিবাট লৈবাক্তা চৎখি।

মহাভাবত্তগী

সোনা

৩।১১।২০১১ ইং

# ১২

## শন্দ্রেম্বী! ইমাদি ঙকশম য়ৌরে

কদোমদগীনো খঙদে অয়ুক অদুদা খঙনীং নীংশিঙলকখিবনি শন্দ্রেম্বীগী ব্রাবী ঙবাং নুংদাং ফুঙ্গা মনাক্তা চাকঙায ব্রাবী মবেনবোক্লা মশুশিংদা লীবিখিবা।

তশেং তশেংনা তাবি মবেনগী খোঞ্জেল "শন্দ্রেম্বী ইমাদি ঙকশম য়ৌবে।"

শন্দ্রেম্বী কপই য়াঙশিল্লম্মা শীং শত্তোকই।

চাইশ্রাগী মমানা হায়বকখি, " কবি তৌবে শীং শত্তোক্লীবদো, মুল্লববা পুবক্লো।"

শন্দ্রেম্বী কপ্ল-কপ্লা শীং অমুক যাঙশিল্লি।

ওইনাম কম্হিজাও পেন্সিন ফংবা চহি ১০ হেল্লে। অয়ুক ঙন্না হৌগত্তুনা চীন-যা শেংলগা মফি-মবোল শেত্তুনা অয়ুক্কী ব্রাকিং চৎনবা চা কপ অমা পাযদুনা ফম্লীঙৈদনি নীংশিংলকখিবদো। ব্রাবীদু নীংশিংলুবদা কম্হিজাও মবুক্লীং খোইবাংলম্মী মনীং মমাঙ শম্নদবা মফাং মফাংনববা ব্রাখলনা থল্লদুনা চৈশু অমা পায়বদুনা খোঙ্গাল্লোমদা খোকখি।

ইম্ফাল তুবেলগী য়েৎথংবা তোর্ব্বান্দা অব্রাং পাংনা শুম লাকপনা ওইনাম লাইবেম্বী মপা য়ৌবকপদা মমান্নবা ঙাংবম মবৈনা কৌবকখি-

"কদোমদনো ভায়াবী ?"

"ভায়াবী অয়ুক্কী ব্রাকিংনি।"

"ফবেদা, খোঙবু ওইমিন্নবসি।"

ঙাংবম মবৈ কম্থিজাওগী লোংগানি মশা পেক্সিনবনি।

অনীমক মণিপুববু যাম্না নুংশিজবা, মণিপুবীনি মৈতৈনি হায়বদা খমথেংনা চাওথোকচবা নুপানি। মৈতৈগী লোনচৎ শাজৎ, লমচৎ শাজৎ লৈবাক মচা তাবা ৱাঙাং শাঙাং থৌগল্লোনবু ঙমখৈ-নৈতনা থাগৎচবা মণিপুবীগুম্না সভা ওইবা জাৎ পৃথ্বিবীদা অত্যাঙবনি খঞ্জবা মক্তনা মণিপুবীতবু মীনি অতৈ জাৎতি মী নত্তে হায়না খঞ্জবিবা অনিনী। মখোয় অনী ৱাবী শান-শানা তোর্ব্বান যাঙবী থন্না চৎলন্মী।

কম্থিজাওনা হায়বকই- "ভাযাবী জাপান লান মতুং চহি হুম্ফু-বোমসিদা মণিপুব অসি ফন-ফজনা ওল্লেকো।"

"ওল্লে ওল্লে- হান্নগী শক্তম ফন-যাম্না মাঙখ্রে- তেখাও পাৎ ফুনখ্রে চীংঙা পাইখ্রে নূং তাওবে লশিং লূপখ্রেদনা।"

"অদুবুদি নিংথৌ পান্নম্বা পানখিদ্রে প্রজানা খঞ্জবা মীহুৎনা লৈবাক ঙাকচবে।"

"অওইবনি অওনবা অসিনা ঐখোযগী কলচবদা অকাযবা কযা থোক্লক্লিবসি নুংশা থীনিংঙাইনি।"

"থীনিংঙাই ওইবদা নত্তে নুংশা থীববনি।"

"চহী লীশীং অনী হেন্না নিংথৌ পান্নক্লবা লৈবাক অসিগী সমাজদা চূদুনা লৈখ্রবা থৌগল্লোল ব্যাবহাব চৎন-লোনচৎ লৈবাকমচা তাবা ৱাঙাং-শাঙাং কলচব শাজৎ জগত্তা শীংথানবিবা মণিপুব মাঙখিদৌবা পাম্মুখ্রেদা।"

"যেংবীযুদনা নোঁং ঙানবদা কবি পাও হাযনা খবব অমত্তং ফাক্লবদা মণিপুবদা ফোঙলিবা খববশিং অসি ফন-যাম্লেদনা জাপান লান মমাঙদদি- ঙসিনে মতমনে অনীতনি খবব পাবসু মী খুজোক অমত্তনি হৌজিক্তি মীপুম খুদীংমক পানবে।"

"ভাযাবী ! হৌজিক মৈত্রবাক্তা নোংমদা ফোঙলিবা খববসি ২০।৩০দি শুবেদনা?"

"ইংবেজি লোন্দা ফোঙবা থাবগদি হেনবু হেল্লম্লগনি।"

"জাপান লান মমাঙদদি শুপ্লতগী অনী/অহুমতনি। খবব পাবা মী খুজোক অমত্তনি।"

"হৌজিক্তি মীপুম খুদীংমক নোং হেক ঙানবগা ফমুংদগী হৌগৎলগা চীন-যা শেংবা লোইবগা চা কপ অমা খবব পান-পানা থকপা অসি চৎনবী হৈনবী অমা ওইবে।"

মযুমদা খবব সবসক্রাইব তৌদবশিংনা লৈকাইগী হোটেলদা চা কপ অমা লৈবগা মদু থক্ল-থক্লা খবব পাই অদুগা পাউ অদু মাগুম্বশিংগা খন্নে যেংনৈ।

"অদুবু হেক হাংদোক্লুবদা অহানবা লমাযদা হেড-লাইন নিউজ মযেক অচৌবনা ইদুনা যাওবম্মী- মকুবোক্লা মমৌনুপী ফম লানখ্রে।"

"মচা অনী লৈববী নুপী মপুবোইবগী মমাঙমক্তদা ইজ্জৎ মাঙহনবীবে।"

"মতৈনা মনাওনুপী বলৎকাব তৌবিবে।"

"চহী তবেৎতা ঙাযবিবী নুপী মচা অমা মমাগা পোকমিন্নবা মামনা বলৎকাব তৌবিবগা হাত্তোকপীবন্নে।"

"নুপীদা ওক্ত-লমচৎ চৎলম্বা নুপাদুগী যুম লৈকায মীযাম্মা শীদোকখ্রে- ইমুং মনুংগী মী পূম্বা লৈকাযদগী তাম্থোকখ্রে।" সিগুম্বা তাবদা হঙ্গোইববা পাউ ঙাক্তা।

"সিদসু নত্তে, তোযনা ফোঙবা পাউদি কাপ্পবদা অন্দবগ্রাউণ্ড অনী শিবে, অহুম শোক্লে। শিবিবদু মীচমনি ফাদুনা পুখ্রগা হাৎপনি। জে এ সি শেমদুনা ধাবনা ফম্বা হৌখ্রে।

- অফম্পা লৌথোকউ।

-সবকাবনা মবাল লৈবশিংগী মথক্তা মতিক চাবা এক্সন লৌখৎত্রবদি অকনবা খোঙজং চঙশিনগনি।

"সি নত্তবা তোয়না য়াওবা পাওদি বোম ফুল্লম্বা পোকখাইবদা অঙাং যাওনা অহুম শিবে, দিবেক্তবগী য়ুমদা বোম লংশিল্লম্মে পোকখাযদে, বোম স্কোআদ লাক্লুনা লৌথোক্লগা পোকখাযহনখ্রে। অফিসাবগী য়ুমদা নোংমৈ কাপশিল্লন্নে 'সি ঙাক্তা।

হাৎপা থিনবা লুম্ফু মী ষন্নীংহনবা সিগুম্বগী পাউ নত্তনা অমা লৈতবগুম তৌই।

"সিগুম্বা পাউসি তোযমল্লদুনা মী হাৎলে মী শিবে হাযবসি তাবদা হামু হামু ওইবে কনাসু নাচুংনদ্রে।"

"অদুবু খবব হেক ফাক্তোপগা কনা শিবে কনা হিংলে হাযনা য়েংবদি তোক্লদ্রি।"

"অওইবনি জপান লান মমাঙ-মঙাবক কানবীদা থৌবী য়াম্দুনা শিবা মী হুন্দোক্ল বিঙে স্নাখ্বা মচাগা বামন লালাবীগা থাঙনা য়াম্দুনা হাৎলে হায়বা পাউ তাবদা মিপাইনখিদুনা মী পূম্বা খোইবেন মশা পাইনবগুম কোইপাই পাই কোয়চেন চেন খ্বাইবম্ন্দ কৈথেল, মোইবাংখোম কৈথেল মী পূমতাক তাক্লা কায়খিবা মতমদুগা কযা খেন্নখ্রবা।

মতমদো অমুক হল্লক্লবোইদো।

"অশুক তমথিবা হিংচা যাইতম্নগী মশক ওইববা মহিকশিং অসিনা কবম্না কান্দা কদাযদগী কমদৌনা মণিপুবদা চঙলক্লুনা মৈতৈশিংগী ঈদা অশুক থুনা শন্দোবক্লিবা।"

"মণিপুব অসি পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী লানফম অমা ওইখি। পৃথিবীগী মী জাৎ শুনা- ককেসিযান, মোঙ্গোলোইদ, নেগ্রো, আষ্ট্রিক লোইনা পূনখি। মখোযগী মবক্তা কনাগুম্না খবনা পুবক্লগা মহীকশিং অসি লৈহাও চেল্লবা মণিপুব তম্পাক্তা থাবম্নবা? শতাব্দি মশুং অমা চঙনা যোক-থাক্লবা তুং মপূং মবৈ ফাবদুনা মথি-ফোংবা হৌবববা?"

"মণিপুব তম্পাক্তা তাহৈদবা কযা তাবক্লে, উহৈদবা কযা উবক্লে।"

"প্রকৃতিগী তম্পাক্তা ঈংনা চিক্লা পাঞ্জবম্না হবিধ্বনিনা নিঞ্জবমবা মণিপুব চবাংনবা হাৎন-শুনবনা থল্লবা থবক হুনগৎলবা লৈবাক ওইবে।"

"চৎনবী হৌন-লোনচৎ ব্রাঙাং-শাঙাং মিঙ্গৌ থাগৌ কযা হোংখ্রে।"

"মতম্না পুবকপনিনা হোংদবা যাদে।"

"অদুবুদি থৌবী যান্দুনা শিবা মী পোৎলোইনবপদগী মঙাবক কানবী মাঙখ্রে হাওখুল ওইনা লাংওনখ্রে।"

"ঙসিগী খবব হেদলাইন যেংবিবকপ্রা-মকুনা মমৌনুপী ফমলানখ্রে। নত্তবা লমচৎ চৎপা নুপা অদুগী মযুম লৈকাযনা শীদোকখ্রে- ইমুং মনুং মী পূম্না লৈকাযদগী তাম্থোকপীবে।"

"নুপাদো মশক খঙ্ডী অদুম্না তৌবম্মি থাজদে।"

"লৈকাযসু হেনমল্লি। বিচাবসু তৌদনা অচুম অবান চপ চানা খঙদনা মবাল অমা তৌকই হাযদুনা মবাল লঙজকবিবা মীদুতা নত্তনা মবাল লৈতবা ইমুংগী মী অতৈনা দন্দি ফংলে -কবিনো সিবু?"

"কোর্টতা বিচাব তৌকববদি মবাল অদু কাউনম্লফাওবা বিচাব অদু লোইবোইদো-অদুননি।"

"মমৌনুপীনা মকু উবগা মকোক খুম্না, মনাও নুপীনা মতৈ উবগা কোক খুম্না হাযবা চাওখৎলবা মৈতৈ সমাজগী চৎনবী হৌন-লোনচৎ অসিনা মখোযগী মরক্তা কোইনা লোযনহন্দুনা সেফ দিষ্টেন্স অমা থম্নম্না অসিনা নুপীদা ওক্ত লমচৎ চৎপা কা-হেল্লমদে।"

অদুবু হৌন-লোনচৎ কোক খুন্বা থৌওইবক্তবা মিঙ্গৌ থাগৌ হোংলকপা "ইতৈনা তামো", "ইকুনা পাবুং" ওল্লকপদগী কোইবম্বদু শমজিল্লক্কুনা সেফ দিষ্টেন্স মাওঙ্গে তাঞ্জা অসিদা মহীকশিং অসিনা সমাজদা মশা মবেং ফল্লকপদগী তাহৈদবা কয়া তাবক্লে উহৈদবা কয়া উবক্লে।

"মহীকশিং অসিনা মণিপুরী মীপূম খুদীংগী ঈদা মচু শঙখ্রবদি মণিপুরী সমাজ কদোমদা?"

অশুম্বা মরূপ অনী অদু অরাং পাংনা তোর্ব্বান লম্বীদা লাকপনা লোক্লাওবুং থোং যৌবকপদা নোংচুপ পাংনা হাইথখিদুনা ইন্দো বর্ম্মা নেসনেল হাযরে তাবগা অরাং পাংনা হাইগৎলকখি। ত্রাফিক যাম্না কুংই গাড়ী চেন্দবা ছোবোক্কী মতাইদা চৎসি হাযদুনা অনী অদু লম্বীগী নোংচুপ চিদাইদা চৎলম্মী ফুট পাথকা তাইনবা মফমদা চৎলম্মী। ফুট পাথ অদুদি ছোবোক্কী নাকন্দা ফল্লিবা দুকানশিংগী অহেনবা পোৎ থন্ফম, স্কুটব অমসুং সাইকল ষ্টেন্দ ওইনবনা খোঙনা চৎফম লৈতে।

মরূপ অনী অদু মণিপুরী সমাজদা নোংম-নোংমা হোংলক্লিবা রাঙাং-শাঙাং লমচৎ ব্যবহাব হৌন-লোনচৎ মিঙ্গৌ থাগৌ মণিপুরী লোন্দা যানশিল্লক্লিবা কয়া অসিনা যৌগল্লোন ব্যবহাবনা থল্লবী চাওখৎলবা মণিপুরী সমাজগী ফজববা লোল কযাসি মাঙলকপা, সাইন্সকী যুগনি হাযদুনা অহল-লমনবু উশিৎ থৌওইবক্তবা হনু হন্থি অপঙ মীবেমনি হাযনা খন্নবকপা থকসি খাসি নাইবক্তবা মোবেল যাওবক্তবা মীওইবা অমা ওইবক্তবা শাগী শাজৎনা মথোই কাবকপা অসিদা মখোয থীৎনা শাউববা অনী অদু রাবী শান-শান্না চৎলি।

রাবীদুদা মুনখিদুনা মথোইগী মাঙ-তুং, যেৎ-ওইদা কবি থোক্লবগে থোইনা যেংলুদে-খল্লুদে।

অযুক্লীনা মী পঙকৃঙ কৃঙদ্রি অদুবু নেসনেল হাযরে লম্বী অচৌবনিনা গাড়ীদি খব-খব কুংশিল্লক্লে। লম্বী মযাই মেবিদিযানগী নাকল অনীদা হোবোন খোংবা খোংদবা গাড়ী যাংনা যাংনা থৌনবি হুইস হুইস।

"ভাযাবী পাম্মুইদকো মাঙখিদৌবা ইপা-ইপুশিংগী চাওখৎলবা কলচব হৌন-লোনচৎ, লমচৎ-শাজৎ, রাঙাং-শাঙাং যৌগল্লোন ব্যবহাব। পাম্মুই হায়দুনা কমদৌনি ভায শীজিন্নদ্রবদি মাঙখিবা তাবনি।

মিকুপ খুদীংগী থুনা থুনা হোংলিবা যুগ অসিগী সমাজ অসিদা অহোংবদি লৈবা তাবনি।

অদুবু ঐখোযনা নুমিৎ খুদীংগী ঙাঙনবিবা লোল অসিদা দবকাব লৈতবা লোনয'ন শীজিন্নদ্রবদি খব মখৈ শাফগনি হায়দি-"ঙসি সনদেনী" হায়বগী মহুও' ঙসি নোংমাইজিংনি হাযবা ফৎত্রা।

অশুম্না ব্রাবী শান-শানা চৎলিঙৈদা মখোযগী তুংলোমদা মোটৌব সাইকল অনী হোবোন কন্না কন্না বে বে খোংদুনা যাম্না যাঙনা অব্রাং পাংনা যৌগৎলকখি। চহী ১৭।১৮গী লোঙ্গা পাখঙ মচা অনীনা যৌবকপনি। নৌনা ঈনাক খুল্লকপা শেন পাযবকপগী মচাশিংনি চীংঙামথক্তগী লমজেন তান্নবকপনি।

মখোয অনীনা মোইবাংখোম লৈপূং স্কুল হেন্দোবক্তুনা শ্যামাসখি গার্লস হায স্কুল মপা যৌবকপা মতমদা মোটৌব সাইকল অনী অদু মখোয অনীগী যেৎলোম ওইবোম মাযকৈ অনীমক্তগী খংহেন হেঙ্কৎলক্লগা ফৎ-ফৎ লীৎখৎলগা মখোয অনীগী মমাঙমক্তদা ব্রেক খংফা ফাদুনা খামই।

মখোয অনী খংপ্রেক খংই।

কবিনো ইবুংঙো ?

মশুগুম্লবা পাখঙ মচা অনী অদুনা মখোঙ নাম-নাম লৈবাক্তা নেৎলগা গাডী তোংনা তোংনা ঙংলদুনা হাযবকখি

"কবিনো অহল নানাদু তাদ্রা? গাডী লমজেল তান্নবক্লি হাযবা নমিত্তু উদ্রা? চৎপদি হৈতনা লমজোল তান্নফম লম্বীদা গাডী মমাঙদা কাতু কাবন চৎলিবা গাডীনা তক্তুনা শিবোইদ্রা?

অসি হাযবম্লগা গাডী স্টার্ট তৌদুনা অব্রাং পাংনা যৌখ্রে।

মখোয অনীমক ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা তিংঙক-তিংঙক যেংদুনা লৈবম্বদগী চপ মান্ননা হাযবকখি-

"শন্দ্রেম্বী ইমাদি ঙকশম যৌবে।"

সোনা

৯।০৩।১৩

## ১৩

# পোদোনগী মঙাল

"নুংশিদবাইসে নুংশিদেকো!

যেংনীংদেকো।

মশক অসি হেক উবদা তবেৎলি চফম হল্লিদা।"

ফমুংদনি ঙাঙলিবসি। নুমিদাংৱাইবম হিপখিবনি মশা ঙমদে হাযদুনা লৈমতোন। নুংথিল চুপ্পা লংচাক চাক্কুনা ফি শাবিবী মচানুপীগী মতেং পাংলপ্পনি।

মচানুপী লৈশাবী ইবেতোন চহী তবাতবেৎ পাংযোংদা কোকযেৎ মচা শাবী। ঙসি লোইদবা যাদবনি হযেং কানিযাদা যোন্নবা। হযেংদি ফিশু ফিজাপ্পা ফি চনাং থাবা ইস্তি তকপদা মতম শংলোই। ইমুংসিদা পাই নাতৎপী অমাফাও তাদ্রে ফিসি হযেং যোন্দবা যাদবনি। অযুক্তগী লেপ্পা লৈতনা শাবক্লী ফিশা ফান্দগী শুকুম কুমথদনা অযুক্কী চাক চানবা কুমথকবা অদু নত্তনা মমানা মশা ঙমদ্রে হায়দুনা ফমুংদা হিপখ্রবা তুংদদি ইবেতোন মশানা লং চাক চাকপগা লোযননা ফি শাবি।

মথন্তা মকম মকম শোল্লি মথৱায় চাক্লা-

"পামুব্রেদা ?

ইচানুপা অপঙ অসি ঙাওবেদো?

পুংশুম হেক শুদ্ধৎলিদা

হৈখ্রেদা মহৈসে-"

মমৌনুপী বানী তাবী চাকখুমদা মখোয়দৌ প্রোক প্রোক চাকই-খুমদি খুমদে। অপাননা হায়বকপা নত্তবনিনা।

লৈমতোন ঙাঙবা লেপত্রি, মখা তাবক্লি। "মপা মপু কৈবাক থাবকপী অদুক চঙখোনবী মবেম্মা অদুবুদি থৌওইদনা ফৌশুগোংদা ফৌ শুমিন্নবী কদাযদগীনো খঙদবী অতা অতু অমা খুন্দুনা পুবক্লবনিনা ইমুং অসি মহী লাঙঙে, পুংতোই তোইবেদো?

চাকখ্রেদা থম্মোইসে?"

ব্রাত্ত-পাদবা ইমুংদগী হৌবকপী নুংঙাই-থাইফকোন্দা ওংবীনি লৈমতোন।

মপুবোইবা লৈবিঙৈ যাইফ-মবাং কায়না পাল্লম্মী। মচা নুপা তোম্পোক বিবসিংহগা মচননুনী মবিগা পোকই অহুম মযুম পানখ্রে অতোনবী ইবেতোম্বী চহি ১৭ লোম শুববী লৈশাবীনি মমাগা চামিন্নবি। বিবসিংহনা পোকচবী মশুনুপী মেরচা চহি মঙা চঙলে।

সঙ্গোই যুমশাদা নৌনা তপথোকপা চাকশঙ ওইনবা কাদুদনি মমা-মচা লৈবিবা যুম অদুদা লৈবিবা শুপ্নগী মী মঙাতনি লৈমতোন মমা মচা, যুম্নুবেন বিব, মাগী নুপী বানী অমসুং মচা নুপী মেমচা, অদুবু চাকখুমদি অনিনি। লৈমতোন মমা-মচাগী চাকখুম লৈবঙদি ফুঙ্গাসু ওইনা ব্রাই ওমশিন্দুনা মৈ যোকই।

অযুক অঙনবদগী মফম শুকহোং হোংদনা ফিশা ফান্দা ফমদুনা ফি শাবকপনা নুমিৎ মযুম চঙবা মতমদা শাবা লোইদুনা কোকযেৎ মচাদু যোঙখমদগী কক্সা থুপচিল্লগা মমাগী নাক্তা পুশিল্লক্লগা "ফি ককলে ইমা যেংউ সে।"

"কুংমনখ্রে, লং যাম্না হেন্না চঙলম্মনি, শেন্দোং ব্রাৎলনী।"

"ফি মমায অসিদি খবা কুংবসু ফৈদা।"

"হান্নগী ফি অহুমদো ষম্থি তাল্লম্লবনি মদুমসু হাপচিল্লুবো।"

"হযেংদি যোন্দবা য়াদ্রবনি, কানিযা গোপালনা থুনা পুবকউ হায়না নহান্না হায়হৌববনি।"

"ফি অমদা কয়াদি শিৎকনি ইমা।"

"শিকি পৈশা মবিদগীদি তাবোইদা।"

"অদু ওইবদি ফি মবি অসিদা শিকি মঙা, ইমা হন্দক্তি মখাই অমা পীবা ফৌ শঙবাই অমত্তংদি ব্রালহৌসিকো। ফুঙ্গাদা মৈ য়োক্লবা মীঙোন্দগী ব্রাই নিবসি যাম্না ইকায়জে ঐদি।"

"হোযদা হোযদা।"

ইবেতোন ফিদু পুদুনা ষন্থি তানবা চৎখ্রে।

মমানা মতুংদা লাউহৌই-

"খুৎলৈ খবা থুবকউ, সন্ধ্যা যাচঙবনা হানখ্রনি। ঐদি ঙসিদি হকচাং ইঙম ঙমদে।"

বানীনা ফৌসুগোংদগী চেঙ চোইবা লোইদুনা চাকশঙদা হেক চঙলকপা উবদগী ঙাঙবা হৌবকপনি লৈমতোন। মচানুপী চঙলক্লুনা ফিদু যেংহনবা মতমদু খক্তনি ঙাঙবা লেপ্লুবা। মচানুপীনা হেক থোকখিবগা বেং বেং ঙাঙবা হৌবকখি- "খাবেদকো "

মমা মচাদা হৌজিক তাবিবা দষা অসি মাগী নুংশিজববা মচানুপা তোম্পোক অমদি নুংশিদ্রবী খাববী মমৌ বানীননি খল্লুবদা মখোযদৌ প্রোক প্রোক চাক্লবী লৈমতোন থিথবকই ব্রজ বোলী ববং ববং-

"নুংশিখিদ্রেদা খা-বেদা?"

পুম্নমকসে ফৌশুগোং হিংচাবীনা থোকহল্লিবনি পুংশুম হেক শুদ্ধৎখিদা কবি লাইরানো?

যুমদা থবক মনা অমা ফাওবা তৌদবা নাতোল্লং নাত্রং মানা হিংচাবী হেক উবদা খুকউ পায়যু হাযনবী অসিগী ফৌশুগোংদা ফৌ সংবাই সংবাই চেঙ চোইখোক্লিবনিদো। কবি কবম্বা মহৈনো হৈখ্রেদা ?

নুপী মযুম নুংঙাইনবা হেক হোৎনবদা পৃংতাক হেক তাকইদা।

খোযদৌ প্রোক প্রোক চাকই নুংশা মপী হোল্লী লৈমতোন, মমৌ নুপীদা খানা যেংই। "কল্লকখ্রেদা নীংঙমমকখিদ্রেদা মতম চানা রাবক হৌদবা।"

নুপী মবিগী মবক্তা মানা নুংশিজবা মচানুপা তোম্পোক মথন্তনি হাযদুনা লুনা তৌবদগী নারাংলবা মাগী হাকন চঙবদগী মপুবোইবগা মাগা নিংঙাই শাংদানখিবা নীংশিংলকখি মপুবোইবনা হায়বম্বা রা- "নঙনা অঙাং অসি মাঙহল্লেদো। ঐ লৈবিমখৈ ফৈ। ঐনা মিৎ উইশিনখ্রবা তুংদদি চহি ফাবোই মহাকথক্তীদমক নকোক্তা নখুৎ হাপকনিকো!"

কয়াদা চুমখ্রবা!

মপুবোইবা লৈবিঙৈ নুংঙাই য়াইফকোন ওইবম্বা, রাত্ত-পাদবা ইমুং ফৌগৈ পুক্কৈ লনগৈ থন্ রাপল উপল থল্লবা চাউববা ঈংখোল, মমাঙ সংগোই, মখা সংগোই,

অরাং সংগোই হোজংগা লোযননা মনাই মসলনা থল্লবা যুমজাও কা মঙাদা নুংঙাইনা মনীং তম্লা খুত্তা হামদুনা চাবকপী লৈমতোন হৌজিক কবি ওইবে?

মপুবোইবা লৈখিদবা চহি ফাদে অদুক যাম্বা সম্পতি যুম ঈংখোল লোইনা মুৎখি মচানুপা তোম্পোক্কী স্বাবগী পোম্বাদা। মচা নুংশিবনা মচানা তৌবা থবক অমত্তা "ফত্তে তৌনু" হাযনা খাম্বা ঙমদে। যুম ঈংখোল যোনবা মতমদা দোলালী ওইনা অতোং অবেম খবা কান্নজখি বানীগী মপাম। শজিবু কাং শান্নফম সংগোই শাবী শানৌশিংগী খোঞ্জেলনা নিল্লম্বা সংগোই, মেবা থা চূপ্পা কমলা চম্প্রা ছোলোম নবাবনা চীংমুক ৱাংনা পৈ। হরি নাম কথা কীর্ত্তন হরি ধবনীনা নিল্লম্বা সংগোই নিনখিদ্রে মুৎখ্রে শিদোকখ্রে।

হৌজিক লৈনবিবা অপীকপা ঈংখোল খোযবেন অসি তাফম মযুম ঈংখোল যোম্ব্রোক্লগা লেপশিনবা। ঈংখোলসিসু তংখাই অমা যোম্বোকখ্রবনি স্বাবগী পোম্বা কোক্লবা।

পূম্নমক অসিগী দাযী মমৌনুপী বানীনি মচানুপা নাতোল্লং বিব নত্তে মাদি সবুক যাম্না ফবনি অপঙবনি হাযনা মমৌনুপী হেক উবগা ঙাঙই- "নুংশিদবাইসি নুংশিদেকো। মশক অসি হেক উবদা তবেৎনি চফম হল্লি।"

মচানুপী ইবেতোম্না কযা খান্নবনি ঙাঙুবনু হাযনা যাদ্রবনি বানী অহানবদদি চিন্দা পাউদানবম্মী হৌজিক্তি চিন্দা পাউদাননা খুমদ্রে । পূম্নমক তাববসু নাপঙবী ওইবে মীনা হংলগা খুম্মী মনেম্বোক পেং চোইবে। অদুবু মবক মবক্তা খানা যেংদবদি নত্তে।

লৈকাযনা ঙাঙনৈ "নুংঙাইবম্বদগী নংথবকপদুদা ঙাউবে ।" বানী পোদোন থাঙ্গত্তুনা চাকখুম চঙখ্রে।

ফি ষম্থি তাল্লুবগা ইবেতোন হাথু হাথু চঙলক্তুনা পোদোন থাঙ্গৎকে যেংলুবদা থাউ যাওবমদ্রে। মমাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা-

"ইমা থাউমৈদা থাউ যাওদ্রে পৈশা পীবকউ লৈকগে।"

"পাই নাতৎপী অমা ফাও লৈতেনে। লৈবফাও অমম্বসিদা কনানা লৈকনি দুকানসু অনকপদা অমত্তা লৈতে, ঐসু হকচাং ঙমদে।"

"লৈবু লৈববদি পীবকউ ঐ হেক্তা লৈকগে।"

"য়াদেনে লৈশাবীনা অমম্বদা অহিংদা। শেলসু লৈতেনে, অদুনা ফিশিংসি হযেং কানিযাদা য়োন্দবা য়াদবনি।"

"কবম তৌনি অদুদি?"

"উচান মচেৎ মকাযকা অমা ফাওবা লৈত্রববা?

"মচেৎ অমদি লৈবি-সন্ধ্যাগী ধুপ থাউমৈ কৎপা কোন্নখিদ্রা খঙদে।"

"অদুদি ধুপ থাউমৈ হান্না কখোকউবো। খুৎলৈ থুবকউ কবম তৌসিগে খন্নসি।"

ইবেতোন ধুপ কন্বীদা ফুঙ্গাদগী তিকি অচাকপদু হাপ্লগা মথক্তা ঘী তোৎলবা মেক্রুক মকুপ চাইশিল্লগা মৈখু ব্রা ব্রা কাববা ধুপ কন্বী মখুৎ নামনা পায, মখুৎ নাম অমনা উচান মৈবা পাযদুনা তুলসিবুং বৃন্দা বানীদগী হৌবগা মাঙ্গোল দাবী মযায থোঙজিন ফুঙ্গা লাইরু লৈমবেন মথং কৎলল্লগা অবোইবদা লাইনিংথৌ সনামহিদা সন্ধ্যাগী ধুপ থাউমৈ কত্তুনা খুকল্লগা পন্দনা মমাগী মনাক্তা লাকখি। লাইনিংথৌ খুকম্বা লোইবদা উচান মৈবা তুমখ্রে।

মমানা যাম্না তপ্না মনম্মা তাহন্দনা হাযবকখি-

"উচান মচেৎ মকায অমা ফাওবা লৈত্রববা?"

"লৈত্রে ইমা।"

"নহানগী মৈনম উতোংদুদি?"

"ঙবাং মৈ থাদোকখ্রদুদি।"

অদুদি শুম তৌবসি-

"মখোযগী পোদোনগী মঙাল খব ফংলিঙৈদা চাক্তদি চাহৌসি খুৎলৈ থুবো। যেস্রাং থোংলনুসি আলু খবা ঙানশিল্লো। মোবোক খবা কাহল্লগা ঙাবি মতৎ অমগা লোনববা মেৎপবা হেক্তা চাবসি।"

মমানা হাযবা মতুং ইন্না ইবেতোন ফুঙ্গাদুদা অদুম চফু থাঙ্গত্তুনা চেঙ মেকক লী খোপ্পী অমা শূবগা আলু আবেব চাইবী মঙা তকক ঙানশিল্লগা উনা অকংবনা শীং ওইনা যাংঙদুনা চফু শৌখ্রে।

মতমসিদা বানীখোই ইমুং মপা মচা মখোয অহুম নুংদাংগী চাক ঈশিং চাবা থকপা লোইদুনা মপা মচা অনী তুমখ্রবা তুংদা কোল্লিক ফেঙ, ব্রাইবম শেংদুনা লৈহৌবী বানীনা কোল ফেঙনা ফেঙনা যেংথোবকপদা আলু অঙানবগা মোবোক অকাবগা ঈবোনবা লোইদুনা পূখম অমদা চাক থিদোক্লগা মনেমবোক্তা মচন্নুপীগা পূন্না চামিন্নগদবগী তৌবিবা অদু উবম্মী।

লৈমতোন ইবেতোন অনীনা চাক চখোম অমমম লাইগী মীংখৈ শোন্দুনা হুক্কদবগী থাঙ্গৎলকপা মতম অদুমক্তদা ফেগুলিবা কোল অদু মখোল থোক্লা ঈন্থোক্লগা শ্রেং শ্রেং "কনানবু গুমজক্কগনো হযেং অযুক ফেগুলগা লোইবে" হাযনা হাযনা ফুক হৌগৎলগা পোদোন অদু ফুৎ মুত্থৎখি।

সোনা

২৪।০১।২০১৩

১৪

# মমাক ইবুংঙো

লাইবক ফবী দবেন্দ্রগী মচা নুপী থাদোইনি, ইনাক কৈবাক খুনবা অচৌ-অশাং কোল্লুপ্তা পোকপীনি ঈনখৎলকপা মতম্গী মতৌ লৈনা ফজৈ মীনা কৌনৈ মাবু লাইবক ফবী।

লাইবক ফবীনা লোযনবী লৈশাবীমচা অনীগা হিন্দি তম্নবগীদমক যাইস্কুল লম্বীদা নুংথিল মোইবাংখোম লৈপৃং স্কুল তান্না লাকপদি খ্বাই মীযামগী কুম্মৈনি মিৎযেংফমনি।

লাইবক ফবী চৎলী লেঙবোই লেঙদবোই মখোঙ থাংবোই থাংদবোই। মতুংদা ইন্নবি পাখঙ মচা সঙ্গু অমা লাইবেন মতুং ঙা ইনবগুম কাঙলুপ মবি মঙা থোক্লা। নোক খেবী লোন্না ৱাবী শাবি, খুদোম্বীনা থিন্নবি ফাক ফাক নোক্লি।

তুং ইল্লিবা কাঙলুপশিংগী লক্তা মাঙ থংবা কাঙলুপ্তা যাওবী লাইবক ফবীগী মিৎযেং অমত্তং ঙাইজবিবা নুংশিগন ঙাংবম ইবোতোম্বী।

লাইবক ফবীবু নোংমতং উহৌদবদা লৈফম খঙদে ইবোতোম্বী হাযফম খঙদনা খোযবাং খোযশাওনৈ। মানা মহাকপু উবা-উদবা বেবা লৈতে মহাক্লা মাবু উজবা অদুতনি মহাক্লা পামজবিবা।

ঙসিদি অহুন্নক শুবে, মঙাবক শুবে, অমুক্তা ঙাযবি উবা, শুকউ উদ্রি হাযবসিনা মাগী পাউখুম্নী হেক হংলুবদা। নোং-ফাদোক মানা যেংথোবকপদা তান চাকদুনা মহাক্তা মিৎ চানকব্বদা মানা খোযকম তৌখিবা নত্রগা খা-না যেংলকপা লাইবক ফৈ খঞ্জবিবনি নুমিত্তো।

নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক অঙনবদগী চাকচমাঙ ফাওবা নুংথিলদনা নুমিৎ যুংবা মতুংদগী সন্ধ্যা য়াচঙবা ফাওবা যাইষ্কুল ছোবোক্তা ব্রাংলবা লৈপলনা কোযশিল্লবা লাইবক ফবীগী ঈংখোল মপাদা হঙ্গৎ-হন্দা লৈপল ব্রাংমদা ঈংখোল নুংদা যেংবনা মাগী তঙ'ই ফদ্রবা মথৌনি।

ভাবকী দলান্দি ফন-যাম্না ব্রাং চাউবে ফজবে ফজবে ইবোতোম্বী। লাইবক ফবীনা মাগী ঙকশমদা কুন্দো পবেং হুকপীবা নুমিত্তা মমাক ইবুংঙো মিংথোল ফংগদৌবিবনি। ইবোতোম্বী ভাবগী কুন্দো পবেং লেংবা হৌখ্রে।

সাব চুবাচান্দ মহাবাজ অমদি মজাইবুংঙো বোধচন্দ্র মহাবাজগী আমোন্দদি মমাক ইবুংঙো মিংথোল ফংলবদি সমাজদা লেমজনিংঙাইনি সঙ্গ লৈবা অচৌ-অশাংগা নক্ল বা মীনা শকখং মাযখংবিবা ঙাক্তনি। সভা তিনবদা মমায ফৌবামুক পাকপনি।

লৈবাক্কী শিংথানবিবা অচৌ-অশাং অয়াম্বা মমাক ইবুংঙো ঙাক্তনী, সনা কোনুংগী নিংথেম কির্ত্তনগী অশীন-অবাংনী, কাক যাএাগী বেশম ফুবিৎ লিৎপা খামেন চৎপা ফৈজোম শেৎপা অকল অথৌনি পানা হিযাং তোংবনি। কনাগুম্বা মমাক ইবুংঙোদি ঈশৈ শুকহে হৈত্রবসু নাম সংকির্ত্তন পালাগী ঈশৈ হনবা ওইবিবনি।

লৈবাক্কী থৌপুবা অঙম্বা কযা মমাক ইবুংঙোশিংনা ওইবগুম মমাক ইবুংঙো ওইববদি লাল্লুপ কাবা পোথাং পুবা আমিন যাইবেকপনচিংবা লৈবাক্কী থৌ কযাসু কোকই। অদুনা মমাক ইবুংঙো ওইনবগীদমক স্নাখ্বাগী সনা ক্বাগোক্তা শেল হান্নবম্মী।

"ইমা সনা ক্বাগোক হানবীব্ববা?" ইবোতোম্বীগী ব্রাহংনি হন্দক মবক তত্তনা হংলিবা ব্রাহং।

"নশা মতীক চাদ্রি কান্নবোই, লাইবিক লাইশু তমদুনা মতীক চাবা মী ওইখো" - মপা মমাগী পাউখুম্নী।

ইবোতোম্বীদি কমদৌবি?

লাইবক ফবীগী ব্রাখন্দা উংদুনা লাইবিক লাইশুদা খোযজংদ্রে। মশাগী চহি ১৮ চঙলক্লে পাখঙ মচা ফাবক্লে লাইবিক্তি ক্লাস সেভেন লীৎখৎপা ঙমদ্রি আইট থৌদ্রি মবিবক শুবে ফেল ওইবিবা। চহি অসিদনি মানা মমাদা সনা ক্বাগোক্কী ব্রা কন্না তকশিনখিবা হন্না হন্না হংজল্লবদুদা খুম্ফম খঙদ্রবা মমানা খুমখি.- "হানখ্রে হানখ্রে চহমনি ময়েক ওইনা ঙৌবোক ঙৌবা।" মচানুপানা হায়মনবদগী খাঙবা ঙমদদুনা স্নাখ্বা পুবেনগী সনা ক্বাগোক হাল্লুবনি। মপাগা মমাগনা চহী কুল হেন্না তুংশিঞ্জবকপনি। খ্বাইগীদি য়াঙ্খে চাম হান্নবনি লাইবক ফবীগীদি সমাজদা স্নাখ্বা পুবেনগী থাক যেংদুনা চহুম হাল্লুবনি, যামদে হায়হৌবিবনি।

সনা ক্বাগোক হানবগী পাউ য়েন্নখা পাউদাবা শাইজিন পোল্লিবীনা নাকোং অমদগী নাকোং অমদা মথং-মথং শন্দোকখিদুনা লৈকায ছবা ছনখবে, লৈকায়গী মমান্নবা হাযনী-হাযবোই খঙদবা হাযঙম তৌঙমদবা ক্বাক ইবোবী যৌখ্রে খঙদ তাদবা লৈববোই।

সনা ক্বাগোক হাল্লবা মতুং নিনি কোনবা নুমিত্তনি ইবোতোম্বী অযুক অঙনবদগী ছোবোক্কা তাযনবা লৈপলগী মকমদা লৈবক্লীবা। লৈপল মতোন খবা নেমথবা মপাদা মকোক লীৎখত্তুনা সনা সঙ্গাইবোমদা অমুক যেংই অমুক লৈথদুনা লৈপল মকমদা লোত্তুনা লৈ। অশুম্না শ্রীশ্রী মদনমোহনজি মন্দিব মাঙবলোমদসু যেংই, থাক্রে সঙ্গায শুমাং হৈকোন লৈকোন, লৈপল মনুংদা লৈবা ব্রাইনু কাঙনা চাক্তাবিবা থাঙ্গপাৎ মিৎনা উবা ফংবা মফম অমত্তা চিৎথদ্রে অদুবু উবা ফংদ্রি।

ঙসি হুম্নী শুবে মাবু উবা ফংদ্রিবা ইবোতোম্বী লৈফম খঙদে। সনা ক্বাগোক হানবা নুমিত্তে নুংথিল যাইস্কুল ছোবোক্তা চৎখিদ্রে লাইবক ফবী কাবকখিদ্রে লৈপুঙ স্কুল, উখিদ্রে পাখঙ সঙ্গু লাইবেন মতুং ঙা ইনবা। মওল মওল খল্লি ইবোতোম্বী সনা ক্বাগোক হাল্লি হাযনা ব্রাবৌব্রা?

অযুক চাকচমাঙদুমা নামৎ শিত্তুনা তোক্লে। উবা ফংদনা নীংবা কাযনা ময়ুমদা হনখিবম্মী। ব্রাখল ফুম্বংনৈ চাক চঙদে মহাও খঙদে। হোবে হোবে চখোম অমত্তং শাযবোই যোৎপোই তৌবগা মখুৎ হামদোক্লে। উবা ফংদবগী নুংনাংবনা লৈফম চাফম খঙদ্রবা ইবোতোম্বী নৌহৌনা যাম্না কেনা ফৈজোম শেৎ ধাক্যাৎ পূমযাৎ লীৎ কোনা মচুগী পমসু অমা তোং মুগা ফি মপাল চনবা বানাবসি অমা খাউওন ওন্না ইন্দুনা নুংথিল অমুক থুংলবে স্নাখ্বা পুবেনগী লৈপল মকমদা শান্নবে। মকোক লীৎখৎ লৈথ লীলা।

অশুম্না নুংথিল চূপ্পা হৌখিদুনা শ্রী শ্রী গোবিন্দগী স্বাল আবতি তৌবক্লে স্বাল আবতিগী শবিক খোঞ্জেলনা পূমনিল নিল্লি- শবিক মখোল তাবদা ভক্তনা শোল্লকপা "জয শ্রী বাধা গোবিন্দ" হাযবা হবি ধবনিনা নিল্লি।

নুমিৎ চূপ্পা অমা অযুক্তগী নুংথিল নুমিদাংব্রাইবম ফাওবা লৈপল মকমদা লৈবিবা ইবোতোম্বী খ্বায মীযাম্না থোইনা যেংনবমদবা থৌশানবমদবা অদু যাইস্কুল ছোবোক্তা নুমিদাংব্রাইবম মী তিনবা হেঙ্গৎলকপগা লোযননা খ্বাইগী মিৎযেংফম ওইব্রক্লে।

যাইস্কুল ছোবোক লম্বী অচৌবা নুমিদাংব্রাইবম নুমিৎ খুদিং হব্রাচাবা চৎপা মীনা হল্লকপতা নত্তনা ঙসিদি শ্রী শ্রী গোবিন্দগী স্বাল আবতি য়াওকবগা হল্লকপা ভক্তশিং, অফিস কুম্লকপা বাবুশিং হযিং খোঙবান কালিমাই মন্দিবগী অব্রাং পুলিস লাইন

পেবেদ গ্রাউন্দদা বাইটন কপ টোর্নামেন্ট যাওকনবা টিম খনবগী ফাইনেল খেটচ টাউন ক্লবকা ইম্ফাল ক্লবকা অনী শান্নবা যেংলুবা ভাবক মযামসু হন্নবকপা এতাঙ থোক্নুনা ঙসিদি ছোবোক অসি মীনা থল্লে।

ঙসিদি লৈবাকপোকপা নুমিৎনি -নুমিৎ অসিগী নুংথিলদা সিফাই কাপ্তাইববা গুরুং চৌকিদাব গেট কিপবনা বেগপাইপ খোংদুনা গেটতগী সঙ্গাই ফাওবা হঙ্গৎ হন্দা তকক তবেৎলক চৎলি অদুগা পুবেন্দগী বকসিস লৌই। মদু য়েংবা কথা অমসু ঙসিদি গেট মযাদা তিল্লি। ইবোতোম্বী মী অদুক য়াম্না তিল্লিবদু কবিমত্তা খঙদবগুম তৌই, ঙাঙনা শান্নবিবা লাঙলিবা অদু তাদবগুম তৌই। লৈপল মকমদা মঙক লীৎহৎ লীৎথ তৌদুনা অদুম লৈ, মুকুম মুকুম শোল্লি- "কদাযদা লৈবিবা?" মীনা হংলকপা অমত্তা খুমদে। হযিং খোংবাল অরাং পুলিস লাইন এস এম পি (ষ্টেট মিলিটরি পুলিস) পেবেদ গ্রাউন্দা শান্নবা হোকী মেটচ যেংলুবগা হল্লকপা ভাবক সঙ্গু সঙ্গুশিংগী মবক্তা পাখঙ মচা সঙ্গু অমদা ইবোবী ক্বাক যাওবি। মখোয হোকি মেটচতুগী এবেঙ্গ ৱাবী শানা শানা লাকই মখোযগী মবক্তগী অমনা হাযবকখি "ঙসাই টাউন ক্লবকি লেপ্ট ৱিংদগী পাস তৌবকপা বোলদো ফজৈকো।"

"মদুনা টাউন ক্লবকী অহানবা গোল চনবনি।"

"লেফট ৱিং শান্নবিবদো মণিহাবনি।"

"লেফট ৱিংদা মহাকুমনা ফজনা শান্নবা প্লেযব পঙলৈ লৈত।"

"এটৈক্তি ইম্ফাল ক্লবসু ফন-যাম্না তৌইকো?"

"অদুবু টাউন ক্লবকী বেক্তুসু ঙাকইকো বোল অমত্তা মঙোন্দগী লীখৎপা ঙমদে।"

"বেক শান্নবিবদো ওঝা বাকুনীনি উবাক থোঙনি হাযনবিবনি।"

অশুম্না ৱাবী শান-শানা ল্যাকপনা যাইষ্কুল ছোবোক্তা মীযাম লেপ্পুনা যেংনবিব মপাদু যৌবকপদা ইবোবী ক্বাক্লা য়েংলকপদা ইবোতোম্বী উবদুনা লাউনা হাযবকখি

"যে সিদি মমাক ইবুংঙো ইবোতোম্বীনি মানা তৌবিসি মজাইবেম্মা লাইবক ফবী কোযবিবনি হাযদুনা তৌবিবনি যেংউ ঐ তৌগে" অসি হাযবল্লগা মাঙদা চঙশিনখিদুনা ফোংনা হৌবপ্না হায়বকখি-

"কৈনো ! মমাক ইবুংঙো ইবোতোম্বী কবি তৌবিনো ? লৈপল কিম্মুদুনা থাঙ্গবাৎতা তাবনিনে?"

মানা পামজবা মিংগৌনা কৌবকপা অদুদা হবাওদুনা খোয়কম তৌ অদুগা কুন্দো পবেংসু হুকত্রিঙৈদা কৌবক্লিবা অদু মাবু লঙনবিবনি খঙদুনা খবা শাউবগুম মমায ঙাঙলপ হন্না যেংলগা "তা ইবোবী মসি ঐ শিদগুম" হাযনা শুক শুক নৈশিনখ্রে।

ইবোবী মখা তাবকখি-

"খঙগে খঙগে থিকনু ফংঙবোইনে, যাম্না শাওই হাযবনি, নশক্তো য়েংনীংদে হাযবনি-লীশিঙ হেন্ন হান্নববা কানশিদা চহুম্না কৈদৌদৌবিনো?"

"তা ইবোবী অওইববা?"

' অওইবনিনে। চহুমদুফাও শুনা ফংদে হাযনবনি। ইমাদা হায়যু সনা ক্বাগোক মপুক থলহল্লু হাযযু মমাক ইবুংঙো শোযজনি।

ক্বাক ইবোবী ইবোতোম্বীগী মতৌ যেংদুনা ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈবক্বগা মখা অমুক শমথবকখি-

"তাবিব্রা মমাক ইবুংঙো।"

"নঙনা লাইবক ফবী কোযবিবনি হাযদুনা তৌবিবসিবু লৈপূং ক্কুল চৎপদা লাইবেন মতুং ঙা ইনবগা লৈপল মকমদা কেকু লোৎপী শান্নবা অসি থক্তবা?"

"নঙবু মাগা উনদুনা ব্বা অমত্তা হাযনদ্রিববা?"

ইবোতোম্বী খুমদে।

"ঐ নঙবু নুংশি চেল্লসি, লুহোংলসি ককা অমত্তা হাযনদ্রিববা?

কবি খুম্লকই।

ইনে, ইতৈমা থাদুনা হংহল্লুববো কবি হাযবকই ?"

সঙ্গাই মাঙ্গোলদা লিক্কোল কযাবক শান্নখ্রে সঙ্গাই শুমাংদা যাওশং থাবল কযাবক চোংখবে লাইবক ফবীগা ফম্মীন্নদুনা লিক্কোল হুনবা, খুজেং খুজেং পাযমিন্নদুনা থাবল চোংমিন্নবা অমুক্তা ফাওবা তৌদ্রিববনে হৌজিক ফাওবা?

খুম্মুনে মমাক ইবুংঙো অমুক্তং ফাওবা উনদ্রিববনে ?

ইবোতোম্বী মমায ঙাংলি ঙাংলি তুমীন্না লৈ খুমদ্রি মবুক্তদি মওল মওল খল্লি-মাগী মশক নুমিৎ হুম্নী চুপ্পা উদবগী খোয়শাওনবা ফত্রি।

কাক ইবোবীনা হায়বিবা পূম্বা অদু মানা অমুক্তা তাদ্রিবা ঙাক্তনি।

ইবোতোম্বী ব্বাখলনা উংই, মুকম মুকম শোল্লি- "অস নুংশিনবা হাযসিদি থবক যাম্না চিনজাৎনিনা । তা ইবোবীনা হায়বিশিং অসিদি ঐদি অমত্তসু খঙদে শীনবসু হৈবোই পাঙথোকপসু দাই লৈতে। উবতদা ঙাওজবিবা উদবদা লৈফম খঙদবা ঐনা কমদৌনা কদাইদা উনদুনা ব্বাবি শান্নদৌবিবা কমদৌনা খুৎকা খুৎকা পায়নদুনা থাবল চোংদৌবিবা? মশক্তা উবদা ঙাওবিবা ঐনা কমদৌনা লিক্কোল শান্নবদা ফম্মিন্নদৌবিবা?

থবকশিং অসি অমা ফাওবা তৌদ্রি হৌজিক ফাও উনদ্রি ব্রা অমা ফাও ঙাংনদ্রি হায়বদি ইকাই নিংঙাইহনি।

"তা ইবোবী উনবে হায়নবে য়ানবে।"

"অদুগা কবিগী লৈপল মকমদা কেকু লোৎপী শান্নবিবা?"

"নুমিৎ হুম্নী শুবে উদবা অদুদা উনিংদুনা তৌবনি শুম।"

"খঙদে খঙদে, হায়দে হায়নী মুন্না তাউ - চীংঙা মথক্কী নহা অদুদি নহান উনখ্রে বাকনী মমাঙদা চেনববা চোংববা অমা তৌনি হায়নবনি চেকশিঞ্জো মমাক ইবুংঙো শোযজনী।" অসি হায়বন্নগা ক্বাক ইবোবী চৎখ্রে-ইবোতোম্বী লৈপল মকমদা অদুম লৈহৌবি।

ক্বাক ইবোবীনা হায়গুম্মদনা হলংকাব মতুং নোংমা কোনবা নুমিত্তা সঙ্গায় শুমাংদা থোগ লীলা শান্নে। লাইবক ফবী নোংপোক ওন্না মমাঙদা ফমদুনা যেংই। মমায নোংচুপ ওন্দুনা ফম্লিবশিং অদুগা মাযোক্নে। মখোযগী মবক্তা ফমলি মাবু মিৎকুপ্পুনা যেংলিবা খ্বাযনা মমাক ইবুংঙো হায়না হেক হেক লঙনবা ইবোতোম্বী উবদা লৈপল মকমদা নহান মানা তৌবদু নীংশিংদুনা নোকফেৎ তৌবম্মী। ইবোতোম্বী লুতোল শাৎনা হবাওই থোগ লীলা অদুগী খুত্তা মচাগী ফাগীদা লাইবক ফবীনা হবাউনা নোকপা উবদা ইবোতোম্বী নুংঙাইবনা লুতোন শাৎখি। মযুমদা হল্লগা নোকমি নোকমি ফমুং চঙখি।

মথং নুমিৎকী অযুক্তা ইবোতোম্বী মফি মবোল নান্না- শেৎ যাম্না কেনা নোকমী নোকমী লৈপল মকমদা যেংলুগে থোবকপদা লৈম্বীদা লৈবম্না অঙাং নুপা মচা -নুপী মচা খবনা মাবু উবগা - "কুন্দো পবেং কোঙ্গোই তৎ মমাক ইবুংঙো কাপ্লাইবা"- হায়না অনিবক অহুন্নক হায়বগা কন্না কন্না নোক্লম্মী। কবি হাযবিবনো হায়বা মুন্না খঙদ্রবসু মাবু লঙনবে খঙদুনা মচীন থীনা চৈদুনা অঙাংশিংদু তানখাযবম্মী।

শাওনীং -শাওনীং লাকপনা যাইস্কুল ছোবোক তাবক্তুনা সঙ্গাইগী লৈপল মকমদগী যেংখিবদা সঙ্গায় শুমাংদা মী খবা তিনবা উবে যাম্না শাউনা পোৎচৈ লঙখাইবিবদু ম্লাখ্বা পুবেন ওইবমাল্লে।

থিন্দনা সঙ্গায় শুমাঙদগী ফৈজোম শেৎপা নুপা অহুম অদু গেটলোমদা ব্রাবী শাব-শাবদুনা থোবকখি।

"ম্লাখ্বা পুবেনগী মতৌসিদি।"

"পঙশাওদা শাওই ব্রা ঙাংনবা যাদে।"

"মজাইবেম্মাদুবু শিবে যুম মাংঙে হাযহৌবিবদুনি।"

"সঙ্গাযদদি হোঙলোইদৌবি কমদৌসি হাযবা।"

যুম যৌবগা খন্নবসি।

নুপা অহুমদুগী মনুংদা অমদি চীংঙা মথক্কী নহা অদুগী মপানি হাযবা ইবোতোম্বীনা খঙুখি "ইস লোইবেদনা?" খোযবাং খোযশাওননা তৌফম খঙদনা লৈবিঙৈদা তুংলোমদগী ক্বাক ইবোবীনা হাযবকখি।

"লৈপলদো কিন্থবক্লনি লুম্মুবনু কান্নদ্রে উবা শুকফং ফংলবোই ইবুংঙো।

কুণ্ডো পবেং কোঙ্গোই তৎ।

ঐনা হাযদ্রা চীংঙা মথক্কী নহাদুগী ব্রা নহাদুদনে লাইবক ফবীনা ঙবাং চেনখিবা।"

লাইবক ফবী চেনখ্রবসু মনাও নুপী মজা ইবেম্মশিং অশুক যাম্না লৈবিসিদি। মমাক ইবুংঙো কুন্দো পবেং মথং মতৌ লৈবীদা ওইনা হুক্লসি মশক ফজবসু মানা হেল্লিদা লাইবক ফবীদগী হন্দক্তি কুণ্ডো পবেং কোঙ্গোই নাঙ্খোক্তনবা হোৎনবসি। লৈপল মকমদা লুম্বা তোক্লসি কবি হাযবগে মমাক ইবুংঙো?"

নাতোন শুমাং হুমাং মবিক মবিক কাববা ইবোতোম্বী ক্বাক ইবোবীগী ব্রা তাবদা কবি পাউখুম পীগদগে খঙদে? মমায ঙাংলপ নুংশা মপী অমা হোল্লগা লৈপল মকমদগী খোবক্লগা শোন্থাংননা হাযবকখি- "অদুনা ফবদ্রা তা ইবোবী?"

অঙাংদি ওইবিনা চহী তবামর্বী বোমদং ঙায়বমখিনি।

"অদুনা ফববনে নখুৎচানা শেমজবা যাবেদনা।"

"চহি তকক তবেৎতি ঙাইবা তাবিবা।"

"ফবেসে তা ইবোবী মদুনা ফবে।"

খুদক অদুমক্তা মানা লাইবক ফবীদা খল্লম্বা ব্রাখল নুংশিবম্বা পুম্বা মতৌ লৈবীদা পুল্লপ হৈজিনখি।

অদুবু লাইবেন মতুং ঙা ইনবা লৈপল মকমদা কেকু লোৎপী শান্নবা অমদি মথন্তা পঙখন খঞ্জবা নত্তনা অতৈ উপায অমত্তা খঙলমদে। হায়নীংবা নুংশি নুংশিবা ব্রা হাযদুনা চিঠি অমা ইবগা পীখো হাযদুনা ক্বাক ইবোবীনা হায়দুনা ইবা চিঠি পীফম খঙদদুনা মাগী ফুবিৎখাওদা যাওদুনা লৈবকপা চহী অনী হেল্লক্লে? মবক মবক্তা মানা লৌথোক লৌথোক্লুনা পাবদগী চিঠি অদু মপান ইতৎ-তৎলে।

অশুম্না চহি মথং মথং হৌখিদুনা লাইবক ফবিনা চেনখিবা মতুং মঙা শুবা চহিদা মতৌ লৈবীসু মানা নুংশিনজবা পাখঙ অমদা চেনখ্রে। ইবোতোম্বীগী কুন্দো পবেংসু কোঙ্গোই তংলে।

অশুম্না কুন্দো পবেং তকক কোঙ্গোই নাম্থোকখ্রবা মতুং লাইবক ফবীগী মনাও খুৎ তবেৎকী অতোম্বী ইজ্জৎ লৈবীগী পালি যৌবকপদদি "মমাক ইবুংঙো" ইবোতোম্বী চহি হুম্ফু হেনখ্রে মপোক থোক মযা লাংলে। মমাক ইবুংঙো ওইবগী মবুক তহি তহি কংবা অদুতা মঙাইবে।

মতম্না কনাবুসু ঙাইবিদে হাযনা হাযনা ইজ্জৎ লৈবীসু মপৃং মবৈ ফাবদুনা মানা নুংশিজবা নহা অমদা চেনখ্রে লুহোংখ্রে। মমিদা খৌশাবা মমাক ইবুংঙোগী তবেৎ শুবা কুন্দো পবেং কোঙ্গোই নাম্থোকখ্রে।

অদুবু ক্লাক ইবোবীনা থোনখিবা মিংথোল লেম্না মাঙখিদ্রে। নুপী অঙাং খাক্তনা মী পৃম্বনা মাবু মমাক ইবুংঙো হাযনা খঙনৈ। মমাক ইবুংঙো হাযনা কৌই। নিংথেম কীর্ত্তন্দা, মমাক ইবুংঙোশিংনা মাবু মমাক ইবুংঙো ওইনা শকখঙদুনা কীর্ত্তনগী থবক শীজিন্নৈ। মমিদা খৌশাবা ওইববসু তবেৎকী নুপানি। মঙোন্দা হংলুববদি তবেৎ অদু কদাযদা লৈবগে খুন্নক্কনি তবেৎকী লৈফম। ইবোতোম্বীগী মিং মুৎখ্রে মমাক ইবুংঙো মাগী মিং ওইবে।

১২।০৩।২০১৩

## ১৫

# পোৎলোই শেৎপী

"ঐদি ঙম্মোই হাযবিসিনি ইমা।"

ঙসাই অযুক্তা -ঙসিদি পোৎলোই শেৎপী ফজবী অমা পুবকপা তাবে মিং পেন্না যেঙ্গেদো হাযনা মঙোন্দা ফাগী তৌকই। মানা নোকমী নোকমী খুম্নকখি। "পোৎলোই শেৎলবদি নঙসু যাম্না ফজনিদা।"

ঈংখোল লোন্নবা যুমথঙনবা যুমলোন্নবা লৈকাইগী ইবুংনি হৌমিন কামিন্নবকপনি অঙাং ওইবিঙৈ 'চাকথোংবী' শান্নবদা ঐনা মমা শাবগা মানা মপা শাবনি।

পুম্নমক হোত্রোং হোনা উনবিবনি। অযুক্তা ফাগী তৌকবগা নুংথিলদা ঐবু পোৎলোই শেৎলু পোৎলোই শেৎপী অদু ঐবু ওইযু হাযবিসিবু কবিগীনো ? ঐদি ঙম্মোই হাযবিবসিনি ইমা।

"ঙমদবা য়াদবনি ইবেন্মা মায ঙাক্কদৌবিবনি মহা পুণ্যগী মশক্কি।"

"পুণ্য ককা পামজদে, ঐ ঙম্মোই শুকঙম ঙম্মোই।"

"ঙমদবা য়াদবনি নপাবুংগা মখোই পাবুংগা ৱা তুপন্নখ্রবনি। নপাবুং চোপ্লা যাবা নত্তে।"

মপাবুং অনী ৱা তুপন্নখ্রে হাযবা মমাগী ৱাদু হেক তাবদা ইবেতোম্বী ঘোব খংহন হেক হৌদ্রে, পি ঈবা চেন্না কল্লপ্না হায়বকখি।

"মায ঙাক্লবসিবু ঐ নত্রবদি লৈত্রববা ? ঐগী ব্রা তাদনা ঐঙোন্দা হংবীদনা হেক্তা ব্রা লোইথোক্লবসি চুম্লবা ?" মবুক্তা খনখি - "ঐ অঙাং নত্রে ঐগীসু হাযনা শীংনবা লৈজে হায়বা মখোয খঙলিবনি?" মুকম মকম শোল্লি ঐসিবু লাইফদিবীনি হাযনা খনবীববা? ঐসিবু ? - কনাদা পাউ যৌহনখিদগে ?

মচানুপীনা মুকম মুকম শোনবদু তাবদা পাখৎলবী মমানা মপাবুংদা তম্মুবে। মপাবুং চঙলক্লুনা যাম্না তপ্না নুংশিনা হায়বকই - "ইপাগী ইবেম্মা তোম্বী ইবেতোম্বী? ইচাদি মবম ওকপী ইপানা হাযবা ইনবীনি। ইপানা হাযবা ইন্দবা তৌবোই শোযদনা যাবক্কনি খন্দুনা নংঙোন্দা হায়া হংলমদনা ব্রা তূপথোক্লবব্বনি। ফিভম্না যাদদুনা তৌবনি। নপাবুং অসিগী যেংদুনা তৌবনি।"

মীযাম মমাঙদুদা মাদি ঙসি পুমসি শিববনি। মুশিন মুনা কাহৎলবা মাযথোং অদু যেংহৈদেদা।

"শিববা মহাকপু নঙনা অমুক হিংগৎহল্লবনি, মুশুক মুনা কাহৎলবা মাইথোং অদু নোকমি নোকমি তৌজববনি নঙনা মমায় ঙাকপীববাদুদদি, মহা পুন্যগী মশক্লী। মহাক্লা নুংঙাইজবা অদুগী শক্ক চামা হেন্না ঐনা নুংঙাইবিবনি মবমদি মপা মমা নীংবী হায়বা ইনবী ইচানুপী লৈবননি। হাযদোকখ্রবা ব্রাদি হোংবা যাদ্রবনি খঙলেদনা?"

মপাগী ব্রা তাকব্বগা ইবেতোম্বী মবুক লাঙবা হেনগৎলি জাৎ-জাৎ খল্লী। অমুকসু মপা-মমানা হাযবা ইনগে খল্লি অমুকসু খংশাও শাওনীংই কবিগুম্বা লম হেল্লুববা মপাগী মতৌ যেংবা ঙল্লোই পুক্সি চুপ্পা কাউবা ঙল্লোই। তপ্না তপ্না মতমদি হৌখি-ফিবম্না মতম্না হাযবা ইনববোমদা লৈশিল্লকখি-নুংশা মপী অমা শাংনা হোল্লগা খঙহায় হাযবকখি ইবেতোম্বী-"ওম্বোক্লা লৈবাক মচা তাখিদ্রেদা ইবেচাওবী নঙসে।"

ইবেচাওবীনা চাউববু পামজদে য়ানিংদে হায়বসি ইঙ্গিতনা ঈবাংনা কযাবক হন্না খঙহনখ্রবনি। অদুবু মবম ওকপা চাউবনা থৌওইনা খল্লুদে মপানা হাযবা ইনবনা মরু ওইবা মথৌনি খনখি।

চাউবগী মপা কুমাবগা ইবেচাউবী মপা মনিগা অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা য়াম্না চান্নবা মকপ্পি মচা নুপা নুপী পোক্লববদি থাজ য়োঞ্জবা তৌনদুনা ঙাইশেল ওইনসি হাযনা ব্রাশক্লখি। অদুনা ইবেচাউবী হেক পোকপগা চাউবদা থাজখ্রবনি। অদুনা মখোয অনীদি হায়নখ্রবা ব্রানি হায়দুনা মচাশিংগী ব্রাকা থৌওইখিদ্রবনি। অনীমক "ঐনা হায়বগা লোইবে" হায়দুনা লৈখ্রবা ঙাক্তনি।

নুমিৎ অদু অয়ুক্তগী হৌনা কুমাবগী শুমাংদা কোন্সার্ট পার্টিনা বাঝায বেঙ্গুন বেগপাইপ খোংদুনা ধোল সাইট ড্রম থীন্দুনা চাউবা লুহোংবা নুমিৎনি তাক্লি। অঙাং নুপামচা নুপীমচা শঙ্খু অমনা বাজাই খোংলিবদু য়েংলি। ইবেতোম্বীসু য়াওবি।

অয়ুক্কী চাক্লেল চানবগা নুমিৎ য়ুংবা মতুং পূং অনীবোম তাবকপদগী লুহোংবা যাওগদবা ববগী কাঙবু লাক্লবা হৌবে। বব মপানা তবাম্না ওক্লুনা ফিদাদা ফমহল্লি, চীন কাঙমৈ খুনবা চুকপ বেবী লানশিল্লি।

"লুহোংবা নুমিত্তা কোই ফোয" হায়নবগুম লুহোংবগী বব চাউবসু অয়ুক্তগী মশম মনা কক মকোই ফোয, খুজিন খুযা ফেওবা লোইদুনা চেংহী উতি লুজদুনা ঈক মাইথজবগা অম্নান তৌবগা বব শেন্নবনা শেন্নহলী অঙৌবা ফিজোন শেৎলগা কোযযেৎ তোলোক যেৎলগা মাঙ্গোলদা ফক্লাংমযাদা থাবা কৌনা ফক অবোনবগী মথক্তা মমায় নোংপোক ওন্না ফমদুনা যাত্রা পূংফম ঙাইবি।

পাঞ্জিনা পীবকপা অফবা পূংফমদা পুবোহিতনা মঙ্গল ওইনবা অকায অতোই যৈখায থিঙ্গাই থোক্তনবা মন্ত্র থীদুনা শোন্দুনা স্বব যেত্তা লৈবা মতমদা যাত্রা তৌদুনা লৈখি।

পূং অহুমলোম তাবকপদা নুপা মযুমদগী অহল-লমন নুপা খবা সংকীর্ত্তন হৌননবা লুহোংফম নুপী মযুমদা চৎখিদুনা সংকীর্ত্তন হৌখ্রে পূংখায অমবোমগী তুংদা ববগী মমান্নবা অযাম্বা শুববদা লুহোংবা যাওগদবা ববগী কাঙবু নুপা নুপী পূম্নমক পবেং নাইনা বেন্দ পার্টিনা মাঙ থাবদুনা দ্রমগী তাম্থাদা খোঙ থাঙদুনা সভা যাত্রা চৎপা হৌবকলে

বেন্দ পার্টিগী তুংদা যাত্রা পুবা অথেনপোৎ পুবীগী ফিবক্ক পবেং মথং বব অমসুং মমান্নবশিং মথংদা মরূপ মপাং বার্ত্তন ফংলবা নুপা নুপীনা পোলোই খোমদুনা চৎপা হৌবম্মী।

মতম অদু মণিপুবদা জাপান লান হায়না খঙনবা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও লোইখিদুনা লালফম ওইক্ববা মণিপুব তমপাক্তা শান্তি হঞ্জিল্লকপা মণিপুবনা ভবত্তা তিন্দ্রিঙৈগী মমাং শ্রীযুৎ বোধাচন্দ্র মহাবাজনা পাল্লিঙৈ মতমনি।

ভাবতনা স্ববাজ ফংবগা লোযননা ব্রিটিশ পবামাউন্টসি লৈখিদদুনা মণিপুব মনীং তম্বা লৈবাক অমা ওইববা, মশাগী কোন্সার্ট উটিস লৈবাক ঙাকলোন শেমজদুনা ব্রায়েল থৌদাজবা মহাবাজ কুমাব প্রিয়বত্তনা চিফ মিনিষ্টব ওইবিঙৈ মতমনি।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতমদা গাবী মখল কয়া অপীকপা অচৌবা মখোঙ মবি পানবা তবক্ক পানবা তবা পানবা কয়ামকম মণিপুব তম্পাক্তা লাকখ্রে। অপীকপা গাবীগী

মবক্তা ওইবোমদা হেন্দল পানবা জীপ মাইতেনবীনা অথোইবনি, অফিসাবনা তোংনবনি কাবদি ইযাও য়াওদে। সনাকোনুংদা ৩/৪ লৈবা নত্তনা অতৈ লৈতবদৌনা খল্লি। লান লোইখ্রবা তুংদা পানাগাডনচিংবা লমদা লৈবা মিলিটাবি জঙ্কশিংনগী পার্ট খোম্লুবগা পানখৎপা পানাগাড জীপ কয়ামকম লৈবে। লৈবাক্কী অচৌ অশাং জীপ তোংবা ফেসন ওইবম্মী। লৈবাক্কী চিফ মিণিষ্টব এম কে প্রিয়বর্ত্ত ফাওবা জীপ ড্রাইভ "তেম্বী" তোংলম্মী। মতমসিদা লুহোংবা চৎপদা বব লম্বীদা লেন্না লেন্নদুনা মাইটেম্বী লেফহেন্দ ড্রাইভ খোঙনা চৎনবম্মী অদুগা লুহোংবা লোইবগা কন্যাবু দলাইথক্তা লেন্ন- লেন্নদুনা ববগী যুম তান্না থিল্লি। কদাচিৎতা নিংথৌ মচা-মশু অচৌ অশাং মচা নুপী কন্যাবু শামুদা তোংহল্লগা থিল্লি।

অসুম্না কুমাবগী মচানুপা চাউবগী বব কাঙবু মখোঙনা বাজাইগী দ্রমগী তাম্বাদা চৎপা হৌখ্রে।

ববগী মমান্নবা তোম্বানা হকচাং চনবা শকযেং মিংশেল, হেমনা অযৈশেল পুদুনা চৎলি। মিংশেল বব মমাঙদা থল্লগা মশাগী ফিভম যেংনবনি। অযৈশেলদি অথু অকাইগীনি, লুহোংফমদা বব কাঙবুগী পানা ক্কা অবাংফমদগী তাল্লুবা হাপনন্ববনি।

ববগী কাঙবু থিন্দনা লুহোংফম কন্যাগী যুম যৌখ্রে। লম্বীদা অযেংবা কাঙবুনা বব অদু ফজৈ ফজাদে, ভৌই-মুই হাযনা ঙাঙনহৌই থোঙ্গান্দা মৈহুম অহুমলক হাইদুনা কবোক অফাবা অহুম্লক চাইদুনা মঙ্গল ধ্বনী তৌদুনা ওকখ্রে। লুহোংফম মাণ্ডব যৌবকপদা কন্যাগী মমানা মযানুপা ওইগদৌবিবা বব অদুদা ক্কা লান্দুনা তবাম্না ওক্তুনা শকখঙ মায়খঙনবে বব চাউবনা সংর্কিত্তন খুকুম্মগা বব কাঙবুগী ফমফম মাণ্ডবকী অন্নাং নোংপোক থংবা শকুক্তা মমান্নবশিংগা লোইননা ফমদুনা সংকির্ত্তন তাবম্মী। ব্রা ব্রা লাঙলি নোক্লী।

সংকির্ত্তন শকলিবা মখোল নুংশিববা তাল- মেন ফববা ঈশৈ শকপশিং মমিং চৎলবা অফাওবা ঙাক্তনি পুংযৈবসু অফাওবা ওঝা ধ্বজগী সেবকনি। মানা মানা হৈবা উৎথোকনবকপদা সংকির্ত্তন মৈ হৌনা নুঙাইবে। ববগী কাঙবু কন্যাগী কাঙবু কম্সীটিসন তৌদুনা থানবকপা শেলনা অশিং অন্নান থাদা কেল্লকপা উনা-শীংনাগুম ব্লাই চাইবে।

ঈশৈ নুঙাইবৈ ঙমখৈ লৈত্রে, শেল থাবসু লেপ্লা লৈতে, ঈশৈ মেন থাখ্রে অথাবা শেলনা ব্লাই চাইবে খোমজিনবা ঙম্নদ্রে।

মতাং যৌবক্লদুনা অবাংফম্না নাম্থোক্লবা পুবোহিতনা মন্ত্রনা শেংদোক্লবা মফম মাণ্ডবকী নোংচুপ থংবা নাকল তুলশিবুংগী মনীংদা ফবাংজি অঙাংবনা কুপলবা লুহোংফাল থাববে। পুবোহিতনা মন্ত্র শোন্দুনা তুলসি মনা লুপ্পবা ঈশিং চাইদুনা শেংদোক্লে। কন্যাগী মপানা কন্যা দান তৌনবা শেম শাবম্মী।

লুহোংবগী পূংফম য়ৌবকলে। বব ফমফমদা লাওবা লেঙ লেঙ চৎপা হেঙ্গৎলক্নি। বব শেন্নবনা কমাল পুথোবক্নুনা ববগী নাতোন নাকচিদা কাবকপা হূমাং অনপ্পা তৈথোকই ববগী কোযেৎ শেমজিল্লি, ইন্নফি অঙৌবা মবাক তাইবা লাংঙবাদু খুমিৎ কূপ্পা ইল্লগা বব শেন্নবনা মাঙ থানা শ্বব পূংফম কাযদনা খোঙ থাংদোবক্নে শামু লমশাগী খোঙথাংদা চাউকান চাউকান কান্দুনা লুহোংফম মাঙুব তম্না সংকির্ত্তনদা ভক্তি তৌবন্নগা চঙশিনখিদুনা লুহোংফাল লাইবক কত্নুনা ফাল মফম চাববা লেঙ-লাক্নববা যেংলগা বব শেন্নবনা মতেং পাংদুনা লুহোংফাল থক্তা ফমখ্রে। পুরোহিতনা মন্ত্র শোন্দুনা কন্যা মপানা পুরোন অহুম শাক্ষি থমদুনা কন্যা দান তৌগদৌবিবা বব অদুবু পুজা তৌবমই। সংকির্ত্তনগী ঈশৈ ফম্না ফমনা শকখ্রে অদুবু শেল থাবদি লেপ্পা লৈত্রি, হিদান্নবি। নুপাগী কাঙবু নুপীগী কাঙবু ঐ লাকই হাযবা খঙননবা শেল থাবদা বব যাওনা মাঙফম্না ভাবক মঙা তবাদসু শেল থাবম্মী। ঈশৈগী বস চূপ্পুনা তাবিবা ভাবক অমা অনীনা নাইতোম ঈশৈ শকলকপা শৈশকপবু পুক্নীং থৌগৎপা ওইনা নাইতোম শেন থাবসু যাওবি।

বব পুজা লোইবগা কন্যা মপা পুরোহিতকা লোযননা ইমুং চঙলক্নুনা মচা নুপীবু পুক্নীং শেংনা দান তৌনবা পুরোহিতনা মন্ত্র শোন্দুনা পুজা তৌবা লোইববা তুংদা লুহোংফমদা পুথোবক্নবা হায়বন্নগা মপাল থোকখ্রে।

কন্যা মপা মণিনা মপান থোকখিবা মিনিট অমবোমগী তুংদা নোবটোন মোটোব সাইকল অহুমগী হোর্ন খুফাংননা খোংবা খোঞ্জেল অমা তাখি।

ইবেচাউবী "মনুং অচৌবা চঙনীংই?" হায়না মমাদা হাযখি। খুদক্তা পোৎলোই সম্পোৎ লৌথোক্নুনা ঈশিং বালতিন অমগা ফিযোম অমগা পায়দুনা ব্রাখোঙদা লৈবা মনুং অচৌবা চঙফমদা চঙখি। চঙফমদা ফনেক অমা যান্দুনা থনম্মী।

অসোমদা কন্যাগী মপা মণিনা ইমুংদগী মপাল থোবকপগা লোয়ননা মাঙ্গোল শুমাঙ মী চিনবা হেনগৎলক্নী, মাঙ্গোলগী দাবী, দাবীগা থংনবা শুমাং মচি, মাঙুবকী খা থংবা নাকল কন্যাগী মমানবী লৈশাবী মৌ নহানা থল্লে।

লুহোংবগী থবক যাম্না কূংশিল্লকপা মতাংনি। কন্যা শেন্নবীনা অকবা ফিরোল শেত্নুনা যাম্না কেনা মাঙুবকী মচীন্দা ইমুংদগী পুথোবকপী কন্যা খুৎশিন্নববা ঙাইবি, নুপা ময়ুমগী অবাংফম্না ইমুংদগী কন্যা খুৎশিন্নববা মমা মন্দোন অদুবু ঈন্নফিনা কুপ্পুনা দক্ষিনা কৎনবা ঙাইবি, কন্যা মপা মণিনা মাঙুব মচীন্দা লাই খুকমফক মচা

অমদা ফমদুনা কন্যাদা আর্শির্ব্বাদ পীনবা ঙাইবি। অদুগা সংকীর্ত্তনদা শেন থাবসু কিউদা ঙাইনবি, পুরোহিতসু মন্ত্র থীনবা লাইবিক পাযদুনা ঘট চফু লৈবিবা অদোমদা চঙনবা মমায ওনশিল্লকলি অশুমনা খ্বায পূন্নমক থবক চিন্নবিগৈ ব্রাখোঙদগী খোঙগ্রাউ শেৎপা কোট লীৎপা টুপী উপ্পা নহা অমা শম্বল কান্দুনা লৈবকলোমদা থোকখিবা কনাসু উহৌদে । নহা অদু যাংবী ছোবোক্তা মোটোব সাইকল অহুমখক থাবিবগী মনাক যৌখ্রে। চপ মাননা গাডী অহুম্মক যৌখ্রে চপমান্ননা হের্নি অহুম্নক পূন্না খুফাং খোংলন্নগা অদুম যৌখ্রে।

মণিনা কন্যা পুথোবক্লবা হাযবম্নগা ইমুংদগী থোবক্লনা শুমাং মচিদা কন্যা পুথোবকপা ঙাইবা পূংখাইমুক ফাজিল্লকলে কুইমনখ্রে কবি তৌববগে হংবদা মনুংদগী পোৎলোই শেৎপা লোইফাৎত্রি খুমলকখি। ঙাইবদা ব্রানবে পূন্নমক, ঈশৈ শক্লীংঙাই লৈতদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন শক্লবে। কন্যা থোকমল্লক্লবা অদুদা খোযশাওনববা মণি অশা ওবা খোঙথাঙগা লোযননা ইমুংদা চঙখি । শেৎপা লোইহৌববা পোৎলোই তোঙান্না তাদুনা লৈবম্বা উবদা খঙশাও শাওনা "কবি তৌবে ? হংখি।" মনুং অচৌবগী ব্রাবম তাববদা থুনা যাংনা মপান থোকখিদুনা সংকীর্ত্তন খুকমদুনা শেন থাবদা ঈশৈ শকপা, বব শেন্নবা পুরোহিত কন্যা শেন্নবী পূন্নমক্সা কন্যা মশা ঙন্নক্লবনি মতম খবদং ঙাইবা তাবে খঙহলুই মুকম মুকম শোন্নবদগী কন্যা মশা ঙমদ্রে হাযবা ভাবক পূন্না খঙনখি।

ঙাইবদা খ্বাইদগী হেন্না ব্রাবিবদি বব চাউবনি। লুহোংফম মাগুব মনুংদা হেক চঙলকপদগী ফিভম হোংদনা পূং অমবোম হেন্না ফম্নক্লবদুদদি শক শযাং নাবা হৌবক্লে। ইবেচাউবীনা মাবু কযা পামদে হাযবা খঙবনিনা কন্যা মশা ঙমদ্রে তাবদা চাউবা মকোক চীকপা হৌবক্লে।

সংকির্ত্তন খুবম্মুববা মতুং মিনিট তবামুক লৈবগা মণি কন্যাগী ফিভম যেঙ্গে হাযদুনা ইমুংদা অমুক চঙলকখি। ইমুংগী ফিভম ইকায কাযদনা লৈবম্মী। ইবেচাউবী হৌজিক ফাওবা মনুং অচৌবদগী হল্লকলমদ্রি।

"কুইমনখ্রে কবি তৌববগে ?"

"য়েংঙুচো"

অসি হাযদুনা মনেগা মন্দোনগা থাখি। মখোয অনী ব্রাখোঙ তান্ন চংশিনখিদুনা খব লাপ্পপ্পা মপান্দগী কৌই "ইবেচাউবী তাবিববা?"

খুম্মক্তে।

মঙাবক তকক্লক হন্না হন্না কৌববা ফাওবা শুকখুম খুমলক্রবদা "কবি তৌববনো" হাযদুনা মখোয অনী চঙশিনখিদুনা থোঙ হাইদোকতুনা যেংলুবদা ইবেচাউবীদি লৈবমদবে। অমুবা ফিনা যোম্বা পোৎযোম অমা লৈবমই। হাংদোক্লুনা যেংলুবদা বেশম ফুবিৎকা লোযননা কন্যানা শিবা লীক মযাম খুদোপ খুজি, নায়ানবী কোক্কী লৈতেং ঝাপা কুবাক্লচিংবা যাউবন্মী "ইমৌদি ওম্হোক্লা তৌবা ঙন্মম্মেদা" হাযবগা মনে অদুনা পোৎযোমদু শুপপায পাযশিল্লগা ইমুং তান্না প্রপ প্রপ চঙখি। মযোম অদু লমযাযদা পত্রাক থাদবগা হাযবকই " তৌঙম্বীদো হোৎখ্রেদনা।"

কন্যা চেনখ্রে তাবদা কোকথক্তা নোংমৈ শিঙজঙনা পাল্লবগুম তৌফম খঙদনা শাওববা মণিনা খঙহায হাযবকখি "নখোয ঙশাই মখৈ কৈদৌদুনা লৈ?" ঙাইহাক তুমিন লৈকবগা মমিত্তা ঈবা চেন্না মখা তবকখি।

"ইবেচাওবী নঙসে ওম্হোক্লা লৈবাক মচা তাখিদ্রেদা ?"

ঐনা হেক পোকচবা ইচামক্লা অশুক যাম্না ভাব তাখিদ্রবা ?

ঐ শিখিবনা হেন্না ফবে

কবম্না কুমাব উনগনি

"কবিনো ঐনা হাযকগদবা ?"

মণি মমায মুশুক মুনা কাহত্তুনা মুকম মুকম শোন্দুনা ফমুংথক্তা লোংনা হাইথখ্রে-মকোক্তা ঈশিং থোমদুনা হুমাই হুমদুনা লাক্লখ্রে ডাক্তব মাইবা কৌবা কোযচেন চেন্নখ্রে।

লুহোংগদৌবিবী নুপী চেনখিবগী ব্রা মীচিন অমদগী অমদা মথং মথং শন্দোকখিদুনা মাঙব অদুদা লৈবিবা পূম্বা লোইনা তাবে। পাউ অদুনা বব যৌবকপদা শক শযাং হীকথরবা বব মমায় মুশিন মুনা কাহত্তুনা ফম্না ফম্না লেকথবক্লে। বব শেন্নবনা ঙাক্লৌ ওই বব মমান্নবা অহুম মবি চঙশিল্লক্লুনা থাংবোই পম্বোই তৌদুনা বব অদু মাঙবতগী পুথোকখ্রে, গাডীদা হাপ্তুনা ডাক্তব তান্না মমান্নবশিংনা পুখ্রে।

নুপী মযুমগী ব্রা অমত্তং ঙাইবম্বা বব মপা কুমাব মণি ব্রাম্বদুনা লৈবে তাবদগী মমায ঙাঙন ময়া কক চীক্লা "ঙশিমক অমা হোংগনি" হাযনা ব্রাশক্লুনা নুপা মযুমগী মী পূম্বা পুদুনা বাঝাই বেঙ্গল খোংদুনা মযুমদা হলখি।

মযুম হেক য়ৌবগা বেন্দ পাটি অদুদা শেল থাদুনা গট অনৌ অনৌবা কযা খোংহল্লে। মচানুপাগীদমক মখোযগী মমাঙদা মমৌ অমা লুহোংদবা য়াদে হাযদুনা মফি তাখত্তুনা মমৌ হাযবা মাযকৈ শুনা চৎখি। মমৈদা যুম থংনবদা লৈবা মমান্নবা অমবগী মচানুপী ইবেতোম্বী হাযনদুনা পীনবে।

ৱা তূপনবদুনা বাক দান হেক লোইবদা কুমাব মোমোন নোক্লকই । মুনা কাহৎলুববা মাযথোং ঈবং লংনা ঙাম্নোবকখি। মদু উবদা অমব শকক চামা হেন্না হবাওই। অৱাবা ইকাযবা কোকহনবা পুন্যগী থবক অমা পাঙথোক্লে খনবদা পৈঞ্জে। মথৱাই নুঙাইববা কুমাব অৱাবা খঙদে পাম্মূবা লৈতে। মাগুব খন্দুনা থাংমৈ ঙান্না থান্দুনা সংকির্ত্তন হৌখ্রে। অচা অথক দক্ষিনা শুনা যেন্দুনা ভাবক মযাম্না পেলহনখি। মতাং যৌবক্লদুনা পোৎলোই শেৎপী ইবেতোম্বী মাগুবতা পুশিল্লকলে। মাই মাই হাযনা লাইগী লাইমাং যৌখ্রে।

২৫।৬।১৩ ইং

# ১৬

# কারাম চাউবা

ইম্ফাল তুবেলগী নোংচুপ থংবা তোর্ব্বান্দা মমায নোংপোক ওন্না শাবা ঈনা কুপ্পা যুমজাও অদু কাবাম চাউবগীনি। মানা মতম ফনা ফাওগৎলকপা মতমদা লৈমু হাইবা যুম হাযনা মমিং চৎখিবা যুম্নী মপানা মতম চানা শাবিবন্না।

কাবাম চাউবা মশাগী চহি ৯৪ শুবে চামা শুগদবা তকক্তা ঙাইবে। মশা ফবি পেং চোইদ্রি বৈষ্ণবনি লাই য়াম্না নীংই। নুমিৎ খুদীংগী হৌনশা ঙসিসু চাউবা শ্রীশ্রীগোবীন্দগী মঙ্গলার্তিদা হৌগত্তুনা ইম্ফাল তুবেলগী শিতল জলদা প্রাত স্নান তৌবগা আনিক লোইবগা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী মনি মন্দিব তান্না পবিক্রমা ওইকই। শ্রীশ্রী গোবিন্দগী ধুপ আবতি দর্শন তৌবগা মযুমদা পবিক্রমা ওইবকপনি।

লম্বীদা মাগী মরুপ ঠাকুব মধুমঙ্গাল থেংনদুনা ব্বাবী শানা শানা হনমিন্নবকখি।

বোন্ধু ! ঙস্তানা কদোম লেঙ্ঙুবা ?

বোন্ধু মিস্ত্রি অমত্তং উনকবনি শ্রীশ্রী বাধা মাধবকী মন্দিব মোবামোৎ তৌদবা য়াদ্রে !

"বোন্ধুদি পবিক্রমা ওইবীকবা নত্রা ?"

"হোয, শ্রীশ্রী গোবিন্দগী ধুপ আবতি দর্শন তৌজকই, ঙসিদি শ্রীশ্রী বাধা গোবিন্দগী বিগ্রহ কয়া নীংথিজখ্রে, দর্শন তৌবদা কয়া নুঙাইখ্রে, মিৎ ইথন থল্লি

থশ্মোই মথুম মবাং হৌই। পবিক্রমানা নুঙাইহবিবা।" "নুঙাইহবিনিদা বোঙ্কু ! ঐদি ঈংবা মাদবা লায়না অমা থেংনরুদুনা থা অনীবোম প্রাত স্নান ককা অমত্তা তৌবা ঙমদ্রে, পাপনিদা ! স্নান তৌনবা ঈশিং গবম পানি বালতি অমত্তং পীযু হায়রুবদা নচা নমৌশিং অদুনা শাওনখিবা ! সহ্ধর্মীনি নৈতবাদিনে খুৎ তেকপানিনে। মানা ঙন্তা লৈখিদবসি বোঙ্কু" হায়বগা মমিত্তা ঈবা চেল্লি।

"অওইবনি বোঙ্কু ! পাম্মুখ্রেদা থৌবানী, মীকৌ মীবম্না ফজবিবা সেবা-লাংবানা হৈবিবা মতম শাংনা লৈবা যাবিবনিদো। অদুবু শিবা হিংবা হায়বসিদি মীওইবগী খুত্তা লৈতেদো ঐখোয় পূম্না মানা কৌবকপা নুমিত্তা পূম্নমক হন্দোক্লম্নগা মনাক তান্না চৎনদৌবিনিদো।"

"অদুবুদি বোঙ্কু, নঙসু ঐসু ঙাইহবিসিনিদনা মানা কৌবকপা। ঙাইখো বোঙ্কুখোযগী হন্নাগাউী চাবি ধাম খুকুম্না তির্থ স্নান লেঙবদুবু কুমসিদি চৎলবোইদ্রা ?"

"চৎকনি। কালেনগী আমাব্যসা নুমিত্তা যাত্রা তৌনি লেপ্লরুববনি, যাত্রিক খব অনা অযেক যাওনবকপাগী যৈথোক্তুনা লৈবি। য়েথোক্লমদ্রবদি হন্দক নোং তামন্দুনা কেদাবনাথ যোসিমঠ চীং কিম্থদুনা মী যাম্না শিবা, লম্বী তৎতুনা চঙফম লৈতদুনা অন্নাবা নংলিবশিং অদুগী মবক্তা যাওবমগনি। বাধাবানিগী কৃপাদগী মদুদি যাওহৌদ্রে। কার্ত্তিক বাধাকুণ্ড স্নান চৎকদবনি কুণ্ড স্নান যাওরুসিদনা বোঙ্কু।"

"ঐসু অদুম্না খল্লমলিবনি, শ্রীকুণ্ড স্নান অমুক্তংদি য়াওনীংবনি। তির্থ স্নান চত্রিঙৈদা শ্রী বাধা মাধবকী মনি মন্দিব মোবামোত তৌবা লোইগদবনি।

"সিদসু নত্রি বিগ্রহ শিংসু অনাশঙ্গুম্মী অঙ্গ বং তৌগদবনি"।

" বোঙ্কু ! হৌজিক কালসিদা অঙ্গবং অসিবু কৈথেলদা য়োল্লিবা কৌতাগী বং অসিনা তৌববা নত্রগা থায়নদগী চৎনবকপা মৈতৈগী মনা মশিংদগী শেন্না বংনা তৌববা ?"

"ঐখোয়গী বিগ্রহশিং অসিদি থায়নদগী চৎনবকপা মণিপুবগী মনা মশীংদগী শেন্না বংনা তৌই। মসিনা কৌটাগী বংদগী চেৎপা অমদি মেঙনা ফজবা হেল্লি অদুনা কাবিগড় বৈকুন্ঠ উনবা অমুক্তা লেঙমিন্নকসি বোঙ্কু !"

" লেঙমিন্নকসি ! অদো চা পিয়ালা অমত্তং ফাল্লুখিসিদনা ?"

"কদাইদা ?

"য়ুমদনিদনা য়ুম য়ৌবসিদি।"

"ওহ নৈমু হাইবা য়ুম য়ৌববনে ? ৱাবী শাদুনা চৎলদি লম্বেল তেল্লি হায়বসি চুম্মীদনা।"

মখোয অনী নোক্লা নোক্লা চাউবগী যুমদা চঙখি। তনান তনানবা লৈমু হাযবা যুমনি, তুলশিবুং অকোযবা মাঙ্গোল তক তনান ৱাই তৈথোকই। মাঙ্গোল দাডী মযাদা সুর্য্যদেব মায়যোক থাবগী লৈশু ঈশিং পাত্রদা তুলসি পত্র ধুপ থাউমৈ থম্লগা কৎপা চাউবাগী যুম অদু তশেং তনানবা যুমনি খন্দবা ঙমদে। মতম অমদা মীনা কিনা লুনা হঙ্গোইনা তৌনবথ্বা মণিপুব ৱাংমা লান্না মমিং চৎপা যুম্নি।

মখোয অনীমক মাঙ্গোল কাখত্তুনা ফম্মেন্দা থাবিবা কৌনাফক অবোনবা অদুদা ফম্লিনখ্রে।

চাউবনা ইমুং লোমদা মমায ওনশিল্লগা হাযবকই

"ইচাসা নখোয় কনা কনা লৈ ? নখোয পাবুং ঠাকুব লেঙকই খুদোং সেবা তৌসি !চা পিযালা অনীদংসু পুথোবকউ।" অসি হাযবগা মখোয অনী ৱাবী মথা চৎথবম্মী

"হাকুম অমা চহি অহুম মবি মমাঙদা পঙ্কোৎ চাউবগী গাডীদা তির্থ স্নান চৎলুবদো কমদৌবগে ? মদুগী মতুং অমুক লেঙুদ্রিববা ?"

" বোঙ্কু ! মদুগী খোঙচৎতু কযা নুংঙাইতে। কাঙবু অদু মথোঙ হুক্তে ঐগা মোৎ চানদে লাইফমসু ইশু শুদে। মতুংদা অমুক চৎলবোই খল্লুববনি ।"

"অদো, কুমসিদি ঐখোযবক্তা গাডীদা ঐগা লোয়ননা লেঙুসি শ্রীকুণ্ড স্নান তৌরুসি। কবি হাযবগে বোঙ্কু ?"

"ফৈনে বোঙ্কু।"

মতমসিদা চাউবগী মমৌ নুপী যাযমনা চা গীলাস অনীখক পুথোবত্তুনা মমাঙদা থম্লম্মী অদুগা মমৌ নুপী অহলনা হিদাক ঙাম্বক অউম্বা অদু হিদাকফু থম্বাল শাবদা পানশিল্লগা ববব তোংজৈ মচীন অনী ফাংবা অদু হিদাকফু মচীন্দা পানশিল্লগা লানশিল্লম্মী। মৌ অনীমক মকোক খুম্মী খোংউপ তোংদে মফি মবোল চেকশিল্লি য়াম্না ঙৌখিনা সেবা তৌই। অহল অনী অদু ৱাবী শাবদু ঙাইহাক লেপ্লগা চা অশাবা য়াওবা শেঞ্জেংগী গ্লাস অশাবদু খুত্তা কমাল থাদুনা পাযবগা ফুফা ফুফা কামদুনা থক্লিঙৈদা চাওবগী মচা ইবোহল মচিন্দা লাইৱা শোল্লা শোল্লাদুনা মানা চৎকদবা মায়কৈদা ঈশিং খিক্তোক খিক্তোক্তুনা তুবেন্দগী ঈরুজবরুবগা কাবক্লম্মী। মানা শোনবা লাইৱাদুদা যাওবি "লোক্তাক্লা মিংশেলনি, কৌব্রুনা লেম্ফুনি, কংলানা খোয়দৌনি" অসিনচিংবা। মানা ঈশিং খুজাইদুগা মাঙ্গোলদা হেক কাখৎলকপদা ঠাকুব মধুমঙ্গলনা হায়বকখি-

"ইবোহল স্নান তৌরুববা ?"

"তোবৈ মতা ফবদা লাইজ ঈপাল লাংজকই।

ঈক শান্দোংজকই

ইপন ইংঙো পম্ভৌমান

ইঙৌ লোকচবকই॥"

পুনেমজবী" হায়না ঠাকুব মধুমঙ্গলদা খুকমলগা

"কংলানা খোযদৌনি" হাযবা লাইরা শোল্লদুনা মাগী কাদা চঙত্রগা ফক্লাংদা থেংলিবা অয়েকপা পাখংবা অদুদা খুকমই ঠাকুব ইঙক ঙক্রা ইবোহলবু যেংদুনা মানা হাযখিবা রাশিং অদু খঙবোই খঙদবোই তৌনা মমিৎ কুপ্তনা লৈহৌই।

চাউবনা হায়বকই- "মসিনা তৌ-শাবিসি লোনযান য়াওদবা মৈতৈ লোল কোনশেং লোল্লীবনি হায়দুনা তৌশাবিনি। হৌজিক্কী মতমদবু পৃথিবীদা লোলযান য়াওদবা হিংলিবা লোল কবম্বা অমা লৈবগে?"

"অদুবুদি বোঙ্কু, মৈতৈলোল পযা, রাচেৎ ইংবেজি লোল ওইবে লোলযান মযাম যাওই হায়দুনা ইংবেজি লোল মগুন হম্বুবা মাওবা লৈতে, অহোযনদুম হেন্না চাওখৎপা ইন্টবনেসনেল লেংগুরেজ ওইবি।"

চাউবনা নোংশিল্লকখি- "বোঙ্কু লোনযান য়াওবক্লিবসি লোনযান অদু লোনবা মীশিংগা কন্টেক্ট তৌনকবা মবী লৈনকবদগীনি। লোলযান অদু লোনশেম্মা মহুৎ শিনবা যাই। অদুবু লোনশেম অদু খ্বাইনা পাম্বা যৌদ্রবদি মথন্তা শীজিন্নদনা মাঙজখিবা যাই। লোনযান তমা লৈহৌদুনা কুইবগা কোনশেং ওইবা যাই-খুদম "হক"। লোনশেমসু লোনযানসু পূন্না অদুম শীজিন্নবা যাই। খুদম- লোনশেম বিধান সভা, সংসদ লোনযান এসেম্বলি অমদি পালিয়ার্মেন্ট পূন্না অদুম শীজিন্নবি। লোনযাল ইউনিভর্সিটি হাযবা অসিনা লোলশেম তাইবং মহৈকোল হায়বসিদগী হেন্না লাযনা খঙনৈ অমসুং খ্বাইনা শিজিন্নৈ।

হৌজিক্কী মতম, চাওখৎলবা বিজ্ঞানগী যুগ, পৃথিবী মপূম অসিনা অপীকপা খুঙ্গং অমা ওইবক্লবা মতম অসিদা লোন্নবিবা লোল খুদিংদা লোলয়ান য়াওদবা লৈত্রবদা লোলশেম্মা অমুক মহুৎ শিল্লুবনা কযাম কান্নবিবা?

শম্মা হায়ববদা পৃথিবী মপূম অসিনা মীওইবা জাতি ঐগী ইবৈবাক ওইববা মতম অসিদা মীওইবা জাতিনা লোন্নবিবা লোল পূম্বনা ঐগী ইবৈবাক পৃথিবীগী লোন ওইববা মতম অসিদা ১৯ শুবা চহিচাগী রাখল ইংবেজনি, ফ্রেঞ্চনি, জর্মনি এসিয়াননি, ইন্দিয়াননি হায়বা রাফম লৈফম থোক্লে।

মতম অসিদা ইবোহলগী মচানা পোকপা চাওবগী মত্তু শুথাং কেনেদি চহি ১১,বার্থডে কেক অমা পুবদুনা থোঙ্গাললোমদগী চঙলকই মাঙ্গোলদা মবুধৌ চাউবা উবদা হায়বকখি - "গুদ মেনিীং গ্রেট গ্রাণ্ড পা, দিস ইজযোব বাঁথদে কেক, প্লিজ লুক" যেংবীযু হায়দুনা মমাংদা থম্লমী। চাউবা কেকতা মমিং ইবিবদু উবদা নোকফেৎ তৌই মখা চহি মশীংদু উকব্বদা মমিৎ শুক্তোকই, হায়বকই -

"বোন্ধু সাহেব মতৌ তম্লীবনি হায়দুনা তৌবিবনি নচাশিং নশুশিং অসিনা তৌবিসি নোং হেক ঙানবগা গুড মেনিঙ, গুড নাইট, গুড ইভিনিঙ না ব্রাই চাযখ্রে। ইমালোন মৈতৈলোন ঙাংখিদ্রে। নমৌ নুপীশিং অসিনা খবা অমুক হেনখ্রে। চাওখৎলবনি হায়দুনা মখোয় মৈতৈলোন ঙাংদ্রবনি। মীগী মতৌ তম্বনা চাওখৎনববনি হায়দুনা বোন্ধু। ঙাংখ্রিদবনীনা মৈতৈলোন অসি কাউববনি মখোয়দি শেবান তুবান লোনলবনি।ফজখ্রবা মীংগৌ তোকথোকলবনি। ইমৌনুপীশিং অসিনা মকোক খুমদে মকুবোক ঐঙোন্দা পাবুং কৌবে, ইচানুপী ওললে মীংগৌদা। ইমৌনুপী য়াইমা ইবোহল মতৈদা তামো কৌবে। ইবোহলগী মনাও নুপীশি মচল ওললে। ঐখোযগী চৎনবীদদি মচানুপীগী নুপাবু মম্মাক কৌনৈ নুপানা। মনেমবোকনদি ইযা হায়না কৌই। হৌজিক্তি মকুবোকসু মনেমবোকসু ইয়া কৌবে। অসুমনা শেবান তুবান শিজিন্নবশিনা চৎনবিগী মকু উবদা মকোক খুম্বা তোকখ্রে। অদুগা ঙাঙখ্রিদবনিনা ব্রাহৈশিং অসি শীজিন্নদ্রবনিনা খব নৈবদি ঙাঙদবা লোন ওইবগনি। মদুগীদমক্তা নুংঙাইতবা ফাওই।

চাওখৎলি হায়নবা মীতৌ তম্বদা শুম ঙাংনখিদ্রবদি ইমাবোলগী মবাইবক কবি ওইখিনি ?

*চুম্মী বোন্ধু ঙাঙবু ঙাঙনবিদ্রবা শিজিন্নদ্রবা লোল অদুদি অদুম শিজখিবা তাবনি। অদুনা লোনয়ান লোনশেমগী প্রোব্লেমগী মথক্তা ঙাংন-শান্নবদা ইবদা লৈজবিবা লোনশিং চুম্না মফম চানা শীজিন্নবসু দবকাব ওইবক্লি।*

মধুমঙ্গলনা খনখি-

মমিং লৈববা সংস্থান অমগী মকোক থোংবা ওইদুনা নহা ওইনা অহল মিংথোল ফংখ্রবা, হাংপা তুপ্পা য়াওনা ঙমখৈ নাইদবা শক্তিগা লোয়ননা চহি কয়ামকম থবক তৌখিবনি।

মানা নুংশিজবা মণিপুবগীদমক অচেৎপা থাজবা অমগা লোয়ননা মাঙলোমদা চৎশিন্নবা হোৎনখি। মণিপুবীশিংগী মবমদা মাগী অচেৎপা থাজবা লেঙদবনি। লৈমু

হাইবা য়ুমদা ফমখিবা ইন্টরনেসনেল কনফরেন্স কযানা শাক্মিনী। মীওইবা জাতিশিংগী মবক্তা কলচব ব্রাংনা লৈবা মণিপুরীশিংনি লোন সাহিত্য সভা ওইববা জাতিশিংগী মবক্তা অমনি।

মতম অমদা মহাকসু কোনশেং লোন্দা লোনযান য়াওবা য়ানীংলমদবনি অদুনা লোনশেমদা থরায যাওবম্বনি। অদুবু লোনযানগী অর্থ লোনশেম্না চপচানা ফোংদোকপা রাবনা লোনযান অদুতা শীজিন্নবা তাবা অমদি ইংরেজিনচিংবা লোন্দা লো'নযান্না লোনগী থাক হেনগৎহনবা উবদগী মাগী ওপিনিযন লিবরেল ওইবা উখি। হাযবকথি-

"বোম্ভু লোনযানগী মতাংদা নঙগী মোং ?"

"বোম্ভু চা ফানবসু লোইবে কাড়িগড উনবা লেঙসি।"

২৯।৯।২০১৩ ইং

-লোইববা -



## এলাংবম … ী ফোঙখ্রবা

*নির্ম্মল যমুনা/১৯৬৬ ইং*

*রোমকুদা শিকার/১৯৭৩ ইং*

*মংশৎ তানবা/১৯৭৮ ইং*

*জগন্নাথ পুজারী/১৯৮২ ইং*

*মমাঙখোঙ লোম্নবদি মনীংখোঙদা লাকউদনা/১৯৮৩*

*হায়নবীদো/১৯৯০ ইং*

*মৈতৈগী ইজ্জৎ /১৯৯৫ ইং*

*রাখোকচাও/২০০৪ ইং*

*মরুদো কদায়দা.../২০০৭ ইং*

চোয়নৌ/২০১৩ ইং

*লৈজরে অদোমগী খুত্তো*